# খ্যাগেম্বা লাঙজে

মৈতৈ ময়েক অরিবদগী শিন্দোকপা
শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ
চিংঙামথ ল্মিরা মাইবম লৈকাই।




তামা পাব্লিকেসন্স, ইম্ফাল।

থাগেম্বা লাওজ

মৈতৈ ময়েক অরিবদগী
শিন্দোকচনা : শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ
অহানবা থুংনম : ১৯৬৭ ই'
অনিশুবা থুংনম : ২০০১ ই.
কোপি : ৫০০
নৌনা ফোঙদোকচনা : মাইবম নিংশাঙাল পুখ্রম্বম ওংবী দেবলা (মতৌলৈবী) না তাম্না পব্লিকেসনসকীদমক ফোঙদবা।
মমল : রুপা ৪০/-
নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন, ইম্ফাল।

M LIBRARY Data Entered

M

# রামাৎ ম্নানবা

‘খ্বাগেম্বা লাঙৌজ’ অয়িবা মৈতৈ পুরাণনি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা সনামহি চেৎনা নিংজবদগী সনামহিনা থাগেম্বগী মচা ওইনা শাউওল্লকপা, চহি নিপান শুরকপদা চহি মশীং শুরে হায়দুনা লাই ওইখিবা, মহাক্না থোইনু অহোঙবি কৌবীদা পাওমেল্লকপা, থোইনু অহোঙবিনা কোম্নুংদা চৎতুনা খাগেম্বা নিংথৌদা পাওদম্মুবা, নিংথৌনা থাজদবা, মথংদা রাঙ্গোইদা লৈবা লৈশাংথেম থোম্মাদা ‘সনা রাপিহন চীঙ. লাইওইবনা’ রাঙ্গোইদা ফুবা লাইশং শাবিদুনা মহাক্কী শক্তমবু ‘তরেৎ শেনহিং হৈরগা’ ইরাংপিয়ু হায়না খাগেম্বা নিংথৌদা হায়ক হায়না তাকলম্বা, নিংথৌনা থাজদ্রবদ। থোইয়ুম লাইপাউ ওটনা তরঙদগী লাউরকপা, মপারী সনা রাপিহনগী মশক নিংথিববু লিক্লাই মিংশেন্নুংদা তরং তরংনা চোংথোরকপা উবা, মতুদগী রাঙ্গোইদা মপারিগীদমক ফুরা শাবা, ফুরা মন্নুং অতুদা শেল অহিংবনা সনামহি কোলু হৈত্তুনা ঈরাংপগী রারীনা হৌবা মৈতৈ পুরাণনি। নিংথৌরোন মথং মথং খুপ্পাউব, পাইখোম্বা, চরাইরোংবা হাকথক কাওবা লাই অসি অসুম ইরাংতুনা লাকপনা পামহৈবা নিংথৌ সনা হাকথক্তদি শিলোটতগী শান্তদাস অমসুং মাগী চেলা ভগবানদাস অমসুং নারাণদাস অতুম মৈত্রবাক্তা থুংলহুনা মৈর্ব্বাক লম্বোইবশিং অসিন। রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোক্লরে। মৈদিংঙু পামহৈবনা ‘রাম রাম’ শোনবন খংপাম পাম্লমই। ধূপ-থাওমৈ থাদুনা রামায়ণগী মঙ্গলাচরণ হৌবকপদ। নোং থংমং মংলক্কুন বজ্র তারক্কুনা মতুদগী মৈ হৌরক্কুনা বামাযণ মৈ চাকখি। মতুদা মৈর্ব্বাক লাম্বোইবশিং অতু হায়নিংঙাই লৈতন ইকাইবা নংখি। শান্তদাস মহন্ত রামায়ণ অমমুক লৌব শিলোট তান্ন চৎখি। মহাক্কী চেলা ভগবানদাস অমসুং নরাণদাস অনিহুদি শ্রীরামকথা র'রী নুংঙাইবা তৌহুনা পামহৈবা নিংথৌগা লৈহৌই। মৈত্রবাক্তা মতিক মগুণ লৈবা লাই করহবু লৈবগে হায়না থিগৎলকপদা মাইচৌ লৌরেম্বা থোংনাংথাবা কৌথৎলে, হকচাং ঙমদে হায়দুনা কোম্নুং কারকখিদ্রে। মথংদা মোইরাং ললহাম্বা কৌথৎলে। লাই অকবা

হায়নরকপদা মোইরাং ললহাম্বনা লাইনিংথৌ সনামহিদি অরুবা লাইনি হায়রমই। পামহৈবা নিংথৌনা মৈত্রবাকী য়ুমথোং খুদিংদা রামান্দি ধর্ম্ম চৎহনগে সনামহিগী মিংথৈ থাদোকহল্লগে হায়রকপদা মোইরাং ললহাম্বনা সনামহিগী মিংথৈ অথোইবা অসিদি থাফদে হায়রমই। মতাং অসিদা পামহৈবনা মোইরাং ললহাম্ববু থাপ্পা তাম্থোকখি। প্রজাশিংনা কিনবগীদমক্তা নিংথৌনা মোইরাং ললহাম্ববু হাৎমনবা চৈরাক পিখি। ফৈদাপুংদা পুত্নুনা নিংথৌ মনাইশিংনা ললহাম্ববু মঙক্তা থৌরী থুত্নুনা হাৎকদবগী থৌরাং তৌরম্লবদা লাইনিংথৌ সনামহিনা মঙক থৌরী হুকপবু মৈ তৌহল্লক্কনা ললহাম্বগী মথরাই কনখি। শেন অহিংবনা শাই হাম্নরিবা সনামহিগী মূর্ত্তি অহু থুগায়ত্রবদি রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা ইয়া য়াররোই হন্দুনা নিংথৌ য়াথং মতুং ইন্না শান্তদাস মহন্তগী চেলা ভগবানদাস অমসুং নারাণদাস অনিনা মুংথং পায়হনা সনামহি কোলু থুগায়খি অমসুং লিন্দুথোং পাৎতা থাদখি। 'প্রাগেম্বা লাঙজে' হায়রিবা পুরাণ অসিদা ইরিবা রারীসি মসিনি। অসিগুম্বা মণিপুরগী ঐতিহাসিক সাহিত্যগী মমল নাইদ্রবা লাইরিক অসিবু শ্রী ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদন তৌহুনা মণিপুরী সমাজদা লাম্থোকপিরকপা অসিগী দমক্তা থাগৎতনা লৈথোকপা ঙমডদে। স্বর্গীয় ওজা ৺দীনচন্দ্র পণ্ডিতনা হৌভিক চৎনরিবা মৈতৈরোন্দ লাইরিক অসিগী অর্থ শম্নপা পুথোকপিরম্বা শরুক অমা লাইরিক অসিগী মনিংদা হাপ্লিবা অসিনা লাইরিক অসিগী মগুণ অমুক্তা হেনগৎহল্লে।

রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ বি-কোম
এ/ও সিভিল হোসপিতাল
ইম্ফাল।

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল
তাং ১। ৭। ১৯৬৭ ইং

# রাহৌদোক

## ( অহানবা খুৎনম্নদগী লৌথোকচবা )

মৈতৈ ইজাতিগী শেংলবা ময়েক লৈজে হায়বা মৈতৈ ঐথোয়না খনেম্নি। অসিগুম্বা ইজাতিগী ময়েক অসি চহি ২২০ রোমগী মমাংদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইতুনা লৈবাক্কী মপি মপা শরুা নাউকোনবিরম্বা মৈদিংঙু পামহৈবা সনা হাকতক্তা শিলেটতগী লাকপা রামানন্দ শান্তদাসনা রামানন্দি ধর্ম্ম প্রচার তৌরকপদা ইজাতি অসিগী ময়েক্কা কোন্নরা লাইরিক পুয়া কয়া মৈ থাখি। তৌইগুম্বসুং মতম অতুগী মমাংদা মৈতৈ লৈবাক্তা চহি ১৪০০ দগী তাদনা লৈবক্লবা য়ুমখোং খুদিং শীনবা থুংবা লৈনখিবা মরম্না মৈতৈ লৈবাক্কী পুয়া মশীং শুনা খোমতুনা মৈ থাবা ওমখিদে। অসিদসু নত্তুনা চেদা ইবা থবদং মৈ থাজথরবসু মৈতৈ পুম্বগী থম্মোইগী ময়েকশিংদি মৈ চাকখিদে। মরম অসিনা নিংথৌরেল অসিগী মমাংগী নিংথৌরেল ৫ হাইগৎপা মৈদিংঙু তুবি খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা খোকথিবা তাইবং মীগা খোইযুম লাইগা লৈনবা মরাগী রারীবু অহম লম্মনশিংনা ইজাতিগী ময়েক্কা ইতুনা থম্বিরমই। রারী অসিগী মমিং খাগেম্বা লাওজে খোন্নম্মি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা হে তেংবানবগী মপু! নংবু তাইবং ওইবা খুদিংনা নশক নওং নাইদে, নতৌ নচৎ খঙদে, অরেপ্পা মওং লৈতে, হায়বসিবু চুম্বরা ননাইবু থংহন-উহনবিয়ু হায়না লোইদাম থাবুম কয়াবু নীঙজরবদা তেংবানবগী মপুনা খৌজানবিতুনা নিংথৌ মচা ওইনা পোকপিরে। মাসিবু ঐথোয়না হৌজিক ফাউবা সনামহি হায়না খঙনরি। তৌইগুম্বসুং সনামহি হায়বসি নিংথৌ মচাবু সনামহি কৌগনি হায়না লোয়না শিলোনদা তাক্লি। অতুম ওইনমক তেংবানবগী মপুবুসু সনামহি কৌই। মিং অনি মান্নরুবতনি। অতুগা মৈদিংঙু অসিগী মতমদা তেংবানবগী মপুনা শাইওন তৌতুনা মথং মথং খুঞ্জাউ-লৈচাউনা লৈবাকপু মুংচাই য়াৎফনবা

পাউত্তাক পিবিদুনা নিংথৌ মবোল ৩ লক ফাউবা ( মরক্কী য়াউদনা ) লাংওন তৌনা খোইযুম মতিক উৎপিখি । মরম অসিদগী পুয়া লাইরিক অসিগী মমিং খ্যাগেম্বা লাঙৌজ থোনখি । মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা চীংঙু শিদবনা লাংওন তৌবা হিরমসু ছেশকুবা পুয়ানি হায়বগী খ্যাগেম্বা লাঙৌজ থোনবিরমই । অসুম্বা লৈখিদ্রবা নামৈরাকপম ৺দীনচন্দ্র পণ্ডিত অচৌবনা তাকপিরম্মী । থায়নগী অরিবা লোন্দাদা লৈরম্বা লোনশিং অসিগী শম্নপ্পা য়ারীসু পণ্ডিত অসিনা পিবিবদগী মপুং ওইনা লাইরিক অসিগী মমৈদ ফোংদোকচরি । অসিগুম্বা থাইনগী অহল লম্মন অমদি নিংথৌমরু চপয়ুংনা নিঙবা রাখল লৈদবদি উঙমদ্রবা, ফংঙমদ্রবা ঈশ্বর ফাউবা উবা ঙমই । লাইগা মীগা তাইননা খ্বা ঙংনবা য়াই হায়বসি লাইরিক অসি পারগা খন্দবা ঙয়ক্তে । অসিগুম্বা সাহিত্যগী লোন্দাদা ইতুনা থম্বিবম্বা অহল লম্মনশিং, মসিবু পিবিরকপা য়ুম্নাম বুধিচন্দ্র সাং পিশুমদা লৈবগী অমদি লৈখিদ্রবা পণ্ডিতকী মফমদা ঐনা তৌবিমল খঙব উচ্চরি।

মথংদ লাইরিক অসি ছাপা তৌবগী অরুবা মতাং লাক্লবদা শ্রীযুক্ত চিংঙাখম পিশক সিংহ এম, এ, প্রিনসিপল, মণিপুর কলেজনা য়াবমথৈ তেংবা বিবদগী লুম্নবা ভার অসি কোকচখি । মাসিগীদমক অমদি লাইরিক অসিগী য়ামাং য়ানবিব শ্রীরাজকুমার ম্নাহল সিংহ বি-কোম এ, ও, সিভিল হোসপিতাল মণিপুর, নচিংব পুম্নমক অসিগী তৌবিমল ঐনা কাউঙমদবা ভার লৌজরি । অদুগা মৈতৈ ইজাতিনসু ইপোংনি খম্ন হরাউ তয়াম্বীগনি নিংজৈ ।

শ্রীভাগেশ্বর সিংহ

# য়াউফম তাকপা

| হিরম | | লামায় |
|---|---|---|

# মৈতিংঙু তুবি খাগেম্বা

ছয়ারে খোইমোম লাইয়িংথৌ অরাং ফাংলৌ লৈমাখোম্বা য়াইবী মতূম্মগী অতিংঙা উংলৈ অথুপ্পদা তাইবং অপকমা পূন্নমাদগী কাচেং থা কোকতুগুম্ববু চাচন হৌরকপা লাইয়িংথৌও! কোরৌলক্কী তমথরকপা য়াংবনলক্কী খাইথরকপা হুংনাংথক্তা লাইজা ঈরোয়ননা লাইজা তরং ঈপাকথক্তা শেকমোম কাইবি লিকপু পরিং লেপ্তুম হুনবা অমম মথৈ লৈতবা অতিয়া পুন্নুং পান্দম নাইদবদগী লমহৌরকপা কোরৌ ফান্দা ফমদেংবা চীংঙু য়াইবি হুমজাউবা থরাই তিললি য়াইমরু শিদব ও! খোইমোম সনা নখোং থাদা মানবি থুৎতপ্পনা মূকমু লৈতোন-কোন কাউবি চীগা লূক থুংফাং চাংজৌ ১০ মাবু চেপ্পা লোন্না পুরুমজ্জরকে। খোইমোম লাইয়িংথৌ তাইবং নমু শংশঙ লোম্দীন্নবা চীংঙু য়ারা খোঞ্জেললেন্না কোরৌ অরাংববু তাইথংপা য়াংবন তাইচিনবা নোংপোক সনা চীংদোন পনয়াই মরূদা ফমফম্বা পামেল উ পুনসিদা কায়দোঙবা নত্তিক ঙমখৈ লৈতবা খোইরা লীহৌ ময়েং থঙদবা নংবু কোরৌ চুমিথাংগুম্ববু নাপ ঙেং য়াংবন হুমিদাংগুম্ববু নাতম থম্না তেংথারককে। খোইমোম শিদবা নংনা লাইবেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বদা শাংহৌনোং থংদ। নোংপাললোন কোরৌ নোংথিল চায়বি চকপা মংশাঙমবী লেনখেনলোংবা ফাবি থোংনাং নমপুবা শারৈগুমবিদা শাংহৌনোংগীবু শৈথিরককে ॥

লহানলোং লাইবেন নপা মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বনা পোইরৈ সনাপুংদা চোয়নৌ সনা ফম্বাল তোংলবদা খোইমোম লাইতিনকম চীংঙু য়াইবি মপা নঙনা খোইমোম নশানগুনবু শানকোংগে হায়না লাইরেন নপা মৈতিংঙুগী লৌশিং পুকনিং ঙক্লা চীংঙু নঙবু থোকাউহল্লবদা হাউরৈ নোংচুপ খানা পাংবরমগী ময়ুম *মংকন তানা হাবানা নিংথৌরেন শেনবি খাগেম্ববু খোয়বা লীরোগে ভীঙয়িগুম লাংগনগে মাংংকী নাউশংগে হায়বগী মাক। চিরা খুৎখোল পুনা কপুই অশম লৌগনববু থৌশীরকলে। পোইরৈ তমদা তানা লাইবেন সনা মখোংখাদ মাকা চিরা খুৎখোল কৎনা কপুই অশম লৌগনবনা কাউবী চীগালুক মানবী খুত্তপনা পুকমজখিয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু ইবু ঙু তাউও ! ময়ুম মংকন মনিংথৌনা লম্লেন †কুবাই ইতৈ মপান্দা নযিম পোইরৈ মনিল নাইবগা শমু খুৎশম্লনা পোইরৈ ঙাইগইনসে হায়না নদাইরেম ঐবু থৌশিরকয়ে হায়না পুকমলকয়ে হায়না পুকম্লবদা লাইরেন মৈতিংঙু নিংথৌরেল শে বি খাগেম্বা কোবৌ নোংশা মৈগুম্বনা লাইরেন পায়মা উনকোয়ন্নুংদা রাংনখিয়ে। ইদাইরেম পোইরৈ খুনফংথৌ তয়ন নাইফংথৌ তুবি হয়বাং ইচুশা লাইরেন তাউজিং ইহৈকোন ইমাতোম্না পোকপা লাইরেনতোম্না য়েনবা খাইচেং লেংনাতিন লেমচেং লেম্না ফাংবা লাংখম মারেং শিনবা-e ! ময়িম মংকন মনিংথৌনা কপুই অশম লৌগনববু থৌশীরকয়ে। লাইরেন ঐবু *থোংনাং কুরাই ইতৈ মপান্দা শমু খুৎশিম্নসে হায়রকযে। হয়েং পোইরৈ তেৎনৌ চিতাই-নাই পাংশোয় নীরুগনে হাইখরবদা হোইদা লাইবেন কোরৌ ইনোংথৌ ভাউও ! হয়েং পোইবৈ চেপ্প হৈ রাংঙম পাংশোয় নীরগনে। লাইরেন সনা নখোং লেঙফবোইয়ে হায়না রাকৎচববু তুবি পায়ম উনকোয়নুংদা অনৌবা অমরক নীঙখনখিয়ে। ইদাইরেমশিংও ! নংখোইনা হয়েং পোইরৈ চেপ্পরোই রাংবন পুম্না হায়রগনে হায়বসিবু তৌয়িগুম নিংথৌ ইমায়বা সনা চোঙলেন খানবনে,

*মংকন=মোগোল। †কুরাই ইতৈ=য়াইগী ঈশিং থম্লথবা।
*থোংনাং=কাছাড়রোমদা তাবা মী (ময়াং)।

ভাংঙ্গা ইকায়য়ে। হুইয়াই শেনখায়য়ে। মংকন মনিল নাইবনা খোয়বা লীরৌ ঙন্নবসুং তুবি চীংঙ্ ইরাইবক য়ামচেং ইতুরৈগীনে। লাইরেন সনা ইখোং লেঙদকরোইয়ে। ইদাইরেমশিংও! কোরৌ মুমিং অকবা থাপান অশেংবদা হাউরৈ নোংচুপ লায়না পাংবরম পোইরৈ খুনজা-হৌ তথম নাইচা হুপ্পা লমলেন কুবাই ইতৈ মপানবু ইন্দানসে হায়না লাইরেন সনা খোঙহৌখিযে। মৈভিংঙ্ শেনবি খাগেম্বদি খোংনাং কুরাই ইতৈ মপান্দা রাকয়ৈ হিথাং-লী অরোনবদি লাইজা য়িদাহুম তেংনৌ কৌরোং শেন্না ভাইখময়ে। রাকয়ৈ হিথাং লী অরোনবদি শীঙকা নারেংথাং লাইজ য়িদা ভাউনা ভাইখমখিয়ে লাইরেন মৈভিংঙ. শেনবী খাগেম্বদি লাইরেন শাংভিং মনিংথম ওকয়া তেমচিন-শা তুবি পুন্নং মফুরিংপু চৈরৈ মঙান্নাই মানলৌ মশ্নিনফিবু লানপোং মঙান্নাই শয়াং মঙানশি সনা তমফা খুংকাং লয়না-শি চীংলাই শাবনা চুঙলেন নাপ্প-ঙান তুবি থাঙলেন মথুংসুং খীং খীং মিংথাবা কাচেং নোংথাং য়েন্নবা সনা কৈথেল ও খোইবা থাঙবু থাঙলেন নামৈ য়েপ্পা তুবি টিমেন মথুংসুং সনা খেরে থোংকবা খোক্লাং ভাংমিং খুদিংদা সনা হাচন য়েফবা মুংশিং কোয়রেং টাবু টিমেন খুত্তা-শ্ সনা চুংকোই য়াইওইবা শন্না তুরৈ য়েংওইননা লোইদাম নিনমাং থাগুম মকায়কববু নমদা হুন্না লমলেন কুরাই ইতৈ মপান্দা লৈবায় চাংজোথক্তা লাইজা ইরাই ভান্না ভাইখমলে। ময়িম মংকন মনিল নাইবসুং লাইরেন মৈভিংঙ্বু হাউমন্দুগুম মরাঙ-হৌ ভাইরোং মপাল থেকে হায়না ময়িম মংকন মনিল নাইবদি রাকয়ৈ হিথয়জিল্লক্লবদা মৈভিংঙ্ মদাইরেম সনা হাকথংগী লোংজম নোংয়াই নাহা অভোন মোংবিজাম্বা হাউমু য়ান্নাবনা মংকন রাকয়ৈ মথুনেংতা হান্না চোংথংলে। লাইরেন মৈভিংঙ্সুং তুবি সমু মথুংতোন থমরৌ লৈরারোনগুবু লয়রায় চাংজোথকী তুবি শমু মথোং পাংমানা রাকয়ৈ হিদা নেংলিঙৈ লাইজা য়িরাংমা কুরাই ইতৈ মপান্দা লাইজা হিথেন-লেন্দা মংকন অথা কায়না কামার নোংমৈ খোজেল চাউরক্লবদা রাকয়ৈ হিথাংলী অরোনববু শানফোংলবগী লাইরেন মৈভিংঙ্না মংকন মীনম্বগী

থরাক মীরো খঙনা তুমি কলহৌ-নীক লাইরেন থাংশা পানবনা লাইরেন নোংশা শারাকতম্না রাকয়ৈ হিকুমুংগী মংকন খুৎনা কংনা মংকন অরাক তম শমলাং তরয়ননা থরাক লুচিংবা পাওল মীরোংখন অমনথা মংকনখা হুয়েন লানপুম ৩ মাপু পাঙন চঙনা কারেৌরে। লাইরেন মৈতিংঙু-সু লয়রায় চাংজোথক্তা চোংখৎলে তুমি থিংকু মথিনাই লাইরেন কলহৌ নীক্লঙেনে। তুমি চীংহৈকাপ রাংবন লোনলৈ থাঙম্বা নোংখৌরেননে। তুমি থিংলৌয়াইদা-তা মরোঙ চৈচেনকদা লাইশ্রা কাকৈ ঈবু তাহৈদবা মচানে। লাইরেন লাবনা থায়কদবা মোংখৌরেননে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু- থাংরাই নিংথৌ শেনবি মুংয়াম্বনা কোরৌ হুমিং অকবদা হাথফবা ইপল মৈতৈ লৈমা থংদা নোংপাললোন কায়নৌ চাংপোমবিনা থাপান অফবদা কোরৌ অশেংবদা নাউনৌফবা নোংখৌরেননে হায়না য়ুংশিং কোইরেং টাবু টাজিল মৈরিকথোক কানস্থা চুংকোই য়াইওইববু শমু খুত্ত শ, কাচে নোংথাংলৈমা চুংশেননা তুমি শমু মখোংদোনবু মালেম লয়দা তা চীংমুং নোংথৌ কুপকুম থৌশাথিয়ে হায়দবরা। মদাইরেম স্তচিন লাইরিক য়েংবা *চকসিং লৌশিংবনা খোংনাং লোনলক্না পাঙন লোনদিন্নরা লয়রায় চাংজো থক্তা য়ার খোনজেল চাউনা পাউমেনথিয়ে। মংকন মীনমবা থরাক অতাইবা নংখোইনা রাকয়ৈ হিকুমুংদা হাপ্না পুজবা মৈতিংঙু- মদাইরেম হাউমু য়ারাবা অতোন মোংবিজাম্বা অহুবু তুমি চীংখোং নাক্তেগী সনা শেনপাক কম্বনে। য়াঙনা হলরাইহন্নকও হায়না পাউমেববু নাতায়বগী মম্নিম মংকন মনিল নাইবদি লাইজা ইরাংমদা ইচাউপিজা থাংমান্নরা তকলৌ শিদংশোন উবথমপিজা য়িয়ান্নরা মুংওন শিমা ওন তাংজা ইকাই নংনা হলরাইখিরে। লাইরেন মৈতিংঙু-সু তাংজা ইকাই নংনা নোংশা খুমন হন্না মরান ওন্দেরকলে। তুমি মহি হিনা মেঙ লাইরেন মরাই য়াইনা হৈনা পোইরৈ সনা-পুঙ তুমি য়োইকোন্মুং কংলা নোংজৈরাং শেরী য়াঙতেক্না খুজাই নারৈশঙ রিমলেন চামন লাকবা থাঙখুম

*চকসিং=জপসিং

থরাক শা মোনলাং লয়না য়াম্না হেনমোই শঙ চোয়নৌ সনা ফম্বাল্লাং ঊরেন লাংয়েনথক্তা ৱায়থুঙলে। তুবি শংগাই মাংগোললোয়দা য়াচংখিরে। য়োইবু মশানৌ মুংথোম কৈখেল থানবিদা ময়িম পাঙন তানা তাবনা লাইবেন মৈত্তিংঙ্ খোম্ববুং মরৌ চাউনা হাউমন মরায় লৌগে হায়না থৌবাংঙম্ববু পাউদম্নবদা য়োইবু মশানৌনা লাইরেন ইশাবী তুবি কোরৌ ঈনোংখৌ ৱাংবন টকাশা লোকলৌ পলংলা ইনমথাং খোঙলেন তায়া মীপাইপাই লাংচেং চারা ঈরু-থেৎতমও। লাইরেন সনা নাথাং অসিবু য়োইবু মশানৌ ঐনা তাবদি ময়িম মংকন লৌওনবগী থকক থুৎতা চনখিববদি পোইবৈ তেৎনৌ চিদাইনাইনা মালেম পাংশোয়নীক কৌচেং য়াম্বা মীচীক্তা থিংবা য়াম্না লাংতক্লনা পোইরৈ চিকনেম-নেম ৱাংবন চীকথম থম্লইঙনে। য়োইবু ঐস্নুং মকোই পুকথোং হাংনা চীংঙ্ লাইবকথী য়ামচেং কাষা চাউ শৱা তুরৈ শোয়রাববু ওইরঙেনে হায়না তুংওনখিয়ে। য়োইবু মশানৌ পোইরৈ মৈতৈ লৈমা মুংখোং কৈখেল থানবিগা লাইরেন মশাবিগা পোইরৈ চৎরা হায় রাংঙম তুরা তেম্না পোইরৈ লৈপাক ঙাকলিঙৈদা লহাননোং থোংনাংগীদি হিথেললেম্দা মংকন থুৎশম্নবা রাকয়ৈ হিরেনম্নুংদা হাপনা পুখিবা মৈত্তিংঙ্ মদাইরেম চীংখোং নাকতৈগী অতোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাবা মংকন মপুংয়াইদা তেৎনৌ য়োৎহিং-চন লাংহৈ কুমশিং ৩ শুনা লৈরববু লহাননোংদা ময়িম পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগী চীংখোং নাকতৈগী ১ না মংকন নংথোইনা পুখিবা অহুবু মৈত্তিংঙ্ মদাইরেম চীংখোং থৌতাইবেম নুংচানবনে, মাঙফরোইয়ে হায়না পাউমেনবা অহুবু লেপ্প মওইরে হায়না মংকন মথৈগী রারক অরুম্বা তেৎনৌ য়োৎহিংচনববু লৌথোকপিরবদা অতোন মোংবিজামবদি অম্না ঈশৌ লাংনা তরা চাথং লাম চৈরৈ অয়িন-তামলবগী লাংগোই শজিক ফাম্না তরা চারাননগে হাম্বগী খোয়মা নারোনম্নুংদা মরান থৌচৎপদা শদৌ তোনলোংবা তৌরেন লাংকমবিচাগী খোয়মা লকাতোনদা খোইমোম লাইম্বিংথৌ চীংঙ্ তাইবং খায়বা খোইমোম মতা হম্ন নারোন ময়াই ওইবা অমবু তানকংলুবগী পুকনিং

হয়াউচন্ত স্নুংঙাই খুৎথুম চননা হলরাইরকলে। নোংলেন ঈস্নুংমাপী খোমলেন মংলানচানদা মুন্ডলেন য়াইওইবা অদুবু নমু পোংশক ওংনা রাহমলময়ে। ইদায়রেম অতোন মোংবিজামবা নংবু পোইরৈ নীঙনা তেনা হলবাইরসে হায়না পাউমেনববু নদাইরেম ঐদি পোইরৈ সনাপুং য়োনবা য়াংলৌ লমথোঙ খঙলরোইয়ে হায়না পাউখুমলবদা খোইমোম লনকু হৈবিনা তয়মও! য়াংলৌ লমদাং শাংবদি চীংঙ ঐনা চিংঙেনে হায়না পাউমেনববু কোয়ৌ ৩ নি শুনা হয়। হয়া খোমলেন মংখৈনববদা চীংঙ তাইবং থায়বা ময়নকৃগি থৌজান য়াথং মকুং ইয়া মংকন মপুঙয়াইবু নমদ-হয়া ময়ান চেনওননরকপবু হুনাই মপুঙয়াইবু য়োরবগা হয়েং কৌবা মনোংশোয়দা পোইরৈ সনাপুং লায়না পাংলকপা য়াউরৌ লমদাং খঙদনা হুনাই মপুংয়াইদা কোয়ৌ নোংশীঙ য়ায়া নোংথোইঙমবা নমু মীপুম ৯ দংবু ঙাইরোইননা পোইরৈ সনাপুংদা ইন্দ্রাললকয়ে। চীংলেন-'য়োঙম কা য়িরোক লাইচম লাননা রাংঙম ওমদা তারকয়ে হায়ববু লাইরেন শেনবি খাগেম্বনা নাতাববগী নোংথৌরেননা লগাননোং মংকন খুত্তা চনখিমখৈবু ঊনবি লয়নিংশিংনা মখিম মৈতিংঙ পোইরৈ খুনজাউবা খোংলেন মথুৎফা লোইয়া মালংপান্দা মদাইরেম অতোন মোংবিজামববু লমওকলুয়ে। চেংলৌ শকউনরবদা মদাইরেম অতোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাবনা মংকন মপুংয়াইগী মুংশি অরা নংলকপা খোইমোম ময়নকুনা তানফংলকপা ময়ান ওন্দেরকপা রারম অয়ামববু তুবি সনা মখোংথাদা চাংঙৌ চেপনা লোংনা মালেম লয়দা পকনা পুরুমজরবদা লাইরেন মৈতিংঙ শেনবি খাগেম্বনা তয়ম মোংবিজামব-ও! চীংঙ তাইবং থায়বা ময়ন অরেপ্পা মহাকনে হায়না থৌজানবিরে। লাইরেন মৈতিংঙনা অনৌবা পাউহংলকয়ে। ইদাইরেম হুংচানবা অতোন মোংবিজামবা-ও! হাউমু য়ারাবা ও! নংনা ঙাইরোইনবকপা নমু মীপুম ৯ অসিদি করম্বনো হায়না পাউহংববু হোইদা লাইরেন কোয়ৌ ইনেংথৌও! তাবিও! নদাইরেম অনিমা অসিদি ত্রামহোন শাগৈরেননে কোলোয় মখিংথোংবু য়াংকব্বা শাচাউবও

কৌয়ে। থোংনাং মীপুম অনিমা অসিদি শানৌ মচিন মনাউনে। ব্রামহোন শাগৈরেননে হায়য়ে। কোলোয় মমিংথোংনি হেমাশর ও কৌয়ে। নমু মীপুম অমা অসিদি শুক্র শাগৈ *অভাংবনে। নাপেং পাবনরামা কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অমা অসিদি শানিয়াথো-নোসিং ও কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অমা অসিদি ইয়োঙ লাইচী থোংনা চৈরৈ ফিশাবনে। কংগা মুনিও ভৌনা কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অনিমা অসিদি ভাস্তে থাংশাবনে। কোলোয় মমিংথোংবু *কিরিসনাদাসো যম্বুরাই ও কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অমা অসিদি মশনমাননে। কোলোয় মমিংথোংবু মারামোং ও কৌয়ে। খুংলাই অপানবা ফেঙনবনে। তুবি সনা মথোং খাদা পাউদমলবদা লাইরেন মৈতিংঙ. শেনবি খাগেম্বনা শিনকম মহৈ লৈবা মশেনবু ঙাইওইনরকয়ে হায়বগী লাইরেন পায়মা উনকোইমুংদা হরাউ মখৈ লৈতনা লাইরেন থৌজান পুক্লিং চঙনা মদাইরেম অভোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাববু লাইজ পা-শানা নমু মায়রোয়ননা ইরু শানদেংলবদা লমলেন মদাইমা মকু অদুবুমুং হাউমু য়ারাবা ইরফম অভোন মোংবিজাম্বা ইরেন ও ভৌনা কৌরময়ে। লাইরেন মৈতিংঙ. শেনবি খাগেম্বনা মদাইরেম মোংবিজাম্বদা তয়ম নাইপুম ১০ খানলে লৌকোন ২০ বু শুনা লাইরেন থৌজান মরুনকৃবু লনখাইবিরদা লাইরেন মৈতিংঙ.স্থ তুবি সনা য়োই-কোনমুংদা হলরাইরকলবগা মদাইরেম অভোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাববু লোইনাই নাহারুপ শঙগী শঙলেন তেংমাই খিননা তয়ম নাইজা লাকহললে হায়দবরা। লাইরেন মৈতিংঙ.মুং হরাউ পুকনিং পেননা নোংথোইরিভৈদা কৌবা লাকশঙদা চীংঙ. থোংবানরাই খোইমোম থরাই পোংশিন মথোঙ লয়না হাংনা কোরৌ নোংলাকপবু খৌতিঙলগী খোইমোম লাইয়িংথৌনা চীংঙ. মতিক অরুবমু শানফোংগে হায়না থোইমোম নোংমখোনলা হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরমগী খারীচাব ভাবনা লাইরেন মৈতিংঙ.বু হাউমনহুঙম মরৈ হৌগে ঙাইরোংহুঙম

* অভাংবা = ভাংদুনা লৈবা, ভাংজবা। * কিরিসনাদাসো কৃষ্ণদাস।

মপান থেককে হায়না শংলো থোরাং য়েনলাং ঙমঙমলে। খারীচাবু তা বনা শেনবি মংশারাকপা ও! পোইরৈ চেপংহৈ রাংঙম পাংশেংয় নীকপবু বাতানখিয়ে শেনবি মংশারাকপা মখোয়াংগী লাইরেন মৈত্তিংঙুদা হুয়েন লানপাউ চেনলৈয়ে। লাইরেন মৈত্তিংঙু ইবুংঙু তাউও! মদাইরেম ওকসুলাকপদি শেনবি য়ুমথি থনলোংচোয় তুমুং লাপানলোই চাপাক লোংচুমলোই মমুং খেপান লোইবু রাংগোন লোইকা পিরোইয়ে হায়না শোংবাচুঙম ময়াশা খোয়ঙুচুঙমববু মচিন তুমলে। লাইরেন ইবুংঙু তাউও! রায়রা নশা-ওই হুয়েন নরান-ওই খাঙলেন চেপনা চননা লানলু চোনমাইফোয় তৌথোক খনখাংননা য়াংলে তাউবাচুঙম *কংঙম খাংনা কাউরেন শনকু হোইঙম খোম্নখিরা-ও! মদাইরেম ইখোইদি রায়রা ইশা-লং হুয়েন ইরান লংন, খিংলো পনচনলমগে। ওকলেন কোনলোনঙমগে। লাইরেন ইবুংঙু তাউও! নংবু অরা ইশৌলাংবিগুনে, হায়না খোংপাক খুংতোন কংন। রাহমলবদা লাইরেন মৈত্তিংঙুনা তুবি নৈনিংশিংনা রাখংখিয়ে। ময়িম †খারীচাবু তাবনা হুয়েন লানবাউ চেললবা অসিবু শেনবী লীরৌরাগী তৌশীকলা হায়না লাইরেন উনকোইমুংদা নিঙথনখিয়ে। ইদাইরেম চকপলমবু নাউদায়াম্বা নংবু লাউও। ময়িম খারীচাবু তাবনা হুয়েন লানবাউ চেনলৈয়ে। কবো ওকসু মনিলনাইবনা রাংগোন লোইকা পিরোই হায়রে। লাইরেন ঐবু হুয়েন লানহৈরক ও শেনবি মখনমাবু খোমনখিরো হায়রে। ইদাইরেম শেনবি মলমবু নঙবু শেনবি লৌথুপ-রা অয়োনব। কবো লৌচাউ-রা অমমববু নাতারকতবরা হায়না পাউহংববু লাইরেন মৈত্তিংঙু ইবুংঙু তাউও! নদাইরেম ঐনা শেনবি তুমদ। তান। লোইথৌগৈদি শেনবি লৌথুপরা কবো লৌচাউ-রাবু নাতারকতে হায়ন। রাকৎচরবদা তৌয়িগিদি তয়ম চকপা লমবু নাউদা য়ানব ও চিনকোয় নপাউমেন অসিবু রাচা-নগে হায়না লাইরেন মৈত্তিংঙুদি কুচু থোনলাংমৈদা

*কংঙম খাংনা=হুইগং খাংঙম খাংনা।

†খারীচাবু তাবনা=কাছাড় লমদা তাবশিংনা, খারীচা, কালিদা।

য়াখোকলকালে। তুবি ফমথৌ মঙাইয়োই লাইরেন নিংথৌ মহিশাং লেংনা তিনদালক্তা পাউমেনখিয়ে। ইদাইরেম অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবশিংও! শনবি ঙমদকুম কথো ঙমদা ঙানা ওকস্ম মনিল নাইবদা হুয়েল লানদাকুগে হায়না পাউমেনহ্নদা মদাইরেম খারীচা পাউহললবস্নং মরান ঙনদেখিরে। শেনবি মংশা লাকপদি রাইথুংলুরে। শেনবি মংশা লাকপা কথো লৈবাকচাবও! লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বস্নং কবো ঙমদা ঙানা হুয়েন লানহৌরক্কে হাইরকয়ে হায়না পাউমেললবদা ঙৌয়িগুম নোংপোক চীংবু লোইব পুন্নমাবু লোইবি পুকমাননবা ঙেমবা শরো শীনগে হায়নগী থোইত্নু অহোঙদ্বি ঙাঙাহন লোয়মূ চীপাকপি মানবি শরৌশীনথৌখৎ থাংচি য়াঙোংলেন শায়েন লৈঙোং য়াৎ রালেং নিংকোয় ঙন রাংলৈ শকং হিং হুইদ যাফেম্লনা মাইখঙগে হায়না লোইবি চী বু লেংইববু পাউকৌরে। খাবীচাবু ঙাবা পুন্নমাস্নং পাউকৌরে। লোইবি পুমনমাস্নং কবে মনিল নাইবগা শেনবি মংশা লাকপগা হাউমন পাখায়চীক শায়েন ঙোংদম য়াদা শায় রাংলৈ চেপ্পা য়েংনা রাশক্রুরে। লাইরেন মৈতিংঙুস্নু হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরমদা হুয়েন লান্দাখিরে। মংশা লমলেংয়িন খোইব হুংকারম রায়রং নেংজুবি চীং ভাউত্তিং হৈঙপাপোক চাকথ খোংনাংপন মোংবাশুম লমজাউয়িন ভরেৎ ঙাইয়ো লাম্না লাইরেন মৈতিংঙুদি শেনবি ঙমদা ঙানা মংশা মপুংয়াইদা রায়থুংলুরে। মদাইবেম চকপা লমবু নাউদা য়াম্বলা শেনবি মথৌরাং লোইবি মঙমদম উনবি লোম্না ঙাংবা রাবু শানথঙসবগী লাইরেন মৈতিংঙু চিবুংঙু ভাউও। লোইবি মরৌনহু কবো ময়ো হুকপবু নদাইরেম ঐনা নাঙারকয়ে। লাইরেন নংদি ময়িম শেনবি *মরৈমাবি কবো মংশা লাকপিবু তুবি নত্তিক নত্তে. লাইয়েন নপা নত্তে হায়না তরা চানমখিগুম খানাকনীক রাংলে কোনঙৌ খোংগুম তিনচুম নীকপীগুনো। নদাইরেম ঐনা শামবা মোইথেম-ওই

---

*মরৈমাবি=মাগী লৈমাবী=মাগী ইবেম্মা।

লমবৃ ওনজা চৎনা পাউমেল্লুগে হায়না অসুম রাহমলবদা ইদাইরেম চকপ লমবূ নাউদা য়ামবও! ইপোইরৈ চেপ্পহৈ ইরাংঙম পুম্না লৈবনা ফত্তে। নওনা শেমবি মংশা লাকপিবু পুক্লিং ওম্না পাউথেমলুও। লাইবেন ঠেনা তউজিং হুয়রাম্নগে হায়না। পাউমেল্লবদা য়োইময়াই অঙানবা থোঙলোন খম মুমিদাং লৌখেল্লবদা মদাইরেম খারীচাবু তাবনা লাইরেন সনা মখোংখাদা পুরুমলুয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বও! অসি কোরৌ মুমিৎমাদি কৌবা য়াংকলমও। হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবদা লান্দাসে। নদাইবেম ওকসু মনিল নাইববু মরান থুমবি মৈমাংচম্না পম্বেংসে হায়না শেনবি মরৌ লৌনা *হৈনা হাইনা পাউমেললা-ও। অসায়বৈগী চবপা লমবূ নাউদা য়ামবসুং কবো মংশা লাকপিব পাউথেমলকয়ে লাইরেন মৈতিংঙুগী শেনবি মংশা লাকপিগা শায়বা ফিয়ানবা তিংখং খোংচঙনা কৈরা তান্দা নাম্না মুরা হিকোক মচু থাউনা কুমচিং পবয় খোক্লরে হায়দবরা। হয়েং কৌবা ইনুং শোয়রবদা লাইরেন মৈতিংঙুদি ওকসু মনিল নাইবদা হুয়েন লান্দাখিয়ে। শেনবি ওকসু মনিল নাইবদি লাইরেন মরালহৌবু নাত্তারবগী তাংজা ঙাইখংনবা হুয়েন লানজংখিদ্রমলে। লাইরেন মৈতিংঙুদি শেনবি শোক্লদা কবো হান্দনা হুলরাইরকলে। তুবি লমদন চারেংফম শেনবি মংশা মপুংয়াইদা রাইথুংলুরে। য়োইময়াই তাউদনবসুং মুমিৎ থোংলোনখম মুমিদাং তাংলো থেংজিললকলে। মদাইরেম শেনবি মংশা লাকপা শংলৌ মথোরাংবু ওরা লুকমা লেম শরেন ফাহাপ্পনা রাংলৈ ফোম্না থাবংথেঙ মাইখঙহললে শেনবি মনিল নাইবদি রাংলৈ তোংঙমা হাউদৈ কোক্তা কারে। মৈতিংঙু মদাইরেম চৌংথোং পুয়োকলৈ ণখম মীংপোকপা পুন্নমাদি মশিম শেনবি মনিল নাইবনা থিংলো পনচনলে। লাবা পনকোয়রে। শেনবি মংশা লাকপনা থাংলেন নামৈ-স্নেপ টিমেন খুত্তা শনা লাইরেন মৈতিংঙবু কোরৌ

*হৈনা হাইনা হীরা হাইনা।

ঙমাংলাইহনগে হায়না চোংথোকলকপবু মোমন্থু তানলোই মুরুমবি শেনবি মরৈমাবি কবে। মংশা লাকপিনা থংলেন ইনেম্মচা কবো মংপা লাকপা ও! কোনৌ অসি মুমিংমাদি এবু ঙাইথমবিথিও। হয়েং কৌবা মনাংশোয়, য়োইময়াইনা খেনকারকলবদা শেনবি নরা চা কবো থৌঙমববু রাচা-ও! তৌইগুম থংলেন ইমান মচা ও! মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বা অসিবু তুবি থমং লৈম চা থমং নিংথৌ লিকলাই রাংগোন লৈম-চা রাংগোন নিংথৌনে। থমং লোকয়ায় খায় লাইজা ইরাই ঙান্না পানকবা শেনলৈ মীরাতেং পোইরৈ মীরু ঙাক্লা পানফবা নোংথোরেল, মুমিং পুংকোক্ত মহনমুংগী অরাং নোংশু নাহা লীহয়বনা লীখিতেন খোইমেংম পাফন নামুংবনা কৈরা তান্দা থোংনা মালেম লৈখারোন্দা লোংনা য়োকপিবা লৈমু লেনভা পাখংবদগী সনা ঈমতান হাথ নাউনৌযবা লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বা অসিবু ওক্লেন কেনপোন-হৈদে থিংলৌ পংচনহৈদে। লাইরেন লাবা নকাইফদবনে, হয়েং লোইবি ইরৈকাই কবো ইপুং তাক্লগনে। ওকলেন হুমথিনা লাইরেন হুময়াননা পানবা হাথানা কৈংন নাউশোকনরগনে। থাংয়ি চাহৈ কৌ লোইমোন হামকংনবগনে। শেনবি ইরমশাং নোংপোক রায়রংকোন করম মুৎতববু মুলগনে। তান্না হাওরম ফুন্দববু ফুনলগনে। লাইজা উনিংতোং কংদববু কংলগনে থংলেন-ও! নংবু পায়মা লৌশিংথোই উনবি পুকনিং ওপপা নত্তবরা হায়না থুরাং পমশিকোন টিমেন থুৎতা লাক্লা থোথাল্লবদা শেনবি মংশা লাকপমুং মরুম থোথামথোনগী চৈরৎলে। মদাইরেম চকপা লমবু নাউদা য়াম্বন। লাইবেন মৈতিংঙু ও! তুবি নংগী লমতন য়ারেকফন চৈরৈ য়াকুমুং মোলাং তমতাইথক অসিদা তুবি নহুৎ শিন্না য়াত্তারোগে। শেনবি মনিলনাইবন। থাওলেন মথুমহাং লাংগোই শরি থোকপবু শোওকিরোইরে। লাইরেন মংদি নদাইরেম শেনবি পোংলমবু য়াইবা থুমনচা লাইয়ুম মাক্তিংববু লোইবি লোনতিন্নবা তাংখুন লোনখঙনবনে ঙাইরোইনখি-ও। লাইরেন মৈতিংঙুসু থিংলৌ

পনচোংখিবে, লাইরেন পনলিংখিরে। ইম্নুং শোইয়াইমাদা শেনবি মংশা লাকপিগী কোনলোই শংগাই কানা য়াহৌকবে। শেনবি মংশা লাকপি-ও! তুবি খিংলো পনচোংলক লাইরেন পনলিংলকলে। শংলো নথৌরাংগী পোইরৈ সনাপুংদা ইরান ওনদেখিরগে হায়না শমু ওইনাকোন শমলাং তোংগা নান লাইরেন সনা খুংশি ফুরা মোমঙু শয়াং মতানপোমদা শিবিখিরে। তুবি কোনলোয় মখুংতোপ সনা তঙ্কা খিনববু শমু খুংনাউতোম্দা শিবিরমে। শেনবি মংশা লাকপিনা লাইরেন মৈতিংঙু ইবুংঙু তাউ ও! হয়েং পোইরৈ রাকাউবিগনো। রাঙম চানিনঙমগনো হায়না মুংশি তিনমেন্নরবদা লাইরেন মৈতিংঙুসু তুবি অনৌবা পনচোংলক লাইরেন অনৌবা পনলিংখিরে। তুবি খমনহন্না মরান ওনদেরকলবদা তরেৎ ঙাইরৌ লান্না চীংলেন চাউপুক কারকলবদা পোইরৈ তেংগেনলেনবু লোইবা চিংশাং খোংলোয় হৌবা তাংখুনতনা তাবনা ইম্নুংশোইয়াইমাদা পোইরৈ খোমলেন তুমকনলিঙৈ লোইরান লানশোক তয়া থুখাইরিবে হায়দবরা। লাইরেন মৈতিংঙুনা কোরৌ থয়না-য়ে রাংবন পাংনা য়েংনা মুংওনখিয়ে। অতুনোংগীবু তাংখুন মচি লংস্তারম পাংশং চীংমাতোলও তৌনা কৌয়ে। লাইরেন মৈতিংঙুসু তুবি মহি হিনা-মেন লাইরেন ময়াই য়াইনা কানা পোইরৈ সনা পুংদা রায়থুঙলে হায়দবরা। অসাইডৈগী ময়িম শেনবি মনিল নাইবনা লাইরেন মৈতিংঙুগী চৈরৈ রাকুহাং মোলাং তপ্তাই কাঙনা মিংয়েং শানখৈরুববু তুবি খিংলো পনচোং ঙম্নংগী য়াইবি মনুংহৌ তিলাং মখোয় শাউনা রাতাখিখিয়ে। *ইরমপু চকপলমবু নাউদা য়ামবও! মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বদি কদাইনো শংলো নথৌরাং য়েনলাং নঙমতমগীবু খিংলো পনচোংখিয়ে। লাইরেন পনলিংখিবা নারিংঙৈনে। লাইরেন মৈতিংঙুগীদমকপু তরা লোচেমপোংকুমববু নংনা লেংশিনলাউও হায়না শেনবি মথিনাইনা থাঙলেন মথুমহাং কোলোয়

---

*ইরমপু = ঐগী লমবু।

শবি খোক্না শেনবি লানয়ান্নকমদা নোংমনহনংগে হায়থরবদা গোইদা শেনবি ইচিন ইনাউ ঙাইওইবশিংও! অরাং কোরে মমিদাং শারেন নংখাইনা শানৈনবা রাংলৈ মুনৈবগীদমক শারেন কাহাপা পায়না নিংশিনা রাংলৈ তোনহম্না হাউদৈ কোক্তা কারে। অতুগীবু খোমলেন তমখুনববু চীংখ" শরা শুম্বগুম খোনজেং মিংকপ থোক্তে। শেনবি ইচিঙাই কবো নাউঙাইবশিংও! লাইরেন লমতন য়ারেকফমবু ওবলেন লাংকোই-চম্ন শেনবি শনভকপম্ভ হাউদৈ কোক্তা কা রাংলৈ তোন ওম্নবনগী চেংলৌ মিংকপ খোক্তন। খোমলেন মিংকপ খোক্তবা মশেল্লে অহিং ইক্তমাদা লাইরেন মৈতিংগুনা হিংলৌ পনচংখি. লাইবেন পনলিংখিবদি পোইরৈ ঐখোইসং খংলোদে। শেনদি নংখোইস্ন নাওা-রোদে। করিগী লৈরাং অতিংগাব্ রারোংননো হাযনা পাউমেল্লবদা শেনবি কনাওাংনাই কবো মুতোংহকপনা হনৌনা পাউমেল্লকয়ে ইরমপু চকপলমব নাউদাবামও! তুবি পনচুমখি ল ইবেন পনলিংখিবদি ওইরোইয়ে। নংদি বায়রা ইশানে। হুয়েন ইরনেনে। শেনবি নমলা য়ানফমদা নোংমনববু খোযমা নমায় লৈফবোইয়ে। তস্তুম রাহমলিংে শেনবি রাপী হায়বা পাইচন ইমাঙ লকপনা কবো মংশা লাকপও! মৈতিংগু মদাইরেম চকপরংবু নাউলা য়ামবা অসিবু থাঙলেন মখুংহাঙ লাংগোই শনী খোকপবু লোইবি মলমবু হেমবা মখোংপুশিনা মলোই লোইহাখিনোংদা খিংলৌয়াইদা তাবদি লোইবি মপুঙতাক হেমবা মরৈকায় পানবি মনাউ হুনদে। ঙাইবোং মপাল লোক্তে। খংয়ি চিশাংনা লোইমোম হামকংনরগনে হায়না রাহম্নবদা শেনবি মংশা লাকপনা পাইচন ইমাঙ লাকপও! কোলোয় নয়থং অসিবু চুময়ে। শেনবি ইলমব অসিবু নোংমনফবোইয়ে হায়না পাউমেনখিয়ে। নোংপাল চকপ-লমবু নাউদা য়ামবস্তুং তাংজা মরৈতোননা লংমাই শেংবা লাওম লাইশেংলকলে হায়দবরা। মৈতিংগু মদাইবেম শেনবি মলংবুশিং য়ুমথি খনলোংলাই, চাপাক লেকচুম লোই তুমুং লাংপানলোই, মমুং

খেপানলোইবু লোইহাঙমদনা হলরাক্নরকলে। লাইরেন সনা মখোংখাদা থরাই লাইশেং য়াবু য়াকৎচবে হায়দবরা অত্থুং মদোমদে।

লাইরেন শেনবি খাগেম্বনা পোইবৈ লৈবাক ডাক্রৈঙদা খোইমোম লাইয়িংথোৌনা চীংঙ্ ইতিক খংহনগে হায়বগী শেনবি মপুংয়াইদা লাইরেন অরা মখৈ লৈতনা নংগল্লবসুং উনবী নিংশিং লৈতনা চীংঙ্ ইতিক খংবিদে হায়না খোইমোম উংলৈ মথিনাই চী'ঙ্ য়াইবি কলহৌনীঙ্গা অরোনখুৎতম খংহনগে হায়না চীংঙ্ নোংদমখেনগী থোংনাং য়ারোংনা পোইরৈ য়াচাউনবদি মৈথিংঙ্ মদাইরেম খোংনাং মলমবু অতোন থিংকু রাশৌ শীঙব। কোলোয় ময়াথংগী থোংনাং লাংগোই মথুনেং লুরাংববু ময়াং মথুনেং শা-বু লাইরেন ঐঙোন্দা পিরকও। লাংগোই শিন্নসে তুবি থম্নাংবা পনলোইদা লাংগোই মশীঙ হেন্দববু হেনথিগে। ইরেং পুপানলোইদা শগোন মশীং হেন্দববু হেনবিগে হায়না পাউমেনখিরবদা থোংনাং মনোংথো প্রথাকিনান্না ঙথোবনা পাউমেল্লকয়ে। ইদাইরেম পোইরৈ ইলমবু খোংনাং লমচিংবা নংবু লাউ ও। শেনলৈ *ইপাভাউ লাইরেন শেনবি খাগেম্বদা পাউমেল্লু ও। লাইরেন নঙনা য়াকচাং লৌ-উবা খোনদা লোৌকপদ তোংনবা শগোন চিংঙনবনচিংনা লাংগোই মশীং ৬০ শুনা পিরকও হায়না পাউমেনরাগী লাইরেন মৈথিংঙ্না শেনলোই ইপাভাউ থোংনাং মনিংথো! মযাঙ লৈমাবা কোলোয় মপাউ-মেন অসিবু ইন্দানফরোইয়ে ইদাইরেমশিং-ও! লাংগোই চিংঙনবগী শগোল মশক মানবা লাংগোই মতম লৌববু নিংখললাউ-ও হায়খিয়ে। মদাইরেম চিরি লৌশিংনা লাংগোই মতম মানবা শগোন মশক লৌববু নিংখললে। খোংনাং কুরাই ইতৈ মপান্দা লাংগোই শা শিন্নগে হায়বগী খোংনাং মনিল নাইবসুং লাংগোই মশীং ৩০ মাগা ময়াঙ য়াঙ্গোই মথুনেং রাজবলহোপ লুবাংবগা লাংগোই শিন্নরে। রাজবলহোপ লুরাংবা পোইরৈ খুংতা চনখিবে। শগোল মশীঙ ৩০ মাপু থোংনাং মপুংয়াইদা থুংলুরে। ময়িম খোংনাং মনিংথোৌনা লাংগোই মশক নত্তববু

---

* ইপাভাউ=মরূপ, ইভাউ।

হৌরক শারকয়ে শগোল চিংগুনবদি পিরক্তে হায়না য়াইবি মন্নুং হৌনা রাতাথিখিয়ে। লহাননোং মপল মৈতৈলৈমা নোংপাললোন কায়না চাংপোমবিনা *ফ্রমান লাইরিক ইনা হায়রকপা রাস্নুং লৈবনে। ইদাইরেম ভীমবন অথোবা য়াথারেক লানচিংবা নবিংগুান-চিংনা থোংনাং লানলোই মপুং ফা পোইরৈ ওমদা ভানা হুয়েন লান্শোরুক-ও হায়না পাউমেনখোনবী থোংনাং মরাঙগী ময়াং মখিনাইনা হুয়েন লানহৌরকয়ে। মৈথু মতম য়েংনা পোইরৈ য়ুমজংলবগী রাঙম লাংতক্না পোইরৈ লাংফেম্নরে হায়দবরা ? য়োইবু মশানৌনচিংনা য়োইহৈ শেনলে ৪ মাকা নোংয়াই কেন্না মপুংয়ইদা ইন্দানখিবে ময়িম থোংনাং মনিল নাইবদি লমলেন নোংচুপ বা কোনমান কমপোং নারলরাই অর'ই লাংথাকপা মরৌপানবু নাতৈননা থমলাং মোইকাই চীংদা ময়াং ভেংগোন লিংলে। থোংনাংরাইশী থমভাকপ মীতাক শানকোংবশিংনা মৈতৈলৈমা নোংপাললোন সেরেমবী নোংচুপ লানলম ওমবী হুয়েন মেভাইবা কাবিবু য়োইপুংলো নোংকাব চীংবু পন্দল্লবগী তাংজা লুরেনভোনবু শিনাই নানিরোংবনা থংশিল হৈথোইবনা কোনঙৌ নোংতং–লেং কোরি তনথায়লো লুপা পুম্নলুপ চোয়নৌ সনা মাইথোং হাপ্পা মৈতিংঙু নিংথৌখাম্বা পুঙলেন নোংচুরাইবু নাতৈননা খুরাই অপানবা মগুংকমদা লৈমরোন ৬ লৈহৌরোন ৫ দা রারীরববু মখিম থোংনাং তোকমু লৈতমফেন মালেম লৈকম লোনা খানলো লুহনগে হায়না শংলো থৌরাংগুম্বু লাইরেন মৈতিংঙুনা নাতারবগী তুবি খিংকু মথিনাইনা থোদোংখিয়ে। মদাইহেম ।ভুকজো লাইরিক য়েবা জগসিংনচিংনা থোংনাং খানলো লুহনবশিংবু টিমেন খুংনা ফংনা ময়াঙ লানপুম ও মাপু খুতক ঙাইরন থাঙম খিনথুরে। অহুমুং মদোমদে। মৈতিংঙু মদাইরেম অখোম ময়োন অথৌবনচিংনা শেলোই মপাতাউ ঊনবি পুকমান্নবা ২ দংগা ঙাইবোইননা ইমুং শোইয়াইমাদা থোংনাং পনলেপ ঙম্বু অখোম ময়োন অথৌবনা

*ফ্রমান প্রমান। ।ভুকজো=সূর্য্য।

পানবা কৈচেংলাংগুম্বনা তনবা কাচক হৌ থিংলৌ মণিনাইনা থোংনাং থুৎনা ফংনা থিনথুরবগী ময়াং মনিল নাইবদি ভাংজা ঙাইখংনরোয় হায়দবরা ? থৌরম অসি মতুংদা লাইরেন মৈতিংঙুগা থোংনাং রাথারেক লামচিংবগা থোংনাং ঙাইওইনা পোইরৈ চান্না রাবু পাউমেন্নখদা *মৈতিংঙুচা শানোংবা থোংনাং পুকমান্নবনা কোলোয় পাউথিনরাগী থোংনাং মনিল নাইবদি অরাং লায়না পাংবরম শেক্লাচাবু ভাবদগী লংগোই শগোন পুনা মৈতিংঙুচা শানোংবসুং ঙাইরোইননা থোংনাং মরৈপাক্লা হুলরাইখিরে। থোংনাং লালহৌরাদি অতুকুং মদামদে। লাইরেন মৈতিংঙুদা থোংনাং নিংথৌনা পাঙথোল ৩ লকপু থোশীরকয়ে। পোইরৈ অরাকতম রাংঙম মী থাদনা মলোই লোইহা থৌগুম পাউ মেল্লবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা য়াইবি কলহৌনীক ভিল্লাং মথোয় শাউনা থোংনাং মপাউখোনবু পাউহনলববু নোংমলহল্লবগী থোংনাং মনিংথৌনা য়াইবি কলহৌনীক্লা রাভাখিখিয়ে। ময়িম পোইরৈ মৈতৈদি থোংনাং ঐবু *তাংশক্কে, ময়াং ঐবু মীথাদে। রাঙম ংমদা তানা হুয়েন লানশোক্লরুও হায়না মৈতিংঙুচা শানোংববু য়াংলৌ লমজিংবনা হুয়েন লানহৌরকপবু নাতারবগী লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বানা হেকঙাই মুংয়েং চেংনা শোনমোইখিয়ে। কোরৌ ইনোংথৌবু থাপ্লবরা রাংবন ইকাশাবু তাম্লবরা ? তুবি খমলাং ইপালাই লাইরেন ইপুলাইবু কোরৌ নোংলাংপান অথাপ্পদা থাপ্পা য়াংগোইরবরা কৈমরোন ৬ কৈহৌরোন ৫ মক্লা রারীখিরবরা ? চীংঙু নোংদমখোল অরোনবা করম্ববু নারীগবনো। লাইরৌ লাইশা রাং রাংবন পাঙফা রাংপগীবু তৌশীকলা ? লাইরেন ইপা মৈতিংঙু থাংরাই নিংথৌশেনবী মুংয়ামবনা লাইজা ইহুননোং পলেম ইমা মৈতৈ লৈমা থংদা নোংপাকলোন

*মৈতিংঙুচা শানোংবা থোংনাং পুকমান্নবনা কোলোয় পাউথিলরাগী-- মৈতৈ নিংথৌমচা খাগেম্বগী মনাউ শানোংবনা ময়াংগা মপুক মান্নবা মরম্না পুকথিল রা চৎবদগী। *তাংশক্কে=শকখঙদে, ইগুন খঙদে।

কায়নৌ চাংপোমবিনা লাংবন ভৌসনা ভৌশংয়িবু লাইজা য়িদা পায়না খিমু মচেং খোমজিলনোংগীবু ভৌশীকলা। মুমিৎ অরূবা থাবা অশেংবদা মাউনৌবগী সনা ফম্বাল লাংদা ফমথমনিঙুম থাঙয়ি ইথেকৌ লাংবন ইথাং শীঙঙমলে। অয়া লৌচেনপোক্তা লাংবন উম্নুং শীঙশং পোৎপু শীঙবী পোৎনা ভোপকুম মভোপশীল্লকয়ে। ভুবি চাঁংঙ ইরাইবক য়ামচেং ইতুরোইগীর। লমচাইক্ষরোইয়ে। থোইমোম উদবা মরমকুদি য়েংদনা কুবিরকইঙেনে হায়না লাইরেন অরা ইশৈলাংনা শোনমোইরকঙে ময়িম খোংনাং চিনলম থাদা ওই রান। ভৌভোং ওইবদি পোইরৈ তমদা-ত। ম্নাংঙম তমদা তাগুমলকলে। লমলেন মদাইমা থুংপুনভৌ ভৌরাংলা ভৌরেন য়াঙনমপাক থুবাই হাউবা লমলাংভোং খোংজাউ লাইরোকলেন লাইমিংথু কুম্নবম লাইরাংলা তান-নমদা মম্নিন খোংনাং মনিল নাইবদি পামেল লেপ্তুম-ম্নুং কোংম্নাং কাইপোকলৌ ময়াং পনগা লিংনা খোংনাং ভেংগোন লেপলে। লাইরেন মৈদিংঙ কোরৌ নোংশারাইগুম্বদি হাউয়েন য়াঙ্গোইপুংদা পোইরৈ তেঙ্গাল লিংলে। ময়িম খোংনাং মনিল নাইবস্নুং পেরে শানৈ-খোং কংলা পুঙভোং-য়ৈ লাংগোই মাইফং-শা কামন পনলেপ শেমনা, খোংনাং মরাঙহৌ ময়াং মথিনাইন ভাইখম্নবদ' হয়েং কৌবা মনোংশোয়দা হাউয়েন য়াঙ্গোইয়িবু ফৈম-শমন। লোইচিং শারোনম্নাগী উম্নুং পামশং-য়ান হাউয়েন য়াঙ্গোই-য়িবু থোংলেন প, মবে শেম কাউখং মরীন হাপসে হায়না ভৌরিঙে লাইরেন মৈতিংঙ শেনবি খাগেমবদি ময়ৌ লৌনা হৈনা খোংনাং মনোংমৈ লমহৌ ম্যাংঙঙ্গনরকপা লুপা চারা য়ানফবম্নু মদাইরেম শিন্দাম্না অনিমানা থুবাই হাউবা লমলাংভোংদগী শীঙথী থরোন হৌবদা লোক্রকপা হিতাক পুংমা কাবু পোইরৈ তেংগোনলেন ৪ মাদা মৈপাননা কামার নোংমৈ খোনজেল চাউরে। লাইরেন মৈতিংঙ শেনবি খাগেমবা কোরৌ নোংশারাইগুম্বস্নুং লাইরেন মপা মৈতিংঙ শেনবি মুংয়াম্বংনু কোলোয় মিংথোং ফানা মপল মৈতৈ লৈমগী কোলোয় মিংলেন পননা লাইরেন শাংভিং মনিংথমবু থারাক লৈনাশা পুন্নুং মফুরিংপু

নোংমোম লৈচিনরেক্কা কারমৈ 'খরানপিচারু। পানগুম সনা চুংগোট য়াইওইববু তুবি শমু নমদা হুম্না য়ুংশিৎ সনা কোইরেং টাবু টাচিন মৈরীখোক লাইরেন কোলোয় মথিং থানা খোশাখিরে। মখোঙ মালেম ভমপাক লয়দা তানা চৌংসুং নোংখাং কুপকুম খোদোংখিরে। খোংনাং মনিল নাইবগা পোইরৈ মরাঙ হৌবগা লমলেন খোইচুম তৌবুল লম্মহল নোংয়াই হাউরমতোন অতোন য়াংবা কারবা থাংয়ান লম্চি হাউরমহনব। লুতুরাই হাউরম সুংকোই য়াইমবা মিকপ-য়ি খুরোংবা থিংবা কোলিক লাইতারোক পরেংকেম লাইকন তোংশংপোক য়িমু কোনমাংনবদা খোংনাং শোরুনে, ময়াং হানরে। তুবি লাংগোই খোংওইন। খোংনাং চৈরক থারনা হুয়েন লাস্তানচিনখিরে। লমলেন খোয়চু চুমথাংতেক খোয়চুপান্দা খোংনাং কয়রুংবা মাইকাতাউ অথৌবা থায়নৌ লাংমৈ লাংচাউ ৫ থেৎপা চোয়নৌ সনা মেনলেন তোম্পা ময়াং নিংখৌ ফিখ। ওন্নবা খোংনাং কা নচা লমজিংবা লেংমাশ। অথৌবা লাংচেং লাংমৈ ১১ থেংপ। পুহান ঙংলিনবগা মখোয় ৩ মান। নিংথৌরেল শেনবি খাগেমববু শোয়রেন ফুমবি নমঙানন। থাঙভমরে। অদু নোংগীবু খোংনাং ময়াংখাংও তৌনা কৌয়ে। খোংনাং লানপুম ৬ মানা তুবি মাইয়োক য়াঙমববু লাইরেন কোরৌ নোংশীঙজংগুম্বা লোইরা তেনহৈবনা খোংনাং তাংশক্কা ময়াং মীথাদনা পানবন। খোমজোঙ লাস্তান। কৈরেন। উম্বিচা শাথৌনা তুবি শমু খুৎন কংনা খোংনাং তাংজা লুরেন ককলে হাইদবরা। খোংনাং ফান-চা লমচিংবা লেংমাশা অথৌবা ময়াং লানতোমপোক অথৌবদি মচেং কায়রৈ কোয়দ। চায়বা কায়রৈ চেনরাংনবা য়েনগুম্ববু লাইরেন মৈতিংঙুচ। মরীশা ওয়োকুম্বনা খুংপাক তিন-লাইমেন্না ফেম্ববদি খোংনাং ফান-চ। লমচিংববু চৈপিগবরা চৈপিদে। ককলু লুমাইশেং শোয়রেন ফুমবি তুরে। খোংনাং ফান চা লমচিংবা লেকমাশ। অথৌবনা ককলু লুমাইথকী তুবি টিমেন মথুংশংবু শারেন য়েংতা কান। ময়াং টিমেন মথুংশং চুঙলোং মনমথাংগ। শমু ওইরমকান। টিমেন টামায় কাঙনা লাইরেন মৈতিংঙুবু চৈপিগে তৌগুম্নবদা নোংথৌরেন শেনবি খাগেমবা হিরা-য়াইমবন। খোংনাং ফান-চা লমজিংব-ও!

তুবি খোয়মা ইমার-গুন য়ামচেং ইনম মুক্তরোইয়ে। খৌহ পুঙমদা য়েকচা থাংঙমদবা মুংগুমনে। চীংঙ্ উয়াইবর্ক য়ামচেং ইক্তুরোইদীবু লমচায়-করোইয়ে। তুবি খবাক লেংয়ানলম লাইয়েন ৎবাক লিকশিরমদা চৈপিরো হায়না হৈক্ক নাতৈ কাঙনা নোংপোক মালং হমওইবা লিক্লা উনকোই য়িদ। শাজেংবা লাইরিংখৌবু কোয়ো য়িতা-ওই কোংগোই মীশাঙদা পায়মা নিংশাখৌ মখোং খিংমা জোংহায়বদা খোংনাং লেংমাশা অখৌবনা টিমেন মাঙয়িয়না চৈপিগে তৌগুয়বদা মদাইরেম স্নুচি লাইত্রিক য়েংবা জগসিং লৌশিংবনা লাংগোই শাখৌ খোইনা খোংনাং ইঙাইরোই ময়াং ইহিশাং তনব। মীথনথায়ও টিমেন নখূংশ্‌বু পঙনা কেনহিগুনে। লাইয়েন কোয়ো ইনোংখৌও! তাইবং খুননিংশৌনে। হয়েং পোংনাং ইয়েবাক্তা। * থাংয়ি চাহৈ-কৌ লোইমোম চাখাং লামলগনে। কোয়ো মোংনায়েং মালেম লয়না খঙলগনে। তুবি খিংলৌ য়াইতাহৈদে। লাইয়েন মরোং চৈচেনহৈদে। তুবি মদোম চঙনা ফাশেমসে হয়েং পোংনাং ইনোংথো ময়াং লৈমাবদা লমলুয়কগা পোইরৈ খঙহুয়গনে হায়না শীঙচা কোনখিনবা তয়ম নাইয়িববু লনকুৈংনে। অস্নংনা খৌথ য়ুবদা ময়াং টিমেন মখূংশ্‌বু চৈয়ংলিঙৈ নোংখৌরেল শেনবি থাগেমবা তুবি খিংলৌ পনচংফদবনা হুয়েন অমরক লাননিংশিংনা খোংনাং কান-চা লমচিংবব্ তুবি শম্ থুংন-ফং লুরাই হামুন-লাক য়েংতরৈ থাংগা হাই ওইদবৈ শমগা খোমলে। মদাইরেম জগসিং অখৌবস্নুং লাইরেন মৈতিংঙ্গী হৈনা মতুং ইম্না হুয়েন লানথংজরোয়ে। লাইয়েন শেনবি থাগেমবনা লমলেন খোইচু-চুম তৌপুল লম্মহনবু থুরাই পাখিংথম লিক্লাই তয়ং পয়েংকেন লাইকন তোংপোকতা খৌশাখবদি ময়াং তেংগোন চায়রে। লিক্লাই তয়ং পয়েংকেনগী খোংনাং তেকারাচা অখৌবা ময়াং তৈমাতাউ মপারী ফান। লৈতৌ সনালাংগা চকশিকা হুয়েন লানবুম ও মাবু কায়মা হুনলৌয়ে। খোংনাং কৈয়ংবা মাইকাতাউ অখৌবা তাংখোং শামেংহনবা

* থাংয়ি চাহৈ-কৌ—চহিগী চানবা চিহাক য়াং।

লেংমাশা অথৌবা লংমাই লাংজাউ ১১ থেৎপানা শোয়রেন ফুমবি ননঙামনা থাংঙম্ববু লুরক কাংদে থিরৌয়ে। কেগে ওক্নরেন মোইরাং কেগেরাচা অথৌবা থুয়োন মেনমতাকী ময়াং খোপথি খোংবসুং খোইনাই তাইবিলৌগী কাননতা পুঙতোং য়ৈবগা লৈম। পিদোন লাংবি মরমথৈগী শিরিৎতৌ অথৌবসুং কেগে নিংথৌখোংগী থোংনাং পেরে খোংবগা লোকলৌ হৈচেনতুগী ময়াং থিনবাসুং লোনলৈ য়ুমমাথেংগী থোংনাং তৌথিয়াগা কেগে ঙাংখাচাগী ময়াং পাউহনবা শিনথিয়া সনাপুংদা য়েপপসুং লোনলৈ লৈমরককী শরিকতাউ অথৌবগা হাউরা অঙৌশিগী থোংনাং পুংমাইহৌ অথৌবসুং য়াউরৌ সনাপানগী ময়াং কানপৈ শাবগা লাইজ। তুরাংলোকী য়াথারেক অথৌবসুং হাউরা লাইচাউথেনগী পুঙয়া লমচিংবগা থোংঙক ঙাপুরমগী ভৌমবন লানজিংবসুং হৈরৌয়ে। অমচি সুংলাইকোনগী ময়াং তুলাই ১০৯ গা লোনলোই লৈমতাকী লানলোই শগোন তোংবা ১৩ সুং হাউথৈ মনকাপানগী শামু থিংক্রাচেংগা পত্রচেংগা শামু মশীঙ ৩০ শুনা ফারৌয়ে। তুবি থাঙলেন মথুৎশ, লোকসুং লকাবা থোংনাং চৈকন থেকপা সনা কৈথেল ৩ থোইবা থাঙনা থোংনাং ফাময়ান্নবা লাইরেন রাকয়ৈ মথুনেৎনে। নিংথৌলোকপা পুঙলেন থোইবা হিনা তৈয়েন হিথাব লাংগোই শাহোকপা লাংয়া পানচুমব। থেংজাউ তেলহৈবা নোংথৌরেল শেনবি খাগেমবনা অশাইতৈগী থোংনাং শোক্নবদা লেংমাশা অথৌবনা থোকলাং টামৈ কাঙনা তুবি থবাক লে য়ানলমদা চয়পিগে তৌঙ্মবদা মদাইরেম জপসিং লৌশিংবনা লাংগোই শাথৌ-থোই থোংনাং লোনলকনন তাংজা মরৈতোনগী লংমাই শেংবা লা-বু লোইচেংলকপবু নোংথৌরেন শেনবি খাগেমবনা চাংঙ চুমদবা মরনকুগী নারিহৈনে হায়না লাইরেন পারমা উনকোয়রুংদা নীঙথিয়ে। হাউরেন য়াজোইপুংদা লাংগোই মশীং ৩০ শু নোংমৈ লিশিং লোক চুংগোই লিশিং মুন থাঙশাং লিশিং থোম থোংনাং অশিবা লানসু কোকলেন-পৈ ময়াঙ অচঙবা লিশিং থোয়া তুবি মহি হিনা-মেঙ লাইরেন ময়াই য়াইনা ফানা মরান ওন্দেরকলে। মদাইরেম

শেক্কোচাবু ভাবনা থুনকুমপুং পোইরৈ হাথকমগী য়োইবু মশানৌ শেনবী মুংথোং কৈথেন থানবিদা। থোংনাং লানশেংক্করুবগী লাইরেন অঙা থোঁদোং- মনগীবু পাউদমলবদা য়োইবু মশানৌদি হেকঙাই মুংয়েংচেং মুংক্যোই শিমা- ওন য়াথং হীক হাইনন। টিমেম্মরবগা লাইরেন মৈত্তিংঙ্গু পোইরৈ খুম্না হুপ্পা ফেম্বা হাথৈথকমগী মরান পোইরৈ থুনকারকলে। কংলৈ শুমথোংপান লাংগোই শাম্নোকপুংবু মখিম মৈত্তিংঙ্ লাইরেন নাউফ বা লমথক শাম্নোনপুংবু লাব। মোংলৈফম তিংঘি রাফোংলাক কংল। থোন ৭ ত। ভুবি চপপুংথোই লাইরেন লাইবু রাংনা রাইথুংলে। থোংনাং লালনু কোকলেন পৈবদি চেংজা মুংগোইবীদা হুয়েন লানচম্নবে। লাইরেন মৈত্তিংঙ্গুং য়োইবু চারন তা য়োইকৈ খেংফাং লেংবি পূম্না হুপ্পা ভুবি শংগাই মাকোনলোয়দা য়াচংখিরে। নোংথৌরেল শেনবি থাগেমবগা য়োইবু মশানৌগা শংগাই মকোনলোয়দা য়াচংখিরে। নোংথৌরেন শেনবি থাগেমবগা য়োইবু মশানৌগা মুংঙাই মরাং কায়না সন। লৈবাক ঙাক্লবনে।

# শেনবি ববোম্বা

হে থোইমোম য়াইবি য়েলহৌকৈগী অমম লয়শং হাংলকপা অতিংঙা কোনথৈ অভামবা নরান ছমমোইনব। য়াম্বা কোনথাংশাগী ননু পোংথো মথং লেংনা থেনদমলকপা য়াইবি ংংথি ছমঙইননা থিবেন উংলেন্নুংগী লাবা খিযাংথোক্পা লমহৌরকপা চেংলৈ য়াইবি থোক্লেল চয়রেম্রনবা ফুইতিং য়েম্মাউ তাউবি লোইনাই লাইরেন তাউয়োইনই শিদবা নংবা য়াম্বা থোমজিন্না কোনথাং তাচিন্নবা তিললি লিন্দ উ তাউমোইদাই মুংকাং মহারাবা মুঙমু মুঙঙো ভুমদ নাঙদবা মুংনং শাকাংথক্কো

য়াহিপ্পা লাইজা ইরোইনবা অমসুং লাইজা ইপাকথক্কা শেকমোম কায়বি লীবা পরিঙ লেপ্তুম হল্লা খোইমোম য়াম্না খোনজেল অহানবা লাংবন খোইমু খোন্দায়বনা চেংলৌ শকথোং ওইনা মালেম মপুং লাকহৌরকপা সনা কোনফুরেন মালেম লয়শীরকী তোননিংথৌ ! কোয়ৌ নোংমাই তেমগী অরাং নিংথৌ য়োইরেনবা চোয়নৌ সনা হুইরেনয়াই শরা পাকন চেৎনা য়াঙবীলুয়োই বিন্দবা খরা লয়রোন নোংলোন ও মাক্তা য়াইবী কংলোনতম্না সনা তোননৌ ওইরিবা মালেম লয়খারোন লয়ফু চনিঙ খুংশাবিদা লয়রি য়াংয়ি শোম্না তেৎনৌ লুতুম ওইরিবা মালং মানা নপ্পা খমকোন মচিন থৈবা চাদা লাইহুই হৌনা লোইদাম খাজ প।খংবদা য়াহিপ্পা লাংবন তৌ সনা তৌশিঙ-য়িবু য়িমু ময়োন লয়না খোম্না খবি শেংকোইরেং অপানবদা সনা তোননৌ হুনবা খোইমোম লাই য়ংথৌ ওকলেনলকী লেমহৌবা চীংঙ লাইরেনলকী থ'ইরৌবা অচিংঙা য়াইবিরককী শংলৌবা কোরে ফান্দা ফমদোংবা মালং য়াইবি হিওইনা হামলেন শিথা নৌওইনা কানবি চারী শ.বা উনথম চারীলিংবা উন ৬ য়িরীবা রাই ৬ য়িখাবা কোন্নং থংবা লীবু লীহৈবা মহয় তংকো কৌনা পানলিব হুকশাং কাবু মতুংগী শিঙলেন লৈয়োনকম্বা খরাই অপকমাবু ফাবন কাউরেন মংশেংবতুম অয়ুক ঙন্না কোনথোকপ মুমিদাং থেংবা কোংচনবা কোরে ংংশি শি-নবা রাংবন খাশি তেমবা শম্বোং পুংমাই লেপ্পা খমতুং য়াইথোং শীঙশ.বা শরা যেৎনা লানপন খনবা খরাই মীপোবপা নমু পেংগোকপা কোয়ৌ অয়েংব রাংবন অতোঙবা খেইমোম মৈবী হানতোংবি চীংঙ মৈরেন তোমশাংপা মচেং কাইরৈ তোনলামখামগীবু চুংবা কায়রৈ য়েনমৈ শিৎপবু মচেং য়েনহৌদবা তেকপি একথোকখনবনা কাউরেন মনথোং ঙাক্লিবা কোনফু নিঙথম নানৌবা চাহুই লেংথাং কোকহেনব, হুই নাহা খুরাংনৌবা লীকু লয়চং মরাগী কোরৌ নোংতুরেন পাফনবা মুংনাং য়াইবিরেন শিদবা নংনা লহানলোং চীংঙ নতে-হয় খোইমোম নওং হকপ, নঙনা হীঙ হীঙ তাঙনা শানফোংগে হায়বগী লহানলোং লাইরেন নপা মৈতিংঙ শেনবি কবোম্ব।

করে। পনলু মপুংয়াইদা খোঁশাব। হুয়েন চৌকোংলান মিংনাইববু কায়না হুনবা লোনলোই লৈমতাক্তা খোঁশাব। হুয়েন লাল্লিগীদি তখেন পনচোম লানকামাঙবা য়ামবি য়াশেনখিঙব। ভোনলোই পুংয়েবা চা কংলোয়লেম্নবু কায়নহুনবগী তুবি সন। মহিকশাং লাইরেন মুংদা থেংলরবগী নপন মৈতৈ লৈমা থংবা নোংপাললেন লোইবি থিংবাঙমবী খিংবাচোং অচোংবা খুবোম য়াইশিনলোনবা খুদাং য়াইচাউ খুববু কায়ন হুনবদি য়োইবু শামন তোংখিয়। লাইরেন শমচু লৈরাইন। য়েন। খোথনোংদা মালং য়াইবি চয়রোয়নবা হুনচিনখিংবগী পুনুং হিয়াংগে কুমশ নেংদা থা নিনমাং ১০ নি পানবদা হুয়রাঙ মচায়ান তাউজিং মরা পনলবগী লাইজ। লিকল, থকমাদবন পুলাং পিবুক-থনচিলকপাহুগুম্ববু য়োইবু নাউয়ান মপুং ফাচিনলকলবগী লোইদাম কালেনথা য়ারা থাদিনোদা য়োইবু মৈতৈ লৈমদি য়ারা মচিন থয়গবর। থয়বিদে কোনথাং ইমায় লেঙংবা লেঙবিদরবগী কোরৌ ঙমগোয়নখিরে। শংশঙ য়ুঙরাম্দা তেংচেং কুয়াই চনলববু খোইমোম মশানঙম্না পলেম পিবুকমুংগী য়োইবু তাজা নুরাইলেন কোয়রেন লাইথোং অকুনববু শিনমৌ নুরাইখায় চৌংঙ লাইথোং হাংনা থাঙলেন পামবু চাইবঙম কেরে নোংলোনডান মালেম লয়রোনফাউ শাশঙ মরিন ফাংনা চোংথংখিরে। অতু নোংগীবু মৈতিংঙচা প মক্লৈবা খোংনাং লিশিং চায়ব লিশিং হে-য়াইব থেংচা অচিনববু ত নবা খনবা ইরেন চাউকোই-য়িবু সনা তাবন ওইনা যমফম্বা কোংকোন লাইজ য়িমওইননা য়াহিম্বা মৈতিংঙম্রচা থোংনাং লিশিং চায়বও! অস্নম্ন, মিংথাখিয়ে। খোইমোম মতে চয় চৌ ঙ মরোনহক্তি ঙহুসু মদোমদে।

খোইমোম লাইহিংথৌ চৌংঙ নর লীচংতবা নপান উনাইদবা নোংথৌ সনা অশি খোইকগুম্বা চৌংথাং থংলাংমৈগী থৌহু ভোনকোনবদ। যমফম্বা অভিংঙা েংলে মিংথোং খিবদগী মালেম য়াইবি হৌনরকপ, চৌংঙ কংলৈ অশীব নিংশা য়াইবিথোক মিংলং নারুংথেক শরা তুথোং খুদিংদা চৌঙ লইশিং শুনা হ কোকপা নোংথৌ শাইরো মরুগুম য়াইবি

মতুম্মগী লিহুইরকপা কোরৌ মচা তাইখৎনা রাংবন মনাউ তাইচিন্নমা পোইরৈ মালেম লৈকোয় শেমবিবা কোরৌ তাচিন্নৈ রাংবন ঙাম্বুরৈবু ৎইনা মালেম লৈরিং-হৌ অহানবা চৌংঙ্ লাকা কমজাউবা খোইমোম মাক্রি নিংখিববু লৈবাক উঙাম থাগুম তয়না হোনকবা নারাক মমুং ওর্নবা থমকোন তুংইন্নববু খয়োই নিংখিবী ইনচিংখোনগুম তয়ন। চেৎববু শাইওনবা চৌংঙ্ য়াইবি হুমজাউবা পামেন উপুনশিদা কাইদোংবা মুংকোন চৌংনামুংদা কমকম্ব। চৌংঙ্ তাইবং খায়ব। নংনা খোইমোম নত্তিক অরববু অমবক হুন্না শানফোংগে হায়বগী লোইদাম থরাম্বা য়ারা থানিন নেংদা মৈত্তিংঙ্ শেনবি খাগেমবন য়োইবু মশানৌ কংলৈ মৈথৈ লৈমা শেনবি মুংখোম কৈথেল থানবিনচিংন হে-পি থংদ নোংপাললোন অঙোবা চম্মুগ য়োইবু শলাই ৪ মাকা ঙাইরোইননা তুবি কমথৌ মঙাইয়োই লাইরেন নিংথৌ মহিশাং পুন্নাত্তিন্ন নোংপোক ব য়বং মদাইমা শেনলোই চৌংমাংনগী খোইমোম কোরৌ নোংখিল চায়ব। লোকলেন অচনবদা ঙাউজিং হুযচা চংলুবগী থিংলৌ নীংনা হেংকপদা * লিনরাই মদাইমা য়োইহৈংতোন তাউথিংমাং তুদেং য়ি নোংপাল খোংলৌ হৈত্তবি লাইজা মহিথেন্দা হুবা লুক্রুং হারিউে চৌংঙ্ রাইবি পিমাবন। তেহৈন। লাইরেন নপা মৈত্তিংঙ্গী তুবি সনা মত্থিকপা খোইমোম লাইথোং অচেংপদা মালং নোংজৈ তাচিন্ননা হুমচিনখিববগী লাইবেন মুংখেংনা চোয়নৌ সনা পুমদা-কোনগুম তাচিন্নরবদা লাইবেন নপা মৈতিংঙ্দি উনথম চংবি লমু-ল খংবা উমা যৈনববু লোইদাম কুমজিন যিনৌতাবদা চংবি লাযোন হুনহৌবগুম লাইবেন পানকন মপুং কানা কোরৌ নোংশীঙকুঙগুম্বু চাচন্নংবদা লাইবেন মৈতিংঙ্দি তুবি সনা যোইকোনমুংদা রাইথুংলবদা নপল হেপি থংদা নোংপাললোন কোরৌ নোংখিল চায়ব অঙোবা নোংসে তুরেল রাংমা নিংথৌ কংলা কানদোং তয়বন। থবা নয়েনবি চকপ মংশা ঙমবি হুয়েন খেনলোংবা কাবি কবো পাংকাঙমবী হুয়েন চৈরোইকবি কবো পাংক।

লিনরাই —ইরিন তুরেন

ভুমবী ছুয়েন চাংথায় লোইফবি য়োইবু থোইবু ভোমশেংলা তোমশেং হায়নৈ লাওমবী থাংরি খোইনাই থাংয়িফৌ লায়ি নোংলা পাম্নফৌ লাইমনওমবি থাংচা পুংকোই মছমম্নং লুপা য়োইহৈ থমবালওমবীসি লোইদাম কুমজিন অঙনলে থাজা হেকম। লিতিন-লৈ কোয়ৌ নেংশীং চায়্র-লৈ ইমুশিনয়োম লিতিন-লৈ য়াবা উংলৈ-মুংদা। তাচন-লৈ কোনথাংচারা থোমচিন লৈবু শীঙলেন মপাল-ফা লৈরাং ময়াই কারমলবগী শীঙলেন লৈমাই ছইন লৈরাং মমায় ওনথিরবদা য়োইবু চৈরৈ কিশেংনোং থম্বাল লৈক। ফনলিডৈ তাউজিং হয়চানোংগী ইমুং শোয়য়াইমদা তেকপি ওকহৌদ মচেং য়েনহৌদনা য়োইবু সনা ফম্নাংচান লাইশ্রা থাইরক-কোম অথুপ্পা নোংদা লাইরেন পাখংব। ফমদোংখোং অপিশা য়োইবু খুনেং তেমথাংখা মেননোং খাইচা-খা পানবা কৈথিনহানবি ছুয়েন লানথিনহানবি লংগোই শারু তোংনা রাকচিং লৌকোইহানবি কারেনয়াইগী মোনলাং তপ্পাইথক্তদি চৈরৈ য়াকু তয়না য়াতানোংদ। লা বন খোইমু পাখংবনা থম্বাল লৈরিক তোংবহুওম্বু চৈরৈ লুখাং খোংমাম্না লোকয়াই শিননৌ লশিংতিনওম য়াতানোংদ। লাইরেন থবাক লিকশিনা য়োইবু শামন তোংথিম্না মিরেন য়াইবি তাচিম্না য়োইবু থরাই পুম্নমানা মুংওন লিতিম্নরিঙৈ চৌংঙ, নতিক অরুববু থংহন্দনা লোইবেন নপা মৈতিংঙগী লাংবন তৌসনা তৌশং য়ি * লিকলা পিশিন য়াইরংচানওম লাইজ-মিজা পায়না মপন থংদ। নোংপালনোন কোয়ৌ নোংথিল চায়বিদি মালং য়াইবি ছুমজিম্না ছুমচিনখিরবগী য়োইবু হয়শিং মচায়ান তাউজিং মরু পললে হায়দবরা! খোইমোম লাইয়িংথৌ চৌংঙ লাইতিনফম তিনলি লিন্দাউলাই য়াইবি মুংঙৌ পিমাবা কোয়ৌ নোংহুরেন পাফনবা. মুংনাং চারা লৈ অহেনবা, কোয়ৌ নোংথৌ অয়েংব। রাংবন নিংথৌ পানজুম্বা কোয়ৌ নোংনা উদবা মালেম লয়না থঙদবা নতিক য়ুমওইনব। অরাং কাংলৌ লৈমখোমবা নঙগী নত্তৌ নশানওন থংঙমদব। নঙনা তুমুং ইরৈ চনওম নমু উনবি পুক্লিংওম

* লিক্লা পিশিন য়াইরংচান—মী পুম্নমক্না ভানবা হকচাংগী মচি।

লাইজা য়িপাকথক্তা লোইদাম থামি উবত্থুম্ববু নপন মৈতৈ লৈমা থংদা নোংপাললোন অঙৌবা চম্নু শেনবি কবো কারাঙমবি হুয়েন চৌখৈরোং-কাবিনা হয়রাং মচায়ানববু মিংয়েং শানখৈরবগী লাইরেন নপ। মৈতিংগু তাইপোং লানয়াম থাবা লাংগোই শাচা লোকপনা পুকনিং হরাউ চঙববু কোরৌ নোংখৌ লৈবাকপু শমু খোংনা ফংনা কাবগুম হরাউখিয়ে। নপন মৈতৈ লৈমা থোংনাং নমকুবা শালৈগুমবিদি য়োইবু হয়রাং মচায়ান তাউজিং মরু পনববু *লোইদাম নিংমাং থানা থাজা মপুং ফাখৎলকপত্থুগুম নাউয়ান পিবুক থনচিনলক্রবদগী য়োইবু অরা হকচোকলাং হুম্মাং উংলৈ-লীকানা চৈরৈ তক্তা থোংনিংদা ঙাংলৌ ফিদাই কাঙনা মালং অচিকথেম য়াব। শিনখোইনুংদা উনবি পুকনিং অতন-চন সনা তুংলৌকোয় থানচি থাংয়া লীনীঙদা য়েংতুম পুমনিং থয়নিংদা কোরৌ নেংলেনখিব। খুদিংদা খোত্থু মেনবরাগী ওইনম লিনহৌ খিনববু নোংলেন্দ তাউজিং হয়চাংঙববু খুৎলেপ্রা ঙৌখি শোঙকাংনিক হকশাং ময়েং-তা কুচ শকথোং তাই চাইরং মচি-লাং থজাই নাকলৌ-নোপ মিৎশাতাম চিনবাল মোইকাইকং তিলং লয়রুম ফক খোঁরি ঙককোই-চেং শিংজি পাফন তিং শরা তুখোং চুং য়ংর। খোমলিং কা থিকলেন লৈখোঙ তৌ খোমজিন তমফা লিক্লোই থিনগুম খোমলাং চিন্দাই মুনা শরা লৈমায় চোনলকপদ। চীংগু নঙান অরাবনা ফুরেন পিবুকনুংদা থাউমৈ মৈরা থানগুম ইমু শিনয়োমনুংগা হকশাং পান্দা ফাউনা ঙাস্কতু হকশাং কুরাংনিনা নাউয়ান মপু ফারবগী অরা খুৎপুনবিনিংদা অরা হকশোক লাংনতুম কাউ্তে ফানীকনা মোনলাং মকটৈ-থাংবু থোংঙমদবগী য়োইবু মশানৌ চকদা মংশ। ঙমবিনা পাউমেনজখিয়ে।

* পানথৎলকপা থানা নোংমা নোংমগী মপুং ফাগৎলকপগুম থংদা নোংবাললোন ইবেম্মদি নিংথৌ সনা ইনা মপুং অসুম অসুম ফাজিল্লক্তুনা পুককংবা হেজিলকপদগী হকচাং চোকথবা হেজিলক হুম্মাং কাংনা হেজিলক হকচাংদা চৈরৈ ফি থোংনিংদা অয়িংবা নুংশিং পাম্বা হেজিল্লবদা।

লাইরেন ইশাবি মৈতিংঙু ! শেনবি খাগেমবা তাউও ! য়োইবু নশানৌ ঐনা হয়রাং ইচা য়াম্না নাউপুবা অসিবু খোইমোম নোংদমখোল করম্ববু নারীগবনো ওন্থোকয়ে। নদাইরেম * খাবি থিয়াথৌ অমাই ননাউয়োক্তা পাউহংবিও হায়না রাকংচরবদা লাইরেন শেনবি খাগেম্বনা পাউমেনখিয়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু শেনবি মুংয়াম্বগা মমাইবা অকোং থিয়াথৌ নংগা লাইরেন ঐগা খাবা খিয়াথৌ অমাই ইনাউয়োক খোইমোম লাইরমপু থেংক্রা নিংথৌ মাইবা মঙজুম্বা নবিঙাবু লাউও ! য়োইবু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমা লোইবি কোইরেং অকোংলোককী হুয়েন মারাং চোংফাবিবু কোরৌ মনোংথৌনা য়োইচানবা রাংবন মকা-শানা লনকুবগীদমক হয়রাং মচা-য়ান তাউজিং মরূ পনলিবা অসিবু লাইরেন ইপারী চোয়নৌ সনা রাপিহন লাংগোই শায়াংথক্তা সনা কোনখাং মরোন য়াম্ব শাবন লানথোং শীনবা কংলা লাইর পরিঙববু শাংলক্কখরা। ইমোম তমফা রাঙমলোন খুরাই লৈমা লাংগোই শায়াংথক্তা সনা খোকখৈ নম্বু মরোনয়াখি রাংগোন লাইরুবা অংংবি থোংবা য়িনলেম খানবিবু ফূইরক্কবরা হায়না চীংঙু অরাংকোন রাংগোন তমপাক লাইনামুংদা মংজংলু-ও হায়না পাউমেনখিয়ে। অমাই মনাউয়োক অনিমানা খোইমোম লাইগী খোমলেন মংডংপোং পুম্নমাবু শংলৌ থৌরাংখিয়ে। ভাইখোং তোনবা পাউনাউরুক ( পৌনৌলুক ) মনুং খোমওনলুক তাংখুন কাউশৌ খুঙমলুক শীঙমিং লাঙমিং অখৌববু ফানালূকপু লেংগাধন চীংখোং পোইরৈতোন খুনথোকপা পোইনাউতোন খুনফংল। তাকুৎতাচেং-লা তৌকাই খুনথাক-লা নংলক পেংচোই-লা কোব। মুচিং লা চীংথন লাংওন-লা থাংরাই মুচং ল। কয়হৌ নাউকন-লা পোইরৈ থেরাৎ লা রাংঙম পোংথে-লা কৌবয়োন চমুতোয় শোইপাই লাপ্পেমবিগা খোয়নৌ মতা খোইনাইওম্ব চমুগা পুনুং লাপান ফুরু। চামলো-লাচেন লা হাউমু তেয়া লৌথিবী পাউথিল ল। কেগে মমাইবা খম্বা পুখন-মাউ মাইমু খোয়জেন নাউন য়ুমলক নাইফা লা পনম শন্দাল ল, লৈকাই

---

* খাবী থিয়াথৌ—লাইগী লাইপাউ হায়রবদা ইচং থৌবি।

ফিমু তাইচিং-লা কেগে খোয়বি নৈমা কৈখেললেন্দ। চামলৌ লাগা শিংনা পানবা-দা। কেপে থেরাং-লা মোইরাং পোংথ। লা পোইরৈ অহোং-লা পুংকা লা অতাই য়িরাং-লা থেরে লাকান-লা কুম্মৈ পুনোং লা চামলৌ লাপুনশি পুন্নং লাখৈপক চামলৌ লায়ুং কুইবা খায়বা য়িথোংদবা খোইমোম লাইকম হাঙদবনু চামলৌ লায়েন-ঙা ভৈথিংগি অঙৌবা পুরৈরোমবা। শীঙকাং নাখৈয়েপপা উমী খুত্তা শ্বা মখুৎথ। চীংথোং পোইরৈতোম্না খুনথোক-ফৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা খুন্নং লমচা-চন্নু তোইবি কোনমিংনবি য়াংমোম মহুইরোইনাই লোইমোম ফৌওঙবি খাংগি ফৌমিং য়ামবিনা য়োইওই-ফৌ নোংপাললোল নোংমোইম্নু অহোঙবি মদাইরেন কয়ক্রন তেংমাই থিনবনা তরা চাক্তিং-চেঙ মৈস্তিংঙ্ লোইনাই খরাম্বাবনা নোংয়াই থোঙলেন মোইথেমচেঙ নোংয়াই অরূবা অতোন তারামবা রাংদৈ য়াংথোং ঙাইবসুং কা-ন-চেঙ মৈস্তিংঙ্ কিয়ামবা কিয়াম খুনঙম-চেঙ চৌরেংখম মিংনাইবা কান-চেঙ মৈস্তিংঙ্ শেনবি খাগেমবা থোংনাং লান্দা-চেঙ তেককারাচা কান-চেঙ লাইস্র। থৈতিং থৈঙ-লা চুমু তাংমা-লা হয়তো মুংথা-লা মোমনু চাকথেম চাহাউ-লা অয়ম্ব। শাম্বুপ-লা হাউম্নু পাঙ্গোইনু নৌয়ামবিনা উখা ফম্না-হুম্না তেনহৈ-লা। নোংচুপ কোংয়াং অথৌবা কান-লা মোমনু চাকথেম-লাদ। লোইমোম খাদ চীংজেং চামাঙদা ইম্ন-নিঙখন-চেঙ য়ুংলৈ তাউবা হুইয়া মানবা তেক্কবা তরা-চেঙ মচংবু লেংগখন চেংঙৌ ফাহাপ্পা য়োইবু খোইমোন লাইরেম্মা রাকচিং হাউকোনবম চন্নু লেংলেন মুরাবি তাংজা শমপোক থোক্কবি শমলাং চোইকেন্দবি থিংলেন থানাইদবি চীংয়া হুইশোনকদা লাং-য়া নোংশিং লাংবদা ফমফমবিশী পিরেন য়াইচিন য়েংলম কিনা রায়রং খোংলেনবনু ওইখিয়ে। পিরেন চাইজি ওইরম কিনা-তেং লেংমায়বিবু শানএনখিয়ে। তাইতন অমেন নিংঙোনম্ন-চা মপারী লাংলেন কোংয়াং রাশা-রী কৌবন। লাংকন খোইয়া থাংনা ঙারেন চাকহোনবা খোইঙান য়ুমজঙবনু পাশি খোইদোম লুপ্রাবি খোয়নৌ লাংমৈয়ুনা খোংতাক-খোং রায়রং খোংলেনবগী নোইম্নু থুমতি অরূবা পুন্নং

চেগাই ল-থি-চাদি খাগ থা। লুবক কাংদৈথোম চিনলেন মোইকাই লেম্না য়োইওই-থুম থুমক্তা মপানচিদবু নোইম্নু কাগুপ্পনা লমলেন মহৌ ফাইপোক-চৌংদা পানব-শিং য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মাগী চাংজৌ থুংকাং ৪ মানা ওক্টথিবা-শিং লুরাং লোইনাই য়াউশা তানবদা খোইমোম মানা ফম্না লৈয়েংথি কোনক্ষম লৈতকপিন। চৌংখোং নামিয়োক লুরাং নশান কম্নরু-ও ! ঐনা পি হায়গনো। খোয়নৌ ইন্তা লোইবি ইরৈমাবি থাংশা ভাইখোংনুদি ভাবা থমদিংনুবিন, পিয়কয়ে হ য়গুনো হায়না পিখং-শিং ফোইজিং কাংবা চন্নু চকশান্নুবিন মমান লুবাং তপতি তপ্পোইববু য়াইনা-শিং লুবাং তপ্তি তপ্পাইবন * হায়েং হাবেং অনৌ অনৌ ভাংনিংশিংন-শিং হাউমন য়েং-ওই খোমকবা ভাইরোং-শিংনিং য়েংনা নমকবা † হাউমন তিকচগুদ-ভাইরোং চয়দা-তাবা মৈতিংগু লাইরেন নাউথিংখোংনা খানিং মীকোন-শিং মৈতিংগু শেনবি খাগেমবা মহৌ খুনঙম-শিং তুয়েন লমশংপু মিংনাইবা ফান-শিংবু শিং-শিং লাকা-য়োম তাউজিং লীহৈচিন অচিনবগা চিনি হুয়রাংচানা থুংকোন মনা মানবা মউ খোইমোম লাইনা পানবস্নুং শীগুলেন লৈপুনশিগা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম। হেমথু-লৈমা ক্ষাথানী মথুংথা খোংনাং লানশ লীবনা কলহৌ-হুয় মখোক লাইরা মানবা তাংচন। নকপা মনা লা বন ফৌতুবা মানবা, মহয় লৈতাঙ থয়ে। মানবা হয়রাং চানা হোংবা তাউজিং লুনা থুম্বা মৈচং কারেনস্নুং লাংথরৈমা ময়েনথং হুংনং চন্নু মথুং থা কপুই লাংখোংবনা খোংদারগা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈরোমলৈমা ক্যাংচাইবি য়োইওই-শেন নোংপোক চকলৈ-শেন তপানগা তাংখুন লমপুই খুনঙম-শেন তয়েন পুম্নিংবা ফান-শেন মচন-লৈনা তিক্তম-শেন মনিং-লৈমা ওন্দম-শেন * তরেং মারাই ইবা শেনচাউ পানখোক লোক্তবা শেনবু লেংগ খিম চাথা খোংলিং-য়েন থুন্নুং লাকথা পোংনিং-য়েন

* হারেং হারেং=হৌজ হৌজ, খিলহৌ খিলহৌ। † হাউমন তিকচগুদ ভাইরোং চয়দা তাবা=তেকচঙ কায়চগুদবা মনাউ নিংথিবা শিং।

* তরেং মারাই ইবা=শেন মথক্তা মাগী লাইবু য়েকপ।

চাংখোং পোইরৈভোন খুনথোক-য়েন পোক্নাউতা খুনফাং-য়েন কায়রৈ পুংখি-খেনথি-য়েন লৈহুঙ শোয়বা য়ুংবা লাউবা কায়রৈ মচেঙ-চা চেঙজা ময়েললু য়েনলু ৭ মা য়ৈবা, ফানামবা য়ুমপৎ-য়েন চকথ। খোংনাং নাউতুবা পাশা-য়েন তাংখুন কাউশো খুনঙম-য়েন শীঙমিৎ-লাংমিৎ অথোবা ফান-য়েন মৈত্তিংঙ শেনবি কিয়াম্ব। চকপা খালোই খুনঙম-য়েন * মেংপা উরাউবা লাকশন চাংলোই অহনবা ফান-য়েন মৈত্তিংঙ শেনবি মুংয়ামবা চিংখৈ লময়েং-য়েন খোংফৈ য়াযেক-য়েন খোংনাং তেককা-বাচা ফান-য়েন কায়রৈবা-য়েনবু য়েনলুম-কা মালেম লৈহুা অঙাংবা কোরৌ নোংলুম-পান অঙোবা ফৈরোই মংতালাক্তা চেঙচৌ যাহাগ। য়েকম কাংখিন্না তারেৎ শেনদি মর'ই-ই, নোইনু থুমদি কাগুপ্পা শিং-শিং লাক-য়োম ফিমু লয়কম শিনা মদাইরেম থিয়াথো অমাই মনাউযোক অনিমানা লমলেন চেংলৈ রাংগোনলেন রাংগোন তমপাক লযনামুং লাক্রেন ভাংতোই য়োইনোংবাগা য়োইহৈভোন তাউথিংমাংগা তুবি লোনজা থূগা পাউতোইরম লৈনুং থরারেন অহনবন। মপাৎ * তাপুং শি মিংনবদা হুইপি-লৈ মেনসন মেনদোম ভোকপা-লৈ খুনঙম লৈ মেনসনা রাজুই-লৈ চহুই লৈরিক-চিন নিংথৌ মাপল মচিক'না-লৈ লোইদাম পিচা চাবি থ.দা, শীঙলেন চাপু চোন্না পানবা-লৈ রাংগোন তমপাক লয়নানুংদা নোংখোবেন শেনবি হৎাউ পুক্লিং-চঙ থাঙলেন খুত্তা শ.না কাউরেন মনথোকফানা তেকপি ওকথোং তালে। মোংবা থাংজা লপয়ানকা লাংলেন শারেং পুংমাউ-থাদা য়োইবু শরাং য়িথোং ভাংনা কোরৌ নোংথাং কূপকুম মোংবা যুমজাউ জার নাউনৌরবদা য়োইহৈ নাউকন খোয়নীবিনা য়াউরৈ-শা মকোক্ত তুরেল মিংথাংকোই লয়রাই কাংখিন-য়েন নার খোয়বেন থাঙবু শমু খুত্তা শ.না নার খোরয়ী লেনলে। রাংঙম নাউদ অঙনব লৌশি নাহাকপন। ইনু শিনয়োমলাবু মালেম ওইনম-ফুদা হাপ থংয়ি লয়রান চললে। তেকশি

* মেংপা = পূক শৱা মাইবা।

* তাপুং শিং-মিংনবা—লৈনুং থরারেন অহনবগী মচা শিংদপুং মিংনাইবা

চক্কনেম তাংনেমবানা তোকক্না লাইগামেন হাউওক লোইত্তান পুংদাইকমদা খোকলাং মিতম য়ুংনা মঙাং * কোরি থরাউচি খোংলেন লমপাউ রাক্না কাষা পাউতাক্লবদা য়োইহে পলেম পিথাংশিনবি খোমলাং নাউরোই-কাবিনা থিকলেন মাইয়োক্লনা খোমলাং তাচিন য়িনৌহমলে। য়োইবু মংদা নেংপাললোন্দি পুন্নাং পিবুকথনববু লাইজা যিরোক-ফিদা হয়ঙিল্লবগী পুললা পিবুক তিংথগুম য়োইবু অরা পোৎথোকলে। তমপ, পুকশিল হুইখাপলমবু নশা-লীক নাউশেক শাওংনা চীংনুং থবাকলৈগুন য়াঙনা ফারে হায়দবরা? তাইবং হৈন-মনমচৎ কোরৌ হুনিং ৪ নি থামবী লোকেন চংথোনলবদ † হাউনা য়েনলাংচান হ উম্ন শোইমোই তাউবি মন্না লিং নোংচুপ হাউবেং কায়দা মথুৎথ শংলে পানখোকয়েনগা খাউবেন নিংথৌচন লোকলে পুমমোইচুম শাযবি শংলৌ পুকচৎঙা লেমলৈ ঙাখা লযপুবিগা তবা চউমলে। হয়ত্তে মংথালাংদা হাপ্পা, খামবি মৈহুম ওন্না য়াইমযাই চা ইনেন তাউদনববু 'থংযম' মাইয়োক্লহললে। খাবা লাংথংচ ও উবে চ পুওলেনগি তছৈ তেংমাই হিনবনা নোংদা লাইরেন পাথ.ব খায়ি লায়ি শোনবক্তা হাউমন শিকাইহুনবা নেংয়াত নিংডোনথংবাচাদ লনকুফি হৈবেম পুককা চাককা-চ অবীবনা ঙাইখোম-ফি লেমলৈ ঙাকম মানবনা চেনচেন-ফি লিকশং রান মানবন, তোন্দ-ফি পানবা শাদা কৈরোনফি-দ মিংয়া যব মৈতিংঙ মচ অহনব-ও তৌনা কৌয়ে। অসুম কোলোয় মি খোংখয়ে হায়দবব। লাইবেন শেনবি খাগেমবা মপাবীদি চেংকোই কংকুম মিয়েনখোক তাংজা লিলহা লমচৎন থুকলু মালেন লয়মায শিংনা চেপলৈ লৈথাংমতমলাক নাউচা হৈয়া খোংথাং তম্নবদা তবা চউম্নবা মৈতিংঙ মদাইরেম থাজ য়িনশ.বা য়িবম ঙাথিবনা হাউবৈ লায়না পাংবরম তুবেল লাইজা যিমরুদা লেমলৈ * ঙাহৈতনা তরা চউম্লে।

---

* কোরি থরাউচি=কোরিনা শাবা খোংনবা যন্ত্র। † হাউনা=মনম নুংশিবা মন অশাংব নাপী মখল অমা।

* ঙাহৈ ঙাহেন মানব খজিক্কং মকুৎ মকুৎ লাংবা ঙা মখল অমা।

কোরৌ নোংজ, খুদিংদ। য়োইময়াইনা কাবদা কাম্মিন্ন থবি লোইদাম্বনা তানবদ। তানমিন্না নান্না য়োই-ওইরক্লবদ। সনা খোংশি মনিল নাই থুংশি পানেনহৌ কোনথু নিংথম্না নাউপুববু ওকম্না তেমচিন-শ। পুম্নং ফুরিং খাউহুক-লিং কাংজে হুমতং পায়না মোংবা থাংও। য়িনজাউম্মুংদা সনা তোয়তৌরিবৈঙে লাইরেন মৈতিংঙুনা শংগাই মাংপোনলোয়দগী চনৌ হুইচিনত্নবু কংলা ফমতোংগে হায়না তুবি য়াথোক্লকপদ। লিবলাই মপারী অহনবনা লাইরেন মৈতিংঙুগী চৈরৈ ফিজি ওংলা পায়না তুবি হৈনা মতুং ইনগে হায়না পাউমেনঙম্ববু লিক্লাই ইপারী-ও! অভাং নান্না ওইবিরৈদদি কংলা ফমদোংনবু হৈনা তুংইন-হৈদে হায়না থৌথাম্নবদা মৈতিংঙ মচা অহনবদি লাইরেন রাইচিক-চৌক অচৌকপা রায়রংকোন অকোননা চুংমং কাউখং-কোন কাউবি যনথোককোনতিংদা উনকোইফনদা সনা তোরতৌরিবৈঙে কোরৌ নোংলাংপান ম লেম লম্বখারোনপী খোইমোম লেংনা তিনবা পূম্ননানা চীংঙ্ মালেন অশেমবা খোইমোম কোরৌ অশাবা অপোক অশি নোংদমলিবা নঙনা তাইবং চাকচা মতোল লোম্না পাল্লবদ খোইমোম-লাইরুপ পুম্নমানচিংনা নমুপোং ওইবম্নং থরাই নিংশা হোনলিবা খৈবিকম্নং পূম্না মাঙলহৈনে হায়না মৈতিংঙ্ মচা অহনবগী লিক্লাই নংকোং থোঙজাউরেন্দ। চীংঙ্ লংইরূপ পূম্নমাগী খোইমোম পাউজেন অরুংবু তারবগী লাইরেন শেনবি খাগেমবা মপারী লিক্লাই সনা রাপিহনদি মালং কৈনচিন ওই খমকোন নোংলৈ ওইন। কোরৌ কুপ্তুম-কুপ রাংবন লংতুম লংন, সনা হকশাং পুন খোইমোম লাইওইখিনে হাইদক্না। লাইরেন মপা মৈতিংঙ্ শেনবি খাগেম্বদি কংলা কমতোংলুপকী তুবি সনা য়োইকোনম্নংদ। রাচংলবগা লিক্লাই ইপারী সনা রাপিহনদি কদাইনো হায়না য়োইবু লেংনা তিনবিশিংদা পাউহংববু নাতারবগী মপন মৈতৈলৈম। থংদা নোংপাললোন কোরৌ নোংথিল চায়বিনচিংনা য়োইহৈ খোংফাং লেংবি পূম্নমাদি তাংজা কাইথংননা তুবি সনা য়োইকোনম্নং পূম্ননাগী শঙলেন কাপুন খুদিং থিবম্নু থিথংদরবগী য়োইবু তুচাহৌ য়োইহৈ তয়ন

মাইচা গুপ্ত কংলৈ য়োইকোনম্ভুংগী হিথেল চংলয় খুদিং পামেল উখোং-খা ঙৈথিক খোয়মা নারোনলক খোইমোম লাইফম খুদিংদম্ভুং য়ুমলেম শাইগং কোয়না থিবম্ভুং লৈঙমদরবগী লাইরেন মপা মৈতিংঙুনচিংনা মপন মৈতৈ লৈমগ য়োক্বিহে শলাই কেংনাতিনবা পুন্নমাম্ভুং উনবি পুকথোং হাং পায়মা চুংয়েং চেং ইচাউ পিচ থাংমু লংঙন শিম ওন উনথমপিচ ইরংনা খোথঙি নুংয়াপায় চিনথান মোইকাউ লানডমদা কোরৌ থোয়ন-য়েং রাংবন পাংনা য়েংনা লুংঙনগিয়ে। লিকলাই ইপারীবু লয়থারোনগী চী চুং কোবৈ নেংলাংপানগী রাংবন থৌগাবনা রাইথংথিববা। মালেম লয়াশঙনা পুশিনখিবরা খোইনোম লমথন তুমখা লাইচন মীরেংপন লোংথিববর। তুবি থমলান মপনলাই লাইরেন ইরেংপানলাই কবহন নোংদম মতৌ ওয়াকপন খোকচনলবানো চাইয়া লহনোং নোংবাল থাউরিবমগী তেকপি মঙকচা বায়ৈব ময়েনচা মেনলাং তনব শানগুং মানবি তুরেংকাই তাংচৈবু কংলৈ লযপুংথোক নয়বা লাংনা য়োশিনখিবত্রুগুম্বরু লিক্লাই ইপারীবু পুশিনখিরবরা। ইযু লাইরেন মাউফংব সনা মহাকথক্ত থাংথি মাউমং অহনবন থংয়ি য়েকাশাইপাংতা ওংজ ইকায় নংলুবগী মোংবা শাবেং ইমা খেইমোম লাইঙইথিবত্রুগুম্বরু খোইমোম লাইঙথিরবরা? ইযু লাইরেন নাউফংব মহাকম্ভুং ঙকলেন লাব থাবোমবা মংব শঙ কংল খোম ৭ পু তাউখঙলমবগা পোনবি সনা উচক ওইম কোয়ে নোংগাখিবাত্রুগুম্বরু ইয়ু হৈনা মতুংইন্না কোরৌ নোংগাথিববরা। ইযু লাইরেন মাউথিংথোং মঙাংঙম্বগী সনা মহাকথক্তম্ভুং ইরেন নোংবললোন পেতাংঙা লিকলু লৌথিংবা ন্যায় শাকাবীনা মোংবা ঘুমজাউম্ভুংগী লপ্লি কাউশাং ইন্না খোইমোম লাইঙইথি-ত্রুগুম্বরু লিক্লাই ইপারীবু খোইমোম লাইঙইথিরবরা হায়না লাইরেন অবা মখৈ লৈতনা লুংঙনলিঙৈ য়োইবু খোইমোম লাইরেন্মা মোংবা খ্রিমজাউ লৈম শাফবিনা নমু পোংশক ওইনা কন্নু ময়াই-কা হনবা মরেং চনবিবু ওইনা থমনিং অচন চৈ খমমাং অথোক-চৈ কৌরা য়েনহোই চৈবু শমু খুংতা শনা

পাউমেনত্তময়ে। ইনোংয়াই লাইরেন শেনবি খাগেম্বা। ও লিক্লাই নপাবী সনা রাপিহনদি মোংবা য়িমনিঙতুংগি থাংজা কাবেন মাদা চঙখিববু পান্দম মশান খিজিক্কুং উরৌয়ে হায়না পাউদম্নবগা য়োইবু খ.াইমোম লাইরেম্মদি চেংলো শকউদনা মালং ফেনচিন্ত্রই থমকোন নোংঙ্গে ওইখিরে। লাইরেন মৈতিংঙন্না খোইমোম মপাউরেনবু .াতারবগী য়োইবু তানলোয তুচ-হৌনা মোংবা য়িমজাউঙ্কুংদা চীংঙ্ শাউথাক মতুংইন্না থিকববু খোইমোম কাংজে মখুৎশংগা মানলো মনিংখমগী ওবয়া চেনমে শাবা পুন্নং নিঙথম মচেংমাগা মালেম লয়দা তাংা লৈহন্নবু তানদংলুববগী লাইরেন মপা মৈতিংঙ্ নোংখোবেন শেনবি খাগেম্বা মপন মৈতৈ লৈনা থংদ নোংবাললে'ন কোরৌ ন্নংথিল চায়বিগা অনিম'দি লাইরেন মপারীগী পুন্নং মচেংমাবু নিঙথম খ'দ-কোন কাঙ্জেই ভুমদং মখুৎশংবু শম্মু থুঙা পায়না পিবেন চায়ঙ্জি মবাঙ-ঙৌ লাইরেন য়াবা খোঙ্কল খেক্কা মীকপখিয়ে। লিক্লাই ইপাবী সনা রাপিহন ও! নহাক্দি চেংলো শকউদনা খোইমোম ল ইওইখিরে। কাংজেই ভুমদং নখুৎশং অরেম্বগা পুন্নং নিঙথমমচেং অতিঙাগবু মালেম লয়দা তানা ভুনলাম্লময়ে। লিক্লাই ইপাবী নঙবু মৈবি শংলম ওই উরপ চাবা ওইম কলা। লাইব পরিঙ তম্না শাবন লাম্থোং শীনবা ফিংগথো সনা ইফম শিনগবরা। হাযবদি শিঙলেন অরেমবা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে হায়না যোইবু ভুগা-চৌ নাইচা হুপ্ন তিম্না লুখুন ফানচাউথীন মোংবা য়িমলেন মনিল নাইনা মীকপ্নরে হায়দবনা ? খোইমোম মতে-হক চী ঙ্ মওন য়াম্বদি হোরেন ইন্ন শোইমাইমাদা থংঙা য়িনজাউন্নুংগী মোংবা য়িময়াই থায়না লিক্লাই মপারীনা সনা তোংদাউবগী কেনলোই খেংশিখোনগ থুৎশি পানেনখোনগবু নাতায়বগী খোইমোম মশান ওন চীংঙ্ মতে-হৈ করম্ববু নারীগবনো হায়না উনবি পুকনিং ঙক্কা। নিঙথম্নরিতৈদা থয়োইরোন অতোন লোইরুম্বা চন্ন য়োইহৈ পংকা ঙম্বীদ; খোইমোম মতিক উৎনা চীংঙ্ মতিক অরুববু শানফোংপে হায়বগী ভৌরুবগা খাবি থিয়াখো অমাই ভুমতোংলাংবু ওইনা খোইমোম লাইরেন

লোনহল্লে। খোইমোম মঙন-হক চীংঙ্‌ মতে-হৈ অমদি রাংঙম থ্বাই শনম নিংঙোনবি হন্থু ময়াই কাহনবা কৌরেং পনপাই মীক্ক খোইমোম লাইরেন লোম্ন থাবি থিয়ানৌ অমাই শুমতোংলাংবু ওইহনলুরবদা রাংহন থ্বাইশনম (খোইম্নাম) নিংঙোনবি হন্থু ময়াই কাহনবি মরেং চৎলগিনা তরেঙ হংশোল খোংফাং-লয় থাপলৌ মরীন শৎনা মোমঙ্গ য়ারা শিনথোই তাক্লিং শমু মথুংতোনগী শিনানৌ মোইথাপলুংদা খোইমোম য়ারা মখোনজেল নিংথিবা লাংবন হারি খোনগুম্বন। চীংঙ্‌ য়ারা খোনজেলথোক্ক। পাউ-মেল্লক্লববু লাইরেন মৈতিংঙ. শেনবি থাগেম্বা তুবি সনা মখোং-থাদ খোইমোম মপাউ তমলুরবগী লাইরেন মৈতিংঙ্‌না মদাইরেম থ.বি হিয়াংথ ঙংমাইথিনল। লোইয়ন রাংঙম নাচাতোনবা য়ুম্নাবু পাউকৌথংলে। ইদাই-রেম তোনন। খোয়মোম লাইলম্ন-ও ! লিক্লাই ইপারী সনা রাদিহল খোইমোম লাই ওতখিববা ? তত্তনা ইদাইরেম রাংঙম খোইম্নাম নিঙোনবি হন্থু ময়াই কাবিদা কৌবা লাকশং-শ। চাংঙ্‌ খোংবাল রায়না খোইমোম লাইফম শেম্বিও হায়না চীংঙ্‌ লাইপাউ মেল্লমলৈয়ে হায়বা অসিবু খোইমোম পাউজেন মতুংইন্না লিক্লাই ইপারীগী চীংঙ্‌ লাইফম য়াবিশিনবা হায়না পাউফল্লবদ হোইদ। লাইরেন কোরৌ ইনোংথো-ও ! লাইরেন নপারীগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্সং লেপ্পানথোং থুংতম অকৎা মহাকপু শংশং চেংলৌ শকতাদরবদি খোইমোম লাইফম শেমফহিবোইয়ে হায়না পাউয়ারমদে। খোইমোম মতে-হৈ চাংঙ্‌ মতিক অকাবা অমদি লমলেন নোংয়াই নৈশংথোং হাউন্থু থুনজিন দুংগনবা মরমথৈদ। থুন্দাবা খোম্মা সুঙমুচাদা খোইমোম মতিক অরূববু তাঙনা থঙহনগে হায়বগী চীংঙ্‌ মতিক উংন শানফোংলুবে। খোম্মা সুঙমুচাদি লেমলৈ তাতারবস্থুং খোইমোম লাইরোইনবগী রানচেং হোনঙমদনা রাইথুঙলৈয়ে। রাউরো শাবম চৎলবস্থুং শারেন পুঙমদনা মরান রাইথুঙলৈয়ে। অসুম্না খোম্মা সুঙমুচাদ, খোইমোম লাইতারুরবগা লাইরেন নপা মৈতিংঙ্‌ শেনবি খাগেম্ববু শানথঙহনগে হায়বগী কোমপা ঔরিকোন ঔরি ঔংাকোন্দা লাইরেন নপা।

মৈতিংঙুগী তুবি খোমলেন মংলানচান্দা লিক্লাই মপারী সনা রাপিহন খোইমোম লাইওইখিবনা লাইরেন ইপা মৈতিংঙু নোংথোরেন শেনবি খাগেম্বাও! লিক্লাই নপাবী ঐদি লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোংগী খোম্মা মুঙমুচাদা শেলোই ইপাতাউগুম লৈরিয়ে হায়না খোমলেন মঙপাউ চেনলবদা লাইবেন মৈতিংঙুনা খোমলেন মিকপ থোক্লবদা কৌবা শোইয়ুম শোইফাংতনা মদাইবেম অনং ফিহাইবোইবু থৌশীখিবে। খোম্মা লৈশাংখো চাবু যাঙনা পাউকৌকরবদা তয়ম খোম্মা লৈশাংখেংচা ও! অসি ঐগী খোমলেন মঙলানচান্দা লিক্লাই ইপারী সনা রাপিহন্না খোইমোম ঐদি খোম্মা লৈশাংখোংচাদা চীংঙু লমলোই ওইনা ঙাইরোইনরিয়ে হায়না পাউমেল্লময়ে তযমও! থৌরম তাবেপ্স মহাকপু ওইদ-ওইনা ওচববা হায়ন পাউহংলবদা হোইদা লাইবেন কোরো ইনোংথে-ও! খোইমোম নপারী চীংঙু মতে যাগ মহাকনে হ য়না পাউথুম্নবদা তরম কালোয় নয়াথং অসিবু পুকনিং থাজঙমহিরোইরে হায়না পাউমেন্নবিঙেদা মদাইরেম খোম্ম লৈশাংখোংচাদি খোইমোম লাইরোইনবগী চীংঙু উদব খোইমোম থঙদবনা লুরাই কোইরেম্বক্তা তেংনা চীংঙু য়াবা মশোংঙলবু তাইবং নমু মীরোন থোক্লা পাউমেল্লকয়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু! খোইমোম ইঙাইবোই য়িবি সিতিল্লবিবা চীংলেন নোংদাই নিংথৌ থোংনাং লোইচা খেমবা শীঙলেন লৈচা হেকপা নো চুপ কোয়ংরবু নিংথৌ মালং অতোঙববু ফমকন্নব চীংঙু লকা ফমজাউবদসুং তাউজিং হৈকক অমবু থাউও! লাইরেন ইপা মৈতিংঙু নংগী নমাঙদসু হয়রাং লুকলেন ১ তেনা শেমও! তরা লুকমাই লেম্না তুবি মালং নোংহুম শঙদ: * নোংপোক চংলৈশেন অপানবা শমু হকশাংচনবু মাঙদা থান ঙাইথমও! লাইরেন ইপা মৈতিংঙু নংগী ফৈণতান্দ থোংনা তরা খুৎপুন পিমম্না লাইজা চীনখু য়োংমম্না হয়রাং অশং-য়ে তাউজিং অমন-থন্না থংমম্নবনা মৈতিংঙুনা

* নোংপোক চংলৈশেন অপানবা শমু হকশাংচনব,—নোংপোক্ত, থে ক্লিবা নুমিৎকী মশেক্লা শেনগুম লংন নিংথিনা হকচাং চনবা মিংশেল।

মানলাং নোংছমশঙদা। তরা লুকমাই-লেম হয়রাং মথেম-ত্তে নোংপোক চকলৈ মিংয়েংশেন ( মীয়েংশেন ) অপানবন্ মাঙদা থান। ভাইথয়বদা লাইরেন মৈতিংঙুনা কৈরাতান্দা থোংনা ভরা থুৎপুন পীনা হয়রাং চামন্ন' তাউজিং থংমল্লবন্ চেংলো মিংথিলথমী লাইরেন মৈতিংঙুনা হেকঙ টু ষুংয়েং চেং পিয়েন থকমাদনা কৈর। তানচিন্থক্তগী খোইমোম চেংলো শকপানথোং লৈরাং অতিংঙাবু তুবি শারেন য়েংনা-লাম খোইমোম শম্নাংতোনগা-নান থজাই লেংলোই চুম। পাউমেনখিয়ে। ইপারী-ও! কোলোয় নরাথং ষুংওনবসুং নাত্তারে। চেংলো শকপাম্বোং ষুংওনবসু' মিংয়েং শানথেরে। তৌয়িগুম তাইবং নোংশাপান্দা খোইমোম ইপারী নংবু সনা রাপিহনবু ওইনা লাইরেন নপা মৈতিংঙু এগা পোইরৈ চৎর-ছায় রাংঙম মুরা তেম্ন কংল। লাইরা পরিংতম শাবন লাম্বাং শীনমন্নসে ছায়না ষুংওনলিঙৈ খোইমোম মপারীদি মালং কেমচি-ওই থমকোন নোংলৈ ওইনা মাঙখিংবনু চেংলো শকপানথোংদি উরোদ। খোইমোম সনা মথোংশি থোংশি পানেন থোনগদি মাঙাপৌর। ছোরেল ইন্নঙ শোইয়াইমাগী লাইরেন থোমলেন মঙলানচান্দা চীংঙ, মপাবীনা পাঙমেন্নকয়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙ-ও! মপারী ঐদি তাইবং নোংশাপান্দদি চেংলো শকউনকরোইয়ে। চীংঙু ইরনকুদি পোইরৈ তানথোং মনুং-কুই রাংঙম লেমথোং মফৈ-পাক তেৎনো চিতাই-নাইদা মালেম পাংশোয় নীত্তবনু লনকুখিগে। রায়রা শাকুবা হয়েন লনকুবা পুনশি মথোই তোংবনু লনকুবিগে। খোইমোম নপারী ঐবুঙ্গম ইরম লম্নলেন মদাইম। তোল্লোং লম্মহন্দা * কোনলোই শংগাই শানা খোইমোম লাইকম-শেম চীংঙ লাইকম য়াবিও। লম্নলেন নোংয়াই লৈশাংথোং ছাউম্ব থুমজিন ষুংচোনব। মরমথৈদসুং খোইমোম লরাই ইথমলেনবু ওইনপে চীংঙু লাইকম শেমবি-ও হায়না পাউমেন্নবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা লিক্লাই ইপারী-ও! লম্নলেন মদাইমা তোল্লোং লম্মহন্দ। চীংঙু নঙনা পাথ।

* কোনলোই = লৈকম য়ুম ; * কোলোয় = মিং।

খোইরোম নকাইকম মহাকপু শম্ম খোঙনা ফংনা থঙলুসে হায়না। লাইরেন মপামচা ঙাইরোইনবা। লানলোই হয়িংখোংবু নাইহেনবা। লমলেম লম্মহনবু পাউতাকখিয়ে। লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোংদসুং লাংলেম উরোংখিয়া থঙহল্লবগা থিংলো নীঙনা। হেনা সনা য়োইকোনমুংদা হলরাইরক্লবদা খোইমোম মপারীনা পাউমেল্লময়ে। লাইরেন ইপা মৈথিংঙু-ও! নদাইরেম পোইরৈ থুনচা-ম। ভয়ম নাইচা-মাংগী ভয়ম ঐ থায়বিগনে! লাইরেন নঙগী নিংথৌ ফুংকা-নাই ময়ু নোংপাল য়াংখুব মনোংয়াই থৌরে নোংচু অহোংবা খোয়নৌ য়াংগাই নিংথৌব ভোনবা থোকানাউবু খোইমোম নপারী ঐগী হৈনা ইভুং-থং ভুরেন চংলে ইনৌয়োক য়োনকোন চায় ইখোং শোমবু ওইনগে হায়না পাউমেল্লবগা, লাইরেন মৈথিংঙুদি খোমলেন মিকপ থোক্লবদা কৌবা ইমুং শোইয়াইমদা মদাইরেম ফুংকানাই-শিংবু পাউকৌশিল্লবদা ভয়ব নংখোইগী হিদাক-পাইপুরক্পা ভোনবা থোকানাউ কৌববু লৈবরা হায়না পাউহংববু হোইদা লাইরেন কোৎনো ইনোংথৈ-ও! মখিম নোংবাল য়াংখুবা মনোংয়াই ভোনবা থোকানাউ কৌববু লৈয়ে হায়না পাউখুম্লবদা হক্লেং কৌবা নোংপা-শোয় শরা ভৈনা-ওন চৌংলেন নোংপা ভানলবদা লাইরেন মৈথিংঙুদি সনা ছলাই ভোংনা ময়ম হোক্লেং লম্মহন্দা খোমলেন মঙলানচানগী খোইমোম পাউতাক মতুং ইন্না মিথয়েং শানখৈরুববু খোমলেন মঙলানচানগী কোংয়াং উরোং মখিনথংগীবু শংশং থুংনা লৈঙল্লবদা লাইরেন মৈথিংঙুনা খোইবু রাঙ্গোই নকাইকমদা কোংয়াং উরোং-পু মিংক্লে শানখৈহল্লুববু কোংয়াং উরোং মশক মানববু ভাংনা মরৈঙল্লবগী লাইরেন নসা মখোং-থাদা লাইরেন উরোং অমবু পুনঃ কোলোয় পাউদম্লবদা লাইরেন মৈথিংঙুনা উনবি পুকনিং হয়াউ চঙনা হোক্লোং লম্মহন্দা লিক্লাই মপারীগী কোনলোই শংগাই শানা চৌংঙু-লাইকম শেল্লবদা লাইরেন মৈথিংঙুনা খোইমোম মপারী সনা বাপিহনগী-দমকপু থানলৈ পরি-মবু কাপোক লাইথোং শিম্মোও হায়খিয়ে। লেমলৈ

ঙাখা-চা থোইমোম লাইশোইপাংস্নুং কৈথেল লমএক্ষকও হায়না দনকু-ঙখিয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি থাগেম্বনা তুবি সমা য়োইকোনজুং কোন্নুং অচনবগী খয়োইরোন য়োইহৈ পাংকা চমবিনচিংমা মদাইবেম ওয়ম ফুংকানাইদ ময়ু নোংপাল য়াংথুবা মনোংয়াই তোনবা থোকানাউগা ওয়ম লাইথায়বিরবদা লিক্লাই সনা বাপিহনদি জুলাই লেংজাউ থক্তা নমু পোংবুম ৪ দি শমু থোঙ্গইমন নম্ন পোংলুপ ৪ মাগা শমু পালোইনন থাঙলেন য়োংথৌ-কান সনা চাঙলেনখান লাংগোই শগোল মফি-শিন তরেং শেনফাংঁয় রা লেন মংইফাক পুঙজাউ-থিন পেয়ে শিংকা থোনজন চাউ চেৈব ফিরান চমচাই-নাই লাংগোই লৈরেম-কো পেইরৈ খুনং-শা লুবাংবু সনা শাপোং মঙাম্নাই য়োইবু তালোই তুচা-হো য়োইহৈ ওয়ন লাইচা চপ্পা পোইরৈ থুনফংখৌ ওয়ম নাইফংথোবু লেংনা তিম্না থোঙলেন য়াইচমবা লেইনাই থুনবি অচঙব ময়ায় হুইববু থোইমোম কুপ্পুম বুপ চৌঙু ভাম্বুনঙন্না মরম তোল্লোং লম্মহন্দা থোইমোম চৌংঙুনাদি মরান থুমদরে। মরম লমালন মদাইম থোইবু রাংগোই মকাইফমদস্নুং চৌঙু লাইযম শেন্না থোইমোম লাইকম য়াবিরে হায়দববা!

---

## চৌংঙু লিতিন চৌংওন-চৈ

চৌংঙু নাতৈয় ম থোইমোম নওন-হকপা নওনা নাচুং থোংকৈ ওই পাঘেল লাইরা শোয় উ ঙচৈনা পোইরৈ লৈবাক ঙাকলিবা থোইমোম নতে হৈ চৌংঙু নওম হকপা নওনা লোয়মনরিব মরী লিতিন্নববু রাকমনা তোংথামকে।

খোইমোম লাইয়িংথৌ ! চীংঙ্ থোংনাং অদিবা খোংনাং চীংবু তাম্না থনবা থোংনাং মামলৈ-চীং নীঙনা কৈশি-চীং লিন্দু য়াংতেক-চীং মেন্দে মিংথৌ শায়াবা কৈরোথ। মেনাদোং মুঙগাই-চীং লৈথাম শুমতোংপোক হাউম্নু লাওৌবি থাংগোম-লৌবু তাম্না থনবা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিব-ও ! চীংঙ্ নরী লিভিন্নবা অমদি খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ্ হকাকোই মিংথৌ শংলম মঙাম্বা কাম্বা শনলাম্বা মমা ভিকন। ( ভিক্না ) পোংন্নু লৈমচা নিংথৌ শমবুম মহারাবা লৈচিন হিওই-নবা নোংশিং নৌওইনবা তাইবং নমু , নম্নুপোং লাংগোই, শংগোন, শামু , শামুক, শনভং. ইরোইদি লোইদাম থাজ ১০ শুম নোংদম্বা য়াংলৈ ত,উবা হুইদি লোইদাম থাবুম ৩ শুন নোংদম্বা, হামেং য়াউদি লোইদাম থাবুম ৪ শুন। নোংদম্বা. য়াউরোশা. হোবপ , কাম্বা. শঙম, কৈন্থং লোইদাম থাবুম ৩ শুনা নাউপুও হায়না নোংদম্বা. শাম্ভ য়েন্দি লোইদাম থাজ ২ শুন' নোংদম্বা খুন্নু মাম্বিক তোংদি লোইদাম থাম কোঙ্গাই নোংদম্ব খোইমোম লাইমিংথুগুম নরম চীংঙ্ লাইরাংলা তানরম্না পুবা লৌখোংচাউ থোংজাউ লাইরোক লেন্দবু তাম্না থনবা লাইয়িংথৌবু মচেং হাকম। ওইন, লোয়নরিবা লাইয়িংথৌ ও ! খোইমোম মঙাইরোয়দি অহুম্নুং মদোমদে।

খোইমোম লাইয়িংথৌ অন্নাং কৌবরেন অসুম্ব ভুকেল লুখাইবা লাইজা য়িথাবা কৌব লৈমচা, কৌন্নু লৈমচা ককয়াই ফমথিব শংলৌ নাকমবা তেকপি, থাউয়ৌ, তাংলৈ চিংনাইদব টয়া পনচনলম শেকরা তাংদনপোকপু তাম্না থনবা মরুমবি খোইমোম লাইরেম্মা থৌহু মুঙ্গাংলেমা সনা থা-না পানবিবু লুম্নবি খোইমোম পান্নীনবদি কৌবা উরেন-চাইবা

মীওই মপোক্ত্রগীনা শা, মন, উচেক, রাম্না পুন্নমক্কী মথল মংথেল নাইবগী মতুংইন্না চংনবী কুমজা থাজ গভ' পুবগী মতম।

শোওলেন লাম্বাবু পাগ্রীনবা খোংনাং শারমপাকময়াং হাউপৈথেন অরাং চীংপন পনরাইনুবু তান্না খনবা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিবা চীংঙ্ নঙাইরোইদি অচুম্বুং মদোমদে।

খোইমোম লাইয়িংথৌ! কৌবরু অসুপ্পা খাবা উনশ্‌বা লাইজা য়িথাবা কৌবা চী-থাং-লাং খোইমোম লাইরেম্মা যিফৌ মুঙথংশ্‌বি শুরে-চীং কমখি ফিফৌ পানলোইবি লোইরো-চীঙ থরাই নমু পোংবুম অচঙববু মুঙবী মনা ছুংনা থরাই পোনয়ান-চীঙ চীংকেন নাপোম ও তিনবা নোংপোক সনাচীংগ নোংচুপ খিঙগ্র্‌ চীঙগা কোয়ৌ নোংমদোন মালং অচুমবা চীংগা খোংনা কাই ফামচম-য়িগ চকপ অংকে-য়িগ পোইর মৈতৈ লিনরাই-যিগী মরুপা চীংলেন নাপোম ও মক। খোংনাং *মান্দোরিবা কৈপাক তাবুল লংগুম শুংজিন্নবা চীঙদা রাংঙম্বা লাইফিংথৌবু লোয়নরিবা -ও! অচুম্বুং মদোমদে।

খোইমোম লাম্নিংথৌ! শম্বাং নিংথৌ চাউবম্বুং কোয়রেন নিংথৌ শাংবম্বুং কাইরেন নিংথৌ, চীংঙ্ খাংচিং লাইমরু য়াউবি পনলোই তাবা থৌদু মুঙথোন ৯ থক্তা মুঙনাং শকাং তোংবা চীংঙ. মতুই-নিংথৌ মতুই ছুইখোকপা ওখেন লাকচিন ফম্ব। ময়াং শকাং তোংবা পাঙন তমপাক কোয়ব, লৈম নোংমাকনবু তান্ন, খনবা লিখিং কোনম্বুং কোনমা লেইবা লিরেন কোনম্বুং কোনম খাবা ঙ মু খুমু কোনম্বুং কোনমা লোইবা য়াউরো শজি শঙাই কোনম্বুং কোমমা খাব। খোইমোম লাইরেম্ম কাঙগ্র্‌ লৈহৌ পোকপি থাউমৈ ৯ খানখি সনা কাচেং লৈরাই ময়ুববু খাংনপ্নবি থাংচিং কোয়রেন-লাই মপু লুম্ববা চীংঙ্ খাংচিং কোয়রেন নিংথৌবু লোয়নরিবা লাইয়িংথৌ-ও! খোইমোম নঙাইরোইজি অচুম্বুং মদোমদে।

খোইমোম নঙাইরোই অমদি খাংরাই মার নিংথৌ থংচা নীঙমাবা ওকলেন নয়াকা-নব, লাইরেম্মা পোংবৈনবা চীংখোং পোরৈতোম্মা রায়েন থৌখাজরিচৈ রায়েন থৌখাগ। হান্না তম্নিবা য়াউরো শজিতেং অতেংববু নমু

* মান্দোরিবা=পুনশিন্নিবা।

পোংব-চা অমগা মান্নগনে হায়বগী য়ারেন থারুক্ক‌া চিংেন কোকখোংনমা পানববু খোদমবা তাউজিং হয়রাঙচংগা নমু পোংবাউচঙগা পানববু খোদমবা হে তোংমু লিকশি খারোন য়াইশেন, য়াইফৌ, চাচাক, চাকছাউ, চেংমি, ফোগাক ফৌরৈমা, ফৌনিথো, ইবোই, য়াকৈ, তেকশি, ভিকা-পান্দা খোদমবা লৌরি শিস্তোংলুং খোংবান চামলো লালাউ খোংবরক পোরোম নমঙা নকাই-থেং খোংভিন্না মপান হুইতু ভুদনা মহয় য়ামচেং কোবোং-শ উরিং শোইবোন লিংঙনা চাহে-চয়োং চিন্না-পানদা খোদমবা চীংফৌ, ভমফৌ, চয়িন, মুমলাং, চানান, চাংলৈ, খোইদিং, কাপাক, লিমাই, খোইনাই, থাবি, মাইরেন শিংখা, শিংথুম, পানফক, পানফোই, হরাউ-ভৌচাদি কদাইপান্দা খোদমবনো ? নাকতক শারোন-হু পামেন উমৈতূপ শীঙজঙ উরাই-হৌ খামবি মৈনোং খোংনা পম্বেংবরক্তা হাউনা নাবোন শংনপান্দা খোদম্ব মকমবি খোইমোম লাইরেম্ম। চীংলোইবি হুমলোইবি তোন পি ঙমবী লৈরাকপগা চাউফা ফাবিবু লুম্বা মপারী মতেঙম্ব মবাম্ব চীশোম্ব। তেপলেং খোম্ববু পানবা অরাং থাংরাই লাইহনচীং য়েনলাং লমমুংশি ওকাথোক লম্মহনবু ভয়া খনবা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিব-ও !

চীংঙ নরী লিভিন্নবা অমদি খোইমোম লাইয়িংথৌ খোংনাং লিশিংচাইবা. লিশিং ১০ চাইবা খোংচা অচিনবদা তানা খনবা লাইজা কোংগোন য়িম ওইনবা য়িরেন চাউকোই লৈবাকপু সনা তাংবন ওইনা ফম্ফম্ববু মন্নেং হাকমা ওইনা লোয়নরিবা লাইয়িংথৌ-ও ! চীংঙ লীরী লীতিন্নবদি খোইমোম লাইয়িংথৌ খোংনাং লিশিং চাইবা, লিশিং ১০ চাইবা খোইমোম লীরী লীতিন্নবদি অহুম্ভুং মদোমদে।

নোংপোক মালং হুমওইবা লৈচিন খোংকাউনা মুংশিং খুনেৎনবা কোরৌ নোংখা কোয়বা মালেম লয়বা কোয়বা চিথেক ৪ মা মাইকৈ ৮ মা শুংদাই ১৬ মা শিংখাই ৬১ মা লয়রোন নোংলোন'মাদা নোংমনা ৭ লক কোয়ববু অরা হুইরাং শোন্দবা কাউরেন ভৌবা য়ুমজোংবা মালেম লৈপুংথন কোরৌ তেংলৈকাউ তোংচেং কায়নৌ থরানপিচাকপু পায়মা মনিংশা

চাকরায়রবু খুংনেংবা টিমেন টারোং শংবা সনা লৈথাম তোনলোং চিনবা মিংয়েং হুমপান লোকপা তাংজা ওকাকোয়নবা লিনহা থোয়েংনবা নোংপোক মালং হুমওইববু মরী লীতিন্নবা লাইয়িংথো-ও ! হুপ্পা মপান্গী চায়া মকগী মালেম চেকনিং লৈথেগী শিদবা মপাল থাবা, নাদবা মউ লিংবা নত্তন লাইরেন নপা মৈতিংঙু শেনবি খাগেমবগা পোইরৈ সনা লৈবাক ঙাক্লবদা নপা মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বগা চীংঙু নংগী লাইজা ইছনবেং লোইলাম থরান-খাগা থোইমোম নঙগী শানকোংথা য়ারা কালেন থামৈ ফাউরকপা খুদিংদা চীংঙু থোংপাল য়ায়মা থোইমোম লাইপাউ পাউহন্নময়ে হায়দবরা !

— — — —

# মৈতিংঙু তুবি চরাইরোংবা সনা হাক্তকী লাংঙোন-চৈ।

নোংয়াই লাইবেন মৈতিংঙু পোইরৈ থুনজাউবগা হুয়েন লানলোইনবা য়িংথি লাইজা য়িবিকলাইবু নাতৈনা কথো কাবং শাদা থোশাবা য়িংথি লানয়াম-থাবা হুয়েন চৌকা মংত্র লানথোয়াঙবু কায়না হুনবা লাইয়িংথো-ও ! মৈতিংঙু শেনবি পাইথোম্বগা হুয়েন লানলোইনবা হাউরৈ নোংপোকল। পাংবরমগী পাইকোন লমমুংশিদা থোশাবা হুয়েন লাম্নিগীদি পাইথু নিংথৌ লাকয়া মিংমাইববু কায়না হনবা লাইয়িংথো নঙনা লাইরেন মনোংয়াই নোংথোয়েন তুবি চরাইরোংবা সনা মহাকথক্তা

চীংঙ্ নঙনা য়োইহৈ চিনফূ ভখেমবিদ। চীংঙ্ ঐগী চেংলৌ শকপানথোং পুম্নং লেম্পানথোংবু মালেম লয়রক্ল মফম তৌ খোইরু মিতম-লাক সনা কোনফূ হয়না ফুরা লাইয়িম শাবিও হায়না পাওযেন খোনগী মোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্না খোইমোম চেংলৌ শকপানথোং পুম্নং লেপ-পানথোং মালেম লয়রক্ল মফম-তৌ খোইরু মিতম-লাক সনা কোনলু হয়ন। কোয়ৌ'মা -য়েং য়াংবম'ম। তম্না থম্না শানশেল্লবদা চীংঙ্ নঙবু থাবি থিয়াথৌ অমাই ভমদোং লাংনা নাথায়, নাভাং, নাপু, নাশেন, থিংনা ভাং থিরুগী শোঙলেন চিংবা-থি শিদ-নাদা য়েনপক কাইপংবা পুংফাই ভোনয়াম্ব', লৌহিং নাহাকপা লাইজা য়িরিক লাইশেং খোইবনা খোইমোম চীংঙ্ নঙবু শানদেংলবদা ফুরা লানয়িমক্লং খোইমোম লাইকোন-ফুংদা য় চঙলবদা নোংয়াই তুবি চরাইরে। বন মদাইরেম ভয়ম নাইক্লং-চঙ ময়ু নোংবাল য়াংথুবা মনোংয়াই থৌরে নো জু অহোঙবা খোয়নৌ লাংমৈ য়াকোন নিংথৌচাগা লো'ইথুম নোংবাল নহ'ক মালেম লয়সনা অঙাংবা কোয়ৌ নোংলূমপান অঙৌবগা চৈরৈ ফিঙৌ হো'না লনকুঙখিয়ে। মৈতিংঙ্ তুবি চরাইয়োংবস্নং খোইমোম নরনৃগী রায়রা শান্নং-ঙাই হায়েন লানস্নং-ঙ'ইবু ভানফংনয়ে! পোইরৈ ভাম্বোং ময়ু্কুই রাংঙম লেমথোং মকৈ পাক্ল' খোয়মা ভোনশংতা লাংচেং ভোম্নান্দনা পোইবৈ লৈবাক ঙাকাস ল,য়দবরা !



# মৈতিংঙ্ পামহৈবা ম্না হাক্তক্কী লাংঙোন-চৈ।

লাইরেন মৈতিংঙ্ * থোংনাং ময়ামবনা ভুবি ফম্মোই মিত্তা-কম লাইরেন কনলাং-মৈতো-থদি লাংহৈত্তম ওন্নবদা নাপ। শিনগুবোল সনা কোনকম ভো থগী ভবা চাহেন মভোন লোমন্দবদা ভুবি সনা মনাশি সমা চৌংলাই শাববু ভৌখঙলবদা হয়েং কোৎ মনোং শোয়ববগ। চূপলেন নাপ্প-ঙাম্না নাশি পুংমায় লেমগে হায়না থম্নিঙৈঙেদ। কোরৌ অহনোংগী ইম্নুঙ শোইয়াইমদা লাইরেন খোমলেন মঙলানগান্দ· খোইমোম উদবা নঙনা পাউমেল্লময়ে। লাইরেন ইনোংয়াই নঙদি পোইরৈ খুননিংথৌ চোয়নৌ সনা কোন-মাপানিঙ্গীনা চূপলেন নাপ্প ঙান্ন। নাশি পুঙমায় লেমগে থৌরাংগ্নে। খোইমোম চীংঙ্-ম্না ঐদি পোইবৈ য়ি-মাপা নত্তবগী পিথ্রাই কোনমাচম্বু নাশি পূঙমায় লেমঙৈনে। লাইবেন সন মনাশিহুবু চীংঙ্ ঐগী ইনাশিবু ওইবরা! ইনোংয়াই নঙনা নাশি পুঙমায় লেমগবরা? হয়েং কোরৌ মুমিংমাদ। ভাঙনা শঙলঙৈনে হায়না খোমলেন মঙপাউ চেনলমঙৈনে। ইস্নুং কোৎ নোংগা শোয়রবদ চীংঙ্ পাউজেনখোম অকববু লাইরেন ইনথি পুকনিং ওক্না রারম নিঙশিঙলিঙৈ ভুবি নপা কোনথোকলমবু নাম্না ইহৌথনা লাইপোম হানজিল্লক্লবগী লাইবেন উনবি লয়নিঙশিংনা য়োইবু ইশানৌ কংলে মৈতৈ লৈমা ও! ভুবি সনা ইনাশি নাশি চীংলাই শাবা অসিগী শেলোই থোঙ্গ্রাংবী পাংলে কোনগী লোইদাম কুমথি খুদিং পোইরৈ চারীশকুই রাংঙম খোংদোন-শাংম। কৈথোন লমওক লাংনগুনো। খোইমোম সনা মথোংখাদা কংনা পুরুমলুও হায়ন। থৌশীরাগী য়োইবু মশানৌন। খোইমোম সনা মখোংখাদ। কংনা পুরুম্নবগ·

* থোংনাং মন্নাম্বা—কাছার লৈবাক, মন্নাংবু ঙম্মি হায়বগী থোংনাং মন্নাবা হায়ন। মিংথোল্লি।

* চীংঙু তাইবং খাযবা নমু শংশং লোনদিম্নবনা লাইরেন ইনোংম্নাইবু খোইমোম ঐনা তৌশিক অরেম্না মহাকনে। ইনোংম্নাইবু পুম্নাবি নঙনা তুবি সনা য়োইকোনম্নংদ। হুদরাইখিরিবৈদা লাইপোম ইহৌ মম্নেং-তানা কৈঙারবৈনে হায়না খোইমোম সনা ময়াখংবু পুনা পাউদমলয়ে। লাইরেন মৈ'তংঙুগী নারী ইচঙবা চীংঙু থুংতম অরুববু কাঙমলে হায়দবরা? খোইমোম লাইযিংথৌ মৈতিংঙু মচা য়োইরেনব। নহগা লাইরেন ননোং মৈতিংঙু নোংপোক রায়রং পামহৈবগ। হুয়েন লানলোইনব। অমদি ঔর তোংদোই নিংথৌ চেংকোই লয়মাবা তরা শঙকা-চীংদা রাঙনবা শাংকু খৌহু লুপা-চীংদা থোদাবনা লমবু ওনচা-চং ফুজা রাহোন-না মেংতু লাইরিক খুদোন-শেন য়িংথি রাংমা লাম্না লাইরেন সনা মখোং খাদা থোশীরকয়ে। লাইরেন নোং! লাইরেন নপা মৈতিংঙু তুবি চরাই-রোংবনা মমোম তমফা রাঙমলোন ঔরা তোংদোই লৈমা চকপ মখাউ ঙমবীবু পনথৌ ইপা ইবুঙু! ফারং মংতু নিংথোদা কাউজানরম্নে। হৌজিক লাইরেন সনা ইহাকথক অসিদস্নং নমোম তমফা রাংঙমলোনবু খামরন ঐঙোন্দা কাউজা-হৌবিরক-ও! পোইরৈ ইঙাইরোই খামরন ঙাইনোংশা অরেম্না মহাকনে হায়না পাউমেন-রাগী মৈতিংঙু খোংনাং ময়ামবন। লহাননোং লাইরেন ইপা তুবি চরাইরোংবনা ইমান রাঙমলোন চকপ। মখাউ ঙম্নীবু ঔরা তোংদোই নিংথোদ। কাউজানরম্নবু সনা ফমবাল কম্নদে। লাংবন ইঙা লৌখোং থরগুম থম্নথবরাগী লাইরেন ইপা মৈতিংঙু তুবি চরাইরোংবনা কোরৌ নোংকাখিরাইদমদা তুবি থুৎচেং হংচি পায়না পাউমেন্নমবা রাবু লৈবনে। পোইরৈ রাকাউদা রাংঙম রানিম্নম্নিয়ে। হৌজিক অনৌবা খামরন মাগী মলোই লোইহাথোগুম ইমোম ঙমফা রাঙমলোনবু পিরকহিও হায়না লাইরেন খোম্নবুং মরৌ চাউনা খামরন

* চীংঙু তাইবং খায়না নমু শংশং লোনদিম্নবনা=খোইমুম লাইদি ওইরগা তাইবং মীমকা রাঙাংনবনা।

ফু-চা রাহোনববু ইমোম তমফা রাঙমলোনবু মরান মুহোং খোঙভোংপি-রককে। ঔরা নখোয়না চোয়নৌ সনা লুপা হিকোংশা হিয়ুচং কুম্মে লৈভেংপোং অয়াম্ববু মশীঙ শুনা লমওকঙমও হায়না রাহয়বদা মৈতিংঙ খোংনাং ময়ামবনা চীংঙ ভাইবং শায়ব। সনা নখোং-থাদা কাউবি চীগা চূক্ক। পুক্নমজখিয়ে। লাইরেন ননোংমাই ঐবু হয়েং খামরন মনিননাই লাংগোইপুঙবু লেম্ববু হৌমন মরৈ-হৌ ভাইরোং মপাল খেকপবু য়োন্দনা লনকুবিও হায়না পুক্নম্নবদা ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগা য়েৌইবু চিনফ্ত তখেম্বীগা ভানথোং অহোঙবা চয় চাউবি তেংপুরা অহোঙবি খৌকানাউ রাংঙমলোন তোনয়ু শাইখুবি য়োইহৈ মখোয় ৪ মাবু ভাইরোইননা রাকয়ে খোংজোম্ববু মাঙওক্টনন। হাওরৈ নোংপোকল। পাংবরমদা অরাং ফাংলৌ লৈমখোম্বনা হুয়েন লান্দাখিয়ে। মহ। য়িমক্ক রায়রং লয়হৌপোকপু ফৈন শম তুমু লোকচাউ য়িবু কান্না চোংনা শেনবি তমদা তা মাকলং কান্ন-চোং অংগো চীংজাউ শম লিরু ময়িনচিদা খোইমোম লাইয়িংথৌদি কোরৌ কুপকুম কুপ রাংবন ভান্দুম-ভান্না খৌশাথরবদি ফোংদা হিঙাইবি হিঙাইবসুং ঔরা চেকোং মরোংখন লাংকিমু অথৌবসুং ময় মুংয়োং মংত্র নিংথৌগী রাকয়ে হিরাংচান য়াওইবসুং লোক্লকয়ে। অহুনোংগীবু খোইমোম লাইয়িংথৌ ঔরা চঙনা-খোম্বা খামরন লোংকিমু ফাবা *কোংশা হিয়াম লোকপা লাইয়িংথৌও ভোনা কৌয়ে। মীরা পোংথোক্লম ঔরি শানৈ-থাং লমলেন কোমবিরা তেংনৌ লমদাইশেংপু পূম্না চন্না অছৈনবা নঙনা নেংয়াই লাইরেন মৈতিংঙদা পাউমেল্লুও হায়না য়োইহৈ চিনফূ তখেম্বীদা প'উত্তাকখিয়ে। লুরাং শিমরিং নোঙ্গাবীনা অরাং কোরৌ নোঙ্গাবরম সনাফান লোকচাউয়িবু নাতৈননা মথান লাইজপুঙবু ঙমলোম্ননা লাংকা চীংমাভোনবু ঙমথংনন। খোইমোম খৌহু ইথুনেং চেংজা তোন-কোনববু মমায় নোংনেম লায়ন; পাংনা লৈবনে। খৌহু অহুবু চীংঙ ঐগী ইকাইকম নোংয়াই লৈশাংখোংদা খৌহু লেপ্প-য়ুং চেংজা লেপ্পা

* কোংশা হিয়াম লোকপা = হি মপ্পায়া খাবক লাক্ত্না পোং-শাবগুম শাবা

খিনবিও হায়না খোইমোম লাইপাউ চেনববু লাইরেন সনা মখোংখাদা রাহমলুরবগী লাইরেন মৈতিংঙ্না ময়িম খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী মদাইরেন লোইয়ুম নোংয়াই নাচা রাকোং লাইয়িং-খেম্ববু থৌশীখিয়ে। চীংঙ্ পাউতাক মতুংইন্না অরাং লায়না পাংবরম মাখান লাইকা-পূঙগী থৌদু তোনকোনববু ঔরি লিয়াই নোপ্পা হোইখেমলুববগা লাইরেন মৈতিংঙ্ খোংনাং ময়াম্বনা চেংজা ফাজাপ্লবা অহুবু খাগী কৈকক খেৎলি নাইবা পুপানখোক্লা সনা চুমবং য়াইতরং হিংজোন লাংকলৌ-শিন চমেন চিদাই-খোম চোয়নৌ সনা পুম্না লুপ্পা হেনমোইমুং শেনবি ভাইচিংলন কবো শারেন থেখাউলৈগী চম্প্রা ইক্মুংবু চীংঙ্ মকাইকম নোংয়াই নৈশাং-খোংদা বামোন লেংনা-ভিন যোগি লেংনাফাং কিপ্পা অচৈবা * শ্যান শেনখিংব † নাতিরা পুঙয়েবা লাইরিক য়েংবা পুম্ন-ভিন্না থুংপাক ভাবুল-ফু খোইমোম লাইমিং শক নোংনা ঙমদম-হৌনা থেংচু লেপ্ন-যুং চেংজা লেপ্না খিনলবদা মৈতিংঙ্ খোংনাং ময়াম্বনা মদাইরেম লুরাংজাহবু লনকুজরমযে হায়দবরা! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্গা হুয়েন লানলোইনবা শেনবি শোংশুক-ঙম্বা হুয়েন লাখম লানমিংনাইগা মপারী লাকখম তংবা মথোকলকপগা তৈমা মীরোংখন থৌমান কোংকোন অথৌবগা * পুংগ্রি কিয়োং কম্বা পনচাং লাইরিক তম্বা শেনবি পুম্না হুপ্পা নোংপোক সনা কোনগারমদা কাউবেন ষনগু হোইগুম শোংশুক চঙনা খোম্বা লাইয়িংথৌও তৌনা কৌয়ে। চীংঙ্ খোইমোম লাইয়িংথৌ থবা. চেংঙা. য়ুচে, য়ুহা, ও মাবু ওইনা কোরৌ নোংতুবা মালেম লয়কনবা নোংপোক সনাচীঙগী ভোঙবম য়াই মরু শিদবদা শেঙ্গেং লাইনিং-শা ঙকুপ পুরৈ মহুমমুংগী লমহোরকপা লাইয়িংথৌ নঙনা হাউরৈ নোংচুপ্পা পাংবরম শিলোট মপুঙ রায়দা কম্না য়ুমওইনবা শানতদাস মহন্ত বৈশনোপ বৈরাইগী থোইখেংইববু মতম নোংশিং শুরে হায়না চীংঙ্ মতিক উংমা পাউকৌরইয়ে। হাউরৈ

* শ্যান—শ্যন জাৎ=কবোগী চীংদা ভাবা জাতি। † নাতিয়া নটকী পুঙয়েবা।

* পুংগ্রি=কবো লম্বোইবা।

নোংপোকসা পাংবরম পোইরৈ সনাপুঙবু বৈশনোপ আচার। লমচৎ হাপ্পা ক্ষেত্রি বংশ শাগৈ লেপহনলুরসে হায়না পাউকৌরবদা বৈরাইসী ঐবু হন্নু ময়াই-কা হনবা ইরেং চনলে হায়না মাথং লৌকনজবু ঙমকাংঙনা হাউরৈ নোংপোক্লা পাংবরমদা চৌংঙ, থোংনাং ময়াম্বন। ভক্তি কাউবী চীগ-লূক বৈশনোপ লুদা কংনা লমঙকঙমরে। ঙন মঙান য়েংনা বৈশনোপ মতিক খঙলবদ। গুরু খামিচি অথোটববু ওইনা য়োইনা থৌখল্লরে হায়দবরা! চীংঙ, থোইমোম লাইঙ্গিংথৌগা নোংপোক রায়রং পামহৈবগা হুয়েন লানলোইথা অমদি হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরম লমলেন চিবি লোক্লাউপুং রাখা শনলুংখেন কাকোন নোংদম-খি রাংজীং লোকলু খুমদা থামরন তেংগোল তর মাকা পোইরৈ মাইয়োক্ননা হুয়েন লানশোক্লবু ওরা ম'ইরোক র'ঙমদবগী পোইরৈ লোইনা হন্না হুয়েন লানজেন তৌগল্লবদ' লাইরেন মৈতিংঙ্না মথ থোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ, তাইবং খায়বদা লাইরেল সন খুৎথৈগী চোয়নৌ সনা খুদোপ তমফা লিকোই থিনববু কংনা পুরুমজখিরে। ইয়ু থোইমোম লাইয়িংথৌ-ও! চীংঙ নরনকুনা ওবা খুংথুম চনববু শনকুবিয়ো। থামরন লাংগোই মথুনেং পূয়া তিনব-লকুগী শমু থোইন লুরাংব। অসিবু চীংঙ নংবু নেৎহনগে, থোইমোম নংবু তোংহনগে হায়ন পুকল্লবদা লাইরেন মৈতিংঙ্ কোরৌ নোংশারায়গুম্বনা তুবি লাংগোই থোংওইনা। চুংগোই য়াইওইবগী শমু ওইরম শেন তুবি টিমেন মথুংশ য়ুংশিং কোয়রেং টাবু টাজ্জিন মৈরী থোঙ্ক থৌশাবদি খামরন তেংগোন চায়রে। হুয়েন লাম্লিগীদি লাকয়াম্ব। জুমিং সন, লৈত্রেং চিনবগু ক্ষায়না হনলে। লাংগোই লেম্নকাঙব-খম তেংগোন চায়খনচিংনা শামু ৩০ লোকপা নোংমৈ ১০০০ থোম্ব। শগোল ১০০০ মুনবা লাইয়িংথৌ-ও! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্গা হুয়েন লানলোইনবা অমদি হাউরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম কেগে শীঙজ। কাক্তা মোইরাং লাইথা চারেলো ভাইতে

লৌকোন মুং থম্বাল নোংশা-দৌ যেম্বা নোংহ্মলমদা খোংনা তেংগোন কোইচারবা হুয়েন লান্নিংগী দি তখেন পময়চোম রাই অথৌববু কান্না হনবা য়ামজংগি য়াইওইবনচিংনা। নোংমৈ ১০০০ খোম্বা খাঙলেন চুমপুন লোকপা চুঙগোই ১০০০ মুনবা। লিকং ১০০০ খোম্বা তরেৎ শেনবুং লোকপা য়ামন পুভজাউ খোম্বা লাইয়িংথৌ-ও ! লাইরেন মৈতিংঙু থোংনাং ময়াম্বদি শুরু খামীচি য়াইওইবগী য়াথং পাউতাক মতুং-ইন ক্ষেত্রি বংশ শাগৈ-লেপ আচারা লমচৎ শাগে হাপ্পবদা খোইমোম লাইয়িংথৌনা। মনোং নোংশীঙজংম্ম চিনলক্লবদা চীংঙু মতিক অরূববু খংহনগে হায়বগী খমলাংবা পনলোনগী হৌন-মরমচৎ খোইমোম খবাই পোংশিন মথোঙ লায়না হাংনা চীংঙু লাইমুম চঙববু-খোইমোম মথৌ কাউহনগে হায়বগী লাইরেন উনবি অরোৎ চঙনা নীঙহল্লবগী তরা চাবু লিপুঙদ মদাইংদম মোইরাং লনহাম্ববু খোয়ম। মাইয়োক্লনা। চেংলৌ শকউনরে। ইদাইবেম লনহাম্ব-ও ! খোইমোম ঐদি লাংহৈ কুমপুম ও শুন। শেনবি তেখাউ চংলুখিগে হায়না খোইমোম সনা চিনবালথোংগী পানা চিনযিন্নন। রাহমলময়ে হাযদববা ! লাইরেন মৈতিংঙু থোংনাং ময়ম্বনা খল্লাংবা পনলোন, ইবেং পুপানলোনগী চীংঙু লাইরূপ পুন্নমাবু খোইমোম লাইফম হাংহনলবদ মম্মু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং খায়বা খোইমোম শংশঙ মহিকশং সনা পুমতাকোনবু য়ৈথাইরে। চীংঙু লাইফম হাঙনা খোইমোম লাইফম থুগাইরে হায়দবরা ? অতিংঙা কোয়ৌ নোংলোম্বক্কা চীংঙু তাইবং খায়বনা নম্ম নীরোন খোক্কা পাউমেল্লময়ে। খোইমোম ঐস্নুং তোইবি মাম্নুং কুয়াউবা লম্মরক্কী চেংলৌ শংন। মদোম লেংবহুগুম্ববু খোইমোম ঐসুং লেম্মা মাঙলোইদবনে। পোইরৈ লৈপাক পুন্নমাগী থাংঙা য়ুম্বুম চঙনা খোরবা নীয়োগে কোংগোই লাংশেমগে হায়না পাউমেল্লবগা শেনবি তেখাউলমবু ইন্দানখিরে হায়দবরা। লাংহৈ কুমপুম ও শুখিংবদা পোইরৈ সনাপুঙদা হলরাইখিবরগা মদাইরেম মোইরাং লনহাম্ববু চেংলৌ শকউনরবদা খোইমোম লাইরিংথৌদি পোইরৈ য়ুমক-চঙনা খোয়বা নীরোলকলে। রাংঙম অপকম। পুন্নমাদি অনা লাইথুং য়ামা পোইরৈ

মীশি ত্তোয়রে। পোইরৈ কুমশিং য়াম্না খোইমোম লাওগী খুংতম অরোনববু য়ামশিন্নকলে। তুবি সনা য়োইকোনস্মুংদস্মুং থাম্বী মৈপোক-খোক মালেম লৈকম হুন্না ওইনরকলে। অাথাবা ফম্বীরেন্দা গুরু খামীচি অথোইবনা * সনখা মঙম তৌরিঙৈ ভাউজিং হয়শোয় থাঙবু লংথরকয়ে। কোরৌ শঙ্গা·স্নুংদস্মুং তরা চানমথিবু চামলৌ লা-না-য়োম্না মালেম লৈকম হুম্না কেনথরকয়ে। তরা নূকতং লাঙলিঙৈদস্মুং শারেন থাংজি মিতম মাগা ইমু খিকফেন চাইথরকয়ে। অাথারা ফমবি পূম্নমাদস্মুং থাম্বী মৈপোক খোকহল্লে। লাইরেন মপারী চীংখোং য়াইমবস্মুং চীংঙু মতিক খঙহনগে হায়না খোয়ব লীরৌ চঙলবগী ফকলোং চরাই কোনশুম মখোং কোরৌ নোংবু পাংববু হনথদনা অনা লাইপোৎ ফারে। য়োইবু কংলৈ নৈতৈ লৈমস্মুং হয়রাং মচায়ান তাউজিং মরু পনলিঙৈ খোইমোম খোয়বা লীরৌ-রাগী † হেরাউননা না-ফংলে। নাকোং থোঙজাউরেন্দস্মুং শরীক থীং-থীংকোন মোইবুং খিনকামখোন রাংলেন পুঙখংখোন য়িরোক য়িরাউ খোনগবু নাওারবগী মদাইরেম নিংথৌ মমাইবা মোইরাং ললহাম্বু অনা খুংতম য়েংহনবদা খোইমোম লাইগী খুংতম ওস্নোকপা অহুবু লাইরেন সনামখোং-থাদা পাউদমলরবগী তুবি কলহৌনীক লাইরেন থাঙশাপাম্না পাউহংলকয়ে। চীংঙু লাইগী খুংতম অরেম্না মহাকনে হায়রবদি নঙনা মত্তৌ করম ত্তৌনা ফহনগবা। অনা থুনা লাইকোকহনলো হায়না লাইরেন য়াইখি কলহৌ নীরু। পাউহংলবদা হোইদা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও! তুবি সনা নম্নাথংগী য়াথং মতুং ইন্না নিংথৌ মাংওই থানা চঙলক্লবদা নমু খোইমোম লাইয়িংথৌ তাইবং নমু শংশঙ লোনদিনবনা নদাইরেম ঐগী নাকোং থোঙজাউরেন্দা মালং অহুম-পাউশুম রাহন্নবদা খোইবু রাঙ্গোই মকাইকমগী চীংঙু থৌহু মথুনেং চেংজা মকাইকমবু থৌহু খুঙম হোংনা ইনথুরববু তুবি সনা য়োইকোনস্মুংবু তান্না পুখংপিরুরবদি

* সনখা মঙম তৌরিঙৈ = নুমিদাংরাইগী লাই থুরুমলিঙৈ।

† হেরাউননা না ফংলে = নাহেবগা লোয়ননা অনাবা য়োনা নানরে।

ফঙেনে হায়বম্লয়ে হায়না খোইমোম লাইপাউ তম্লবদা ভয়ম কোলোয় নযাথং অসিবু থাজহিরোইয়ে হায়না গুরু খামিচী খোইখোইববু খোইয়ুম লাইগী থুংতম য়েংহনগে হায়না য়াঙন। পাউকৌরবগী তুবি সনা য়োইকোনম্নুংদা রায়থুংলবদা খামীচি গুরু অখোইবও! লিক্লাই ইপারীস্নুং য়োইবু ইশানৌস্নুং অন। লাইপোং ফারব্রবগী মিংয়েং শানখৈহনগে হাযনা পাউকৌবনে হাযনা পাউমেম্লনিঙৈদা চীংঙু খোইমোম লাইয়ি থৌনা অতিংঙা কোয়ৌ নোংলাংপান্দা চীংঙু মকাই মুংঙনবা মালং চয়রোয়নন লাউথরক্লবগী গুরু খামীচি অখোইবন চুপলেন নাবু যুংনা পাউহংলকয়ে। লাইরেন শেপোক ইপরী বৈশনোপ খোংনাং ময়াম্ব-ও! কোয়ৌ নোংলোনথক্তা খোইমোম য়াব্রা খোঙ্গেল খোরা পাউমেল্লবা অসিবু থমলাং নপালাই ইরেং নপুলাই করম্বনে? চীংঙু কোলোয় মমিংথোংস্নুং করিবু কৌবনো হায়না পাউহংববু লাইরেন মৈথিংচুনা ইদাইরেম মোইরাং ললহামব-ও! খামিচী সনা মখোং খাদা খোইমোম কোলোয মমিংলেনবু থঙহলও হায়না পাউমেন রাগী মোইরা ললহাম্বন খোইমোম লাইমিং থঙহনলুরবদা শাস্ত ত,শা মহনতা খোইখোইবনা শমু মখুৎ লোন্না তাংজা কোক্তা-হাপ মচিন রাম বান শোয় পাউমেল্লকয়ে। লতান বৈশনোপ ঐগী ফম্বীংন শিলোট মপুংযাইদস্নুং কোবৌ নোংলাংপান্দা য়াব্রা খোঙ্গেল খোক্লা পাউমেল্লায়ে। শংনতা-তাশা মহনতা বৈরাইগী লমংবাইবও! হাউবৈ নোংপোকল। পাংবরম পোইরৈ সনা লৈবাক্তা চৎচেমসে হায়না পাউমেললববু হোইদা খোইমোম! চেংলো শকতুস্নুং উদংবু হুম্নু ঐবু ইয়াই কা হনব ইয়েং চনলে। চীঙলেন অঙম কানা য়িরোক লাইচম লানঙম্লরোইয়ে হায়না * রাকনববু রাকনফদবগী পোইরৈ নপুঙয়াইদা ইন্দাল্লকয়ে। খোইমোম য়াব্রা নখোঙ্গেল অসিবু শিলোট ইপুংয়াই আখাব্লা কম্বিরেনগী কোয়ৌ নোংলাংপান্দা লাপ্ল, পাউমেল্লবা য়ার। খোঙ্গেললেন অহুনে। চীংঙু নহিক অরুবা * মহা বিস্নুনু খোইখোইবা

---

* রাকনববু = রা থক্তোকপবু। * মহা-বিস্নুনু = মহাবিষ্ণু।

আনাদি আদি পুরুষ অহানবা য়াম্বা খোনজেল লেম্না চেংলৌ শকথোং ওইনা চোংথোকলগে হায়বগীবু খোইমোম কোলোয় মমিংথোংবু অহানবও তৌনা কৌয়ে। চৌংঙু মগান অচৌবনে। খোইমোম লাইকম শেম্ন চৌংঙু খুভম য়াশে হায়না পাউমেনখোনবু নাতারবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা অশাইতৈগী মদাইবেম মোইরাং ললহাম্বা কোলোয় মপাউমেনবু রাকাউদন তুবি রাকয়ে মখুৎমেৎ তোংচেং শামুরোকপনা খোইমোম খৌছু মখুনেৎপু লৌকবখগা তোংচেং * হিচাকাং মাঙপা ফকলোং * চরাই খননা রাইথুংলখদা লাইরেন মপাবীম্নুং মালেম তমপাক লয়ত-তারে। মপন মৈতৈ লৈমম্নুং অন লাইকোকলে হায়দবব! লাইরেন মৈতিংঙুন চৌংঙু মতিক অরুববু খঙলবগী ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী চৌ ঙু লাইকম শেমহৌগে হায়বগী পোইরৈ লৈখাক কোয়ব, পুম্না তিন গুরু শ্বামিচী য়াউবা আচার লমচৎ রামান্দি ধরম অথোইবম্নুং খাদাতুন ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌবু শকথোং শংশঙ লেপ কোবৌ অমরক লংশাহৌসে হায়রন, সংকলপা রাশরুগে হায়বগী হুমালেন মঙম-হৌ আগর চন্দোল শিঙওইননা খনখোম য়িয়াইহুংগী য়িশেং থোইববু তুবি শমু খুৎতা লোনা লাইরেন ঐদি অসি কোরৌ মুনিংমখৈগী গুরু শ্বামিচী মপাউতাক রাম নাম অথোইববু নত্তনা খম্লাং পাপনলাই ইরেং পুপানলাইবু নীঙলরোই হায়না লাইরেন শমু মখুৎশনা য়িশেং থোইববু তমলেন খাম্বী মৈম্নুংদা হৈজিনলবনা মদাইবেম পোইরৈ লৈখাক পুম্নমাদি রারম হৌনবকপা খোইমোম উদবা মিংলেন চাউখিদরবগী পুক্লিং অরা-চঙ মিংলেন উর্নাব ফত্ত-মাঙনা লৈরিঙৈদা খোইমোম লাইয়িংথৌ চোয়নৌ সনা চৌতোংলেন খোয়দোংশং মনিকলেন য়ায়বং লৌখিং তেনহৈবনা য়াইবী মমুং তৌনা অরাং নেংমদোনগী কোরৌ নোংশীজঙবু কেনখরুবদা লাইবেন মৈতিংঙুগী লাংলেন তাংতনববু চোংথোরুবু শম্না ফুবা লাইয়িম নাকী তলা উমিৎ লোইনা মহয় শাশম পুবা খৈবোং মুংজানবুবু পামেন তনখাই লৌনা তনখাইবে। পোইরৈ

* হিচাকাং = তিজখাং = হিথাংফম। * চরাই = ফক।

লৈবাক পূম্নমাদি ৱায়রা। ভেম্বাখোম্না মালেম লমচৎপাক চোইতাইতুরিঙৈ থাম্বী মৈরিক চোংথোকপনা চৈরে ফিরাম চাল্লবু গুরু শ্বামিচী খোই-খোইবনা মংগোন শেনফু হুংগী লাইঙ্গা খিকফেন চাইনা থাম্বী মৈবূ মুৎতময়ে। লাইরেন মৈতিংঙ্দি উনবি পুকনিং ঙক্রা। কোলোয় শঙ্গাই চঙখিয়ে। গুরু শ্বামিচীহুং মর'ন ফমগুমখিরে। তুবি পায়মা উনকোয়-হুংদা অসাইভৈগী খে'ইমোম খুংতম মতৌ ওনথোকপ। নোংথি চীংলুন হৌদনা চীংঙ্ থাকপ। মতেনচাবু যেনথরকপা অসিবু ইযু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ্ তাইবং থায়বা নহাকী খোইমোম লাইগী খুংতম অবেপ্পা মহাকপু ওইরবদি শংশঙ চেংলৌ শকউননা পাউমেংসে হায়না সনা ফম্না'চান্দা যাতাখিববু খোমলেন তুমকন তানলিঙৈ চীংঙ্ মৈবী হানভোংবা খোইমোম য়'ত্তবী হুমজাউবদি চৈরে ফিভৌ-শেৎ সন' মহিকশা'বু রাহো' তুরৈ চৃপান লা'পে'ই শগোল অঙৌববু খো'ওইনন কোনালোই শংগাইদুংদা ফূজিল্লকলবগী খোইমে'ম শউমখো'নবু তাঙমদন; য়োইহৈ থাম্বী মৈরীংবী শরি হয়া-রা। খোম্পোক মিপাই লাইথংননা পাউথোক্লবগী লাইরেন মৈতিঙ্দি সনা কাংখম্নংগী থাঙলেন খুন্তা শ, য়ান্না খোনলাউনা চোংথোক্লবদা লা'গোই শয়াংথক্কগী খোইমোম শংশঙ মহীকশাংবু চেংলৌ শকউনরবগী লাইবেন মৈতিংঙ্ন' মালেম লয়দা তুনা পুরুমজন্নবদা ইয় খোইমোম লাইয়িংথৌ-ও! নংগী চীংঙ্ নত্তিক অরুববু শংশঙ তাঙনা থঙলে। তৌয়িঙম রামান্দি ধরম। অথোইববু হুনলানঙম্নরোইয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ নংবুহুং হায়ন, বামোন লাইওইববু শংলৌ মেরায়দনা ইরাং পুরুমজববু হোইয়, বিদে হায়না পাউমেনজববু চীংঙ্ তাইবং থায়বনা নাতারবগী ইনোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্ও! ওরা চাপুন'মা তাউজিং হৈপুম'মা শীঙলেন লৈপুম অমম্ভবু ওইরবহুং * উনবি পুব-পিনা কৎচরবদি

নোং মংদনা অথাক অরাউ নোংমৈ শীজং তারকপা অসিবু।

* উনবি পুক পিনা=পুক্লিং লম্নতান', পেম্না।

খোইমোম পুকনিং-পেন হরাউমথৈ লৈত্তনা য়াজবৈঙনে হায়না খোইমোম পাউথুমখোনবু ভারবগী মৈত্তিংঙুনা হরাউ পুক্নিং মতোন চোংন, হরাউরে। চীংঙ্ ভাইব খায়বস্তুং মালং যেনচি খোইনা থমকোন নোংলৈ ওইখিরে হায়দবরা! ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌবু সন। শঙ্গাইন্নুংদা ভন্না চৈরে ফিঙৌথন শিংলেন লৈয়াম হাপ্পা খোইমোম লাইযম য়ৌবদা হয়েং কৌবা মনোংশোইবদা য়োইবু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমস্তুং শেনবি পাইখু লাম্বাবিও! ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ মত্তিক ঙমফদবা চীংঙ্ ভাইবং থায়বা অসিবু খোইমোম লাইফম য়ানা চীংঙ্ শংশঙ লেপ্পববু শংলৌ করম খৌরাংশিবনো হায়না রাভা-নরবদা য়োইবু মশানৌন। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌও! তুবি সনা নয়াথং অসিবু য়াথং অরেপ্পা মহাকপু ওইংবদি লহানোংগী খোইমোম শংশঙ মহিকশাংবু য়োইবু নশানৌ ঐনা য়ারা পুকচাউন্নুংদা হাপ্পা লমলেন লিনতু লৌখোং পাং পুখ্রি লাইজা ইয়োক কোমগী চীংঙ্ লাইকোনম্নুংদা লোংনা রারী লিয়ে হায়না পাউভাক্লবদা য়োইবু ইশানৌও! নঙদি পায়মা করম লৌশিং থোইবনো হায়ন লাইজা ইয়োককোমগী খোইমোম শংশঙ মহিকশাংবু লৌখৎলুরবদ৷ লহাম্নোং মুংথং লুরোই থানা য়ৈথাইনোংগী চীংঙ্ সনা মহীকশাংবু শেমহৌরবগা ময়িম খোইমোম লাইয়িংথৌন। লাইরেন খোমলেন মঙলানচান্দ। ইনোংয়াই লাইরেন মৈত্তিংঙ্ নঙনা চীংঙ্ লঙজ ইতিক লৈতনা ভালোই ইতুখোম ভয়ম ইম্না লৌরে। খোইমোম ঐবু চীংঙ্ লাইফম শেম্না কৌবা লাকথোং কাহৌগে হায়রবদি তুবি নঙগী য়োইহে লেংনা তিনবিরক্তো রাকচীং লৌকোইহল্লিবী মাইচৌ নোংপাললোন অঙৌবা চন্নুনচিংনা ভালোয় নতূ-খায় ভয়ম নাইথাইবিও হায়না পাউমেল্লবদা লাইরেন খোমলেন মিকপ থোক্লক্লবগা কৌবা ইন্নুং শোয়রবদা হেপি থংদা নোংপাললোন পায়মা মুংজংবিনা য়োইহে ফমণুপ ৫ মাদগ৷ চেংলৌ শককোয় হেনবীশিংগা মদাইরেম লাইফম শঙলেন মনিল নাইবদগী লোঈয়ুম রাংঙম থরীবা নাক্তা ফানজাউবগা থাফম শঙলেনম্নাইগী অতোন নোংয়াই নাহা লুরাং

লাইশালাকপগা লোইনাই অহল্লুপ শঙগী লোইয়ম নোংমাই নঙ্গা মুংমাং হাউবিজাম-চাগা লোইনাই নাহারুপ শঙগী কেগে মোইরাম্বাংচা তারা ময়াইথুবগা মখোই ৪ মানাচিংবা মৈতিংঙু মদাইয়েম খৈন্দা নাইক্কা থোঙখৈবগী লীচৈ তারান লোংদংগা ওয়ম নাইয়াম থামনা ময়ম তোম্লোং লম্মহন্দা কোনলোই শঙ্গাই-শা খোইমোম লাইকংলাবু ওয়না শেম্মা তৌখঙলবদা লাইরেন মৈতিংঙনা তুবি সনা য়োইকোনম্নংগী ফুলাই লেংজাউথক্কা চৌংঙু মতৌ মনাউবু সনা চোঙলেন লাংগেংই মরী-শিন ফিরান লমহাইনবা কামার নোংমৈ খোঞ্জেনচাউ পোইরৈ পুম্ম তিন রাংঙম পুম্ম-হুপ য়োইহে থোংফাং-লেং রাংলেন মরাঙংহৌ তোম্লো লম্মহনগী চৌংঙু লাইকং লাদা রায়থুংলবদা * কৃশন কেশোপ লংইওনবব † পূচা ইরাংবনা য়োইনা থৌখম্নরে হায়দবর ! নোংমাই লাইরেন মৈতিংঙুন খোইমোম সনা মখোংখাদা মুকমু লৈতোন কোম্না পুকমজ্জখিরে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ-ও ! নদাইরেম খুনক ১০ তাবনা খোযব মচীন-তুম শায়ব। ময়া শানা লোইবি মুংকয়রব অসিবু হেম্বা মপুংতাক লোইবি মরাই কায়নববু য়োন্দনা লনকুখিয়ো। মরীং লমলোং খুমকং ’মাবু খোইমোম সনা নখোংখাদা লোইকাহনগে হায়না লনকুজংবদা লাইরেন মৈতিংঙুগা হুয়েন লানলোইনবা মরীং খুনবিরোক চাখ য়াবিগোক খুনবি চৌংদা কানা পম্থেংখবদি মরীং মরাই কায়রে, মরান থুমবি মৈমাংচন হুয়েন য়াইশিং মৃৎনা পম্থেংলে। অহানেংগীবু মৈতিংঙু থোংনাং ময়াম্ব হুয়েন লানলোইনবা চাখা মরীংঙম্ব। খুনবি নোংচেং খুনলাকপ, মাইরং য়াইশ্বরবু কায়না হুনব। লাইয়ি থৌ-ও তৌনা কোয়ে হায়দবরা ! খোইমোম লাইয়িংথৌ চৌংঙু নয়া লীচৎতবা নঙনা নোংমাই লাইরেন মৈতিংঙু গরিবনিৱাজ নোংপোক রায়রং পামহৈবনা চৌংঙু রাম নামুংববু ‡ থিয়ান পুক্লিং লেপ্পা কোয়ো লনশারিজৈদা নমু শংশঙ মিরেন থোক্কা পাউমেল্লায়ে।

---

* কৃশনা কেশোপ = কৃষ্ণকেশব। † পূচা পূজা। ‡ থিয়ান পুক্লিং লেপ্পা = পুক্লিং চপ য়ুংনা ধ্যান তৌনা। পুক্লিং চপ য়ুংনা অরাংবা কোয়ো থক্কী লাইবু নিংজিজৈদা। তাইবং মীগী শব ওং ওইনা থোক্তুনা য়ার খোঞ্জেল থোকনা তাকপিরে।

ইনোংম্নাই লাইরেন মৈত্তিংঙু-ও! হিদাক পাইপুশঙদগী পাই পুহনবা তেংমায় থিনবা ঙাংঙোই খোইনাই য়িমখংবা মনোংয়াই লোইয়ম মায়তেক ঙাংঙোম্ববু ওয়ম ইনাই ওইগে হায়না পাউমেল্লববু নাত্তারবগী লাইরেন মৈত্তিংঙুনা খিয়ান পুক্লিং তোক্লবদা নদাইরেম য়োইহৈ খোখনলোই নাকথং ইরুম্বীশিংদা ম্নাঙনা পাউহমলকয়ে। হৌজিক তুবি ইমাঙ শংশঙবদা কোলোয় ম্লাথং খোক্লা পাউমেল্লম্ব। অদুবু কনানো? চেংলৌ নংখোইবু শকথঙলোবয়। হায়না পাউহংবনু নাত্তারবদা নদাইরেম ইখোয়দি চেংলৌ মশকাত্তোনম্নুং উরৌদে। য়াম্না মখোঞ্জেলম্নুং নাত্তারোদে হায়না পাউমেল্লবদা লাইরেন পারম্না উনকোয়ম্নুংদা নীঙখনখিয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ চৌংঙু তাইবং থায়ববু নায়ীহৈনে হায়না মদাইরেম হিদাক পাইপুহনবা মায়ত্তেক ঙাংঙোম্ববু শাগৈ মচেং পাচামশিংগা খোইমোম সনা মখোংথাদা ওয়ম নাইথাইবিয়ে হায়দবরা! পোইরৈ তাম্থোং ময়ুংকুই রাংচম লেমখোং মখৈপাক মুংঙাই মরাং কায়ন পানফরবদা পোইরৈ সনা পুংবু হিনতু আচান লমচৎ-হাপ ক্ষেত্রি বংশ শাথৈ লেপ্লবদা মাগী ফম্বিরেন শিলোট মপুংয়াইদা হলরাই-খিম্নিহৈদ গুরু শ্বামীচি অখোইবগী ফম্বি ঙাকলোব ভগবানদাস, নারান-দাস লমনোইবা ২ মানা পোইরৈ লৈবাক পুম্ন তিল্লি-হৈদা লাইরেম সনা মখোংথাদা য়াহমলকয়ে। লাইরেন মৈত্তিংঙু খোংনাং ময়াম্বও! নয়ু খোইমোম লাইকম য়ারবদি রামান্দি ধরম অরুবা অসিবু কায়খিরহৈনে হায়না পাউমেন খোমগী নাত্তারবগী লাইরেন মৈত্তিংঙুদি খোইয়ুম নোংদমখোন অয়োনবনা লমখোই ময়াথংগীবু য়াম্না মতমম্নুংগী লমচৌরকপা। ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌবু চৌংঙু লাইকম মাঙনা খোইমোম লাইকম চাইথাইরবদা য়োইবু কংলে পিমাবি পাইথু লাম্ভাদিনা লাইরেন মশাবিবু শাম্ভাক্তন খোইমোম সনা মহিকশাবু য়াম্না পুকচাউম্নুংদা হাপ্ল। শিম্নৌ লশিংকৈগী কয়মা, য়াংদৈম্নুংদা য়ায়ীরবগী খোইমোম য়াইবি কলাঙৌনীক্ল ভুবি সনা শংগাইম্নুংদা মলহৈগুম হুন * থাঙলাবু য়াংলমদা

* থাঙলাবু থাংঙবু।

য়ুমজাউ থাম্বি মৈপোক থোক্লা খোইমোম অরোন থুংতম তক্লববু শানকোং-লবগী শিলোট মপুংয়াইদা লৈরিবা শানতাদাস মহন্তা গুরু স্বামিচা অখোইবগী * থারোন লাইমিং অরাবন। উরবদা য়াঙনা পোইরৈ সনাপুংদা হলব্রাইরক্লবদা লাইরেন মৈতিংঙ্না গুরু সনা মখোংখাদা খোইমোম লাইকম চাইথাইরবরাগী পাউদমখোমবু নাত্তারবদা বৈশনোপ য়াইবিমক্লং-হৌ তিল্লাং মখোয়-শাউ য়াথং মরী থীম্না রাহম্নকয়ে। চীংঙ্ মালেম লৈশেমবা খোইমোম কোয়রৌ নোংদম্বনে, মাঙকারাইয়ে হায়বগী চীংঙ্ লাইকম-শেম খোইমোম লাইকম য়ানা থম্লম্ববু লম্বোই নরমচংপু নঙ্ঙনা চীংঙ্ লাইকম হাঙহল্লমরে হায়না * ককপান তাশা † নারান তাশ। ২ মাবু পোইরৈ সনাপুং অসিদা লৈহল্লরোই হায়না তানথোক্লবদা লাইরেন সেবোক মপারীদ। চীংঙ্ লাইকম শেম্মা য়াহৌসে হায়রবগী লাইরেন মৈতিংঙ্না তুবি সনা য়োইকোনম্নুংদা চৈরৈ ফিঙৌ-থন খোইমোম লাইকমশেম শিঙলেন লৈয়াম হুন্ন। য়াহৌরবগী মদাইরেম মোইরাং ললহাম্ববু পাউকৌথংলে! তয়ম নঙবু চীংঙ্ য়া-নব। খোইমোম থংববু ওইয়ো হায়না চীংঙ্ লাইকম য়াববু শনু খুংশিন্নরবদা মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বন। মরান অরামেয়াংব। য়ুমদা চৈবৈ ফিঙৌখন শিঙলেন লৈয়াম হুন্না খোইমোম লাইকম য়াক্লরে হায়দবরা! লাইরেন মৈতিংঙ্না য়োইবু ইশানৌ কংলে মৈতৈ লৈমাবা-ও! ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী শকথোং হকশাং হয়নববু শংলৌ করম থৌরাং শিবনো হায়না রাজমখোনবু নাত্তারবদা য়োইব মশানৌন। লাইরেন কোয়রৌ ইনোংথৌ-ও! তুবি সনা নয়াথং অসিব য়াথং অরেম্না মহাকপু ওইরবদি তুবি সনা মহিকশাংদি য়োইবু নশানৌ ঐনা য়ারা পুকচাউম্নুংদা হাপ্পা কয়-মা রাংদৈম্নুং শিনৌ লশিং কয়দা শানথুপলিয়ে হায়না লৌখোকলুরবদা লাইরেন মৈতিংঙ্না চেংলৌ মিংথিংলবগী য়োইবু ইশানৌ নঙদি পায়মা লৌশিং-থোই উনবি মচাক

---

* থারোন লাইমিং অরাবা=লাপ্পা য়েংবা মিংয়েংনা উরবদা।

* ককপান তাশা=ভগবানদাস, † নারান তাশা=নারানদাস।

ছোমরে হায়না থৌজাল পাউমেল্লরবদা তৌয়িশুম ইয়ু খোইমোম লাইয়িং-থৌগী চেংলৌ শকফম মহিকশাং অসিদি লঙজ চৈজেন নংয়ামমরে। খোইমোম শকথোং মহিকশাংবু মালেম লৈরু মকম তৌনা অমরক হয়হৌসে। পোইরৈ লৈবাক পুন্নমকপু শমু খুংথুমচন্না মালেম লৈবাক ভাকপা খোইমোম লাইয়িংথৌনে। য়াইফ মহয় পান্নবা থাংভা য়িমবৃরেন ফাঙদনা তরেং শেনখায়হল্লো হায়না রাহয়বদা লাইরেন মৈতিংঙন্না মদাইরেম মোইরাং ললহাম্ন। মরানয়াই মরম তেংল্লোং লম্নহনগী তুলাই লেংজাউথক্ত সনা চোঙলেন খান খাঙলেন য়োংথৌকান লাংগোই মরী-শিন ফিরান লমহাই-নাই রাংলেন মরাঙ-হৌ তরেং শেনফাং-য়ৈ পেরে শিঙ্গা :খাঙ্গেলচাউ, থোপথি রাকতং খোং কংল পুংদোং-য়ৈ খাবী লেংনা ফাং অমাই নাকলে শীন চামলৌ লমকালোই লোইমোম ফৌগ-পোক তরা মায়পানবু ফাম্ন-ডন মোইবুং থিনকামনা শরিক নেংদম খীঙনা লানলোই লমদাংশিং থোঙলেন ময়ায়-ভাম্না তুবি সনা য়োইকোনন্নুংদা পাউথেম-খংলক্রে। চেংলৈ পামংথোং তুনি লৌকুম্নম লমবু লৌভারাই লয়ন্নুঙ থাঙখা লৌতম্বি শীঙজা লৌতমরাইবু নাইতৈননা ইরেং থাংহৎ-রা ইয়ভাং মেনমপেংক চীংঙ লাঙাং পানলেংয়রোদা খোইমোম কুপ্লুম-কুপ চীংঙ ভান্দুম ভাম্না রাযথুংলে। খোইমোম লাইয়িংথৌদি চীংঙ লৈকংলা খোইমোম লয়কুচু অরা লালু কৌ হুয়েন তরাম্নং ফান-পুং চীংঙ য়োই-কোনন্নুংদা য়াচংলে। খোইমোম সনা ফম্বালদাং নিংথিবা, নোংশা খাংনৈবা থক্ত চীংঙ লংদুম-লং খোইমোম কুপ্লুম-কুপ্না ফম্ফম্নে হায়দবনা? খোইমোম লাইয়িংথৌ লিক্লাই নিংথৌ অরাং কাংলৌ লৈমথোম্বনা মনোংবাই খোইমোম লাইয়িংথৌ থোংনাং ময়াম্বদা পাউমেল্লুয়ে। চীংঙ ত্রেগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নং লেপ্পানথোংবু মালেম লয়রু মকমতৌ খোইরু মিতম লাক্লা শানশেমবিগে হায়রবদি লাইরেন ইনো য়াই নঙগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নং লেপ্পানথোং কোরি নাপোমথোং চিনবাল মোইকাই-য়াৎ খজাই নাকলৌ-শেম চেংলৌ শাক্কাইথোং পিশুম

পাকোইলম লাইবক খেনলাই-তা নাপ্প কোনখোক্রম লুরাই কোযবেনথক শমখোং চারন-লম শমু লেংয়ান তা শয়েং নত্তানপোম থবাক লেংয়ানলম খৌরী ঙক্কোই-তা য়াঙলেন লৈকারম খুরাং পমশিতা পুক শিন চইথাপলম শিনকোয়মুং নাকোইরম কৈবুম (কৈবোম) তানপুন-লম খুকলু তাংকোই-থোং খুবোম থাংখোংলম খুমিং খুনম-তা খুজিন মোইফাংলম খুনিং মোইদোন-তা খুয়। লৈখাঙলম্বু তুবি নঙগা শোয়ন-দা খোইমোম ঐগা হেন্নদনা শামশেন্বিও! খোইমোম ইশানৌ কাচেং নোংথা লৈমবুম্নং নোংয়াই পোইরৈ মৈতৈ লৈমা শেনবি পাইখুলাম্বাবিগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেপ্পানখোংবু শোয়নদনা লৈরায়বিও হায়না পাউমেনরাগী লাইরেন মৈদিংঙু নোংপোক রাম্নরং পামহৈবনা মদাইরেম খোইনিং শেনলোই নাইবু মালেম লয়রূ মফম-তৌ খোইরু মিতয়্রাক সন. কেনফু হয়না লাইরেন চেংলৌ শকপানখোং য়োইবু পুন্নুং লেপ্পানখোংবু শোয়নদনা শাচুরিঙেদ লাইরেন মৈত্তিংঙুগী য়োইহৈ তানলোই অপাম্বী য়োইরুম অহোঙবি থৌকানাউ কৌবরোন মাইমু থোংজাউশংগা অনিমাদি মপারী শাংত মমোম ফুইদনা থিকালেন লৈখোং-হৌ য়ারা খোমলিং-কান খোমলাং তাম্জিন য়িনঙথরকয়ে। খোইমোম লাই খুংতম মতৌ ওন্থোকপবু শানফোংহন্নবগী লাইরেন মৈদিংঙুন তুবি পারমা উনকোয়নুংদ নিঙথনখিয়ে। ইয় খোইমোম লাইয়িংথৈ চৌংঙু তাইবং খায়বনা পলেম পিথাংশিন্না খেয়না নাউবোই কা-নগে হায়বগী তৌশিক্করঙেনে হাযন খোইমোম সনা মখোঙ-খাদা য়োইনা থৌখন্নহল্লে হায়দবরা? লহায়্রোংগী চৌংঙু থৌতু মথুনেং খোইমোম চেংজা মকাইফপ্প অনৌবা চোয়নৌ সনা পূম্ন-লূপ্না লমলেন নোংয়াই কৈশাংখোংদা থৌতু লেপ্পাযুং চেংজা লেপ্প-খিনলবদ খোইমোম লাইশঙ মথোন-তয় তরেং শেনকোয় য়িমকুপ্প তৌখঙলবদা লাইরেন মৈত্তিংঙুনা মদাইরেম কেগে মোইরাম্বচা লায়না মাইথংবনচিংনা নমু পোংবুন ১০ মাবু তুবি কয়রেন মথুংকাদগী খায়না তরেং শেন্দাম্নগুনো হায়না খোইমোম সনা মখোঙ-খাদা লনকুজরময়ে। লাইরেন মরান

গুম্ফোরক্লবগা গুরু খামিচী শান্তদাস মহন্ত থেংইখোইবনা খোইমোম লাইয়িংথৌবু * চিপানাম্বু মঙম তৌনা † নোকুন গুককোয় হাপ্লে। ব্রাহ্মোন লাইগুইনববু কোরৌ নোংদামদনা পুজা ইরাংহনলে হায়দবরা ?

নোংয়াই লাইরেন মৈতিংগু থোংনাং ময়াম্বগী খোমলেন মঙসনা মঙপুনসিদা শেলোই চীং লংমাই লংব চীং মঙন তরং রাংব। চীংগী শেংলোই সনা চীংদোলালেনগা ময় খোইমোম লাইয়িংথৌ, চীংগু তাইবং থায়বগা * কোনলোয় মশংগাই চীংগু মরাকথোংগা শম্না অনা খোংলেন শাবা খোংলেন পানপাই হাওদব কাউখং মরীন লোমদববু মনোংয়াই লাইরেন মৈতিংগুনা লহাননোং চীংগু লাইফম মাংহনব নারানদাস লমবোইবগী চীংগু মনাই পুম্নমাম্বুং লাঙ্গোন্দ তকং ইনথোনলেন পুম্নমাগা নমু মীওইবনদি লম্বোই মরন লৌইহ্নদে। খোইমোম সন মখোং থাদা লনকুজরময়ে হায়দবরা! অত্তম্বুং মদোমদে। খোইমোম লাইয়িংথৌন তাইব শংশঙ থায়না লাইবেন মৈতিংগুদা পাউমেল্লয়ে। ইশানৈ খোইমোম লাইরেম্ম খোইরা লিনফু মশাগী অমম মথৈ লৈতবা চেংলৌ মিংথোং থিংবদগী কুমজিং থিগোক লিরোংনা চিংথৈ লৈনা পান্দমগুম তংং লাইজা য়িংবোয়ননা কুপফেৎ তগুপ্রকপদা মপোক খোইরা য়ানা হৌরকপি কোরৌ নোংথোং মতোললোম্না মালেম লয়রোন ফাউবি মপাম শেলোইচীং লংমাই তগুপ পোইরৈচীং শেনজিং চীংমুংপোক ওকয়াই লমনামুং থম্বা তংগেভবা শিচিং চীং অঙৌবা চেংতা মুংগোইবি শেলোই য়াইকোনমুং লংমাই য়ারেন মুংখোংবি নোংকান চীং–মাংতোনগী য়িমলেম কারেন অহুম্মক্ত। লুবাং লংমাইবনা য়িম্মাং কারেন-থং অঙৌবা পুরৈরোম্বনা য়িমনিং কাহেন-থং চীংলংবা অপানবা শেন্ত্রেং লাইয়িংথৌনা পরিঙ কারনয়ুং য়িমলেন কাহনয়ায়দ শমু খুৎথুমচম্না মথৌ তোমথৌ থবা-চীং শেলোই উচানপোক লংমাই ফিশাফম থাঙথোক থুবেন-চীং মেনথ য়াইথু-চীং খোইমোম লাইলান-চীং শেলোই

চিপানাম্বু - জীবন্যাস, থরাই হাপ্পা। † নোকুন=লুগুণ। * কোনলোয় শঙ্গায়।

লয়কু চিন ফুচিক অচনবা চীংঙ্. নোংপোক-মপান্বী থাবা উনলেনপিজাবু মাইথনবনা য়াতাচীংবু পূম্না চন্না অছেনববে । শেলোই হুইচারিক হুইনিংনোং নীংনাং নিংশারিক অপিক্তনা চীংথোং য়াকৈ নিংথৌচম্মু শামো কাচেং নোংথাং লৈমবু মরান-মুহোং থোংথোংবি—ও ! অওং অউব-কয়কন শেলুং শনশেন নাউরোই অপকমা পূম্নমাবু মশীঙ শুনা লনউনবিও। তমফ। ইশানৌসুং চীংগী মচা লাইরেম্বা সনা চিংচরোইবিও হায়না মিংথোংবিও। অসুম পাউমৈনখোনগী লাইরেম মৈতিংঙ্ন। মযু খোইমোম লাইয়িংথৌগী সনা ময়াথংগী লমলেন শেলোই মদাইমা ভাংজা লিনগীদি লিমগাপোক অঙৌব। লিলা শোংদবন ভাংজা থারোন নীরু। য়াকাখোং লংমাই ভিংগা য়িশোকথেন শেলোই খোইনিং খুনগী লমগা হৌনা খোইমোম লাইয়িং— থোগ। য়োইবু মশানৌ তমফ। চিংজরোইবিগা খোইমোম মতৈ মনাউবু সনা ডুলাই লেংজাউথক্তা নমু পোংবুম ৮ দি শমু খোংওইননা নমু পোংবুম ৪ মাদি শমু খোংওইননা সনা চোঙলেন—খান থাঙলেন য়োংয়ৌকান লাংগোই মরী-শিন পুংজাউ, পেরে, মোইবুং, শিঙ্গা মনিল্লাই খোইমোম মিংলেনশক ডুলাই লেংজাউ থক্তুদা * পিনা সুংঙম-খোন বাকমা মক্তমপান-শিংবা খোইমোম লিরোং নাতৈশক হেপলি মতাই থিনা তেরানলকয়ে। খোইমোম লনউনপোং ভাইবং কোমুজা অপকমা পূম্নমাবু মশীঙ চান্ম চান্ম শুনা লনউনলকলে। হোরি থুরাইজাম্বগা মুংয়াং হুইরেমচাগা অম্নিমাবু শাগৈ মচেং পা-চাশিংগা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মদা অঙৌবা পুরৈরোম্বা লৈঙনপাংকী শিন্থ—য়ি খোংলেন লৈতমপাংসুং লনউনলকলে। শেলোই চীংয়াচাউগী হৌনা লমলেন কোংবা ভাচৌথন লিনহু লৌকোংপাংপু ফৈনা শম্না লনউন মরেং তংতে। লাংগোই লৈরেমকাউ লুরাংববু সনা শাপোং মঙান্নাই খোম্বা য়িমলেনখান কমথৌ য়োম্নলৈ—হো নিংথৌ য়োম্নদম পৈ

---

* পিনা=বিনা=পেনা।

গোইরোথাংও, নিংতোমবিদু পুম-তিন থোইমোম লাইরিংথৌগী হৈস্না মতুং-ইন রাংথৈ' লমদাং ওন্না চীংগু, মরান, সুহোং থোংলোংলকয়ে। থাবা ফমশেনথংবু থোংলেন পান্থৈপ (পানপাই) লান্না তুরি য়োইকোনফুংদা য়াচংলকপদা মনোংয়াই লাইরেন মৈতিংগুনা য়োইবু-মশানৌ শেনবি পাইথু লাম্থকপা। য়োংই য়োমলোই-হৌ চামলৌ লমক-লোই লোইমোম যৌকাপোকপু থামনা-হুন মৈবুল হাইজাউথাল হরাউ মখোই তোংনা লমওকওমমে। চৈরে থাংশেংনা শমলাং ফাফেন্না খাবি মথিনাই অমাই মবাওক্লৈনা চীংগু য়োইকোনফুংদা রায়থুলে। পোইবৈ তামথোং মযুংকুই রাংওম লেমথোং মকৈ পাল্লা পানবপুং অসিবু থোয়মা তোনশংতা লাংচেং তোমান্দনা পাথং য়োমলোই-হৌ মুরা য়োমদাং শাংনা হুংওাই মরাং কায়রবদা লাইরেন মৈতিংগু থোংনাং ময়াম্বনা তুরি লাংগোই, মথুংনেং শামু শেনথে থবগা অংগোই চানবগা অনিমাসুং শগোন মওাইরোইদগী পঞ্চরত্ন সুংচান্বনচিনন, শগোন মপুম ১০ মংগা থোইমোম সন্না মখোং-খাদা লনকুজরে হায়দবরা ? নোংয়াই লাইরেন মৈতিংগুনা হুয়েন জানলোইনম। থোমাং মওাইসুংতোং চীংদা থৌশাথবদি মরিকাং জাপ্তৌ য়াংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথোও! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংগুপা হুয়েন জানলোচনবা অমদি খামরুন মেতুওবা হুয়েন লানশ্রাম জাপ্তৌয়াংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথোও! খামরুন তাগ্রংওবা তেংগোন তরং চায়বা নস্তুশ্রাথাং অথৌবপা ফুর্তাকা লানমিংনাই সনা মুকতু তুবদু কায়নাহুনবা লাইয়িংথোও! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংগুপা হুয়েন লানলোইনবা অমদি ওরা চেককাং ওবা হীরা য়াইচাউলোকপা ফুর্তাকা লানমিনাইববু কায়নাহুনবা লাইয়িং-থোও!' নোংয়াই লাইরেন মৈতিংগু নোংপোক রায়র পামহৈবপা হুয়েন জানলোইনবা কাবে। তেংগোন চাইথাইবা হুয়েন চৌথাপ লানমিংনাই শোয়দোন লমথওবদু কায়নাহনবা লাইয়িংথোও! লাইরেন মৈতিংগু থোংনাং ময়াম্বনা ইয়ু থোইমোম লাইয়িংথোও! থৌজাল নরলকুনা রায়র। শাকম অরুমবা হুয়েন লানফম অচৌবা পোইরৈ ইফাইচন্না রাংচম

পাংশোই নীককে তৌগুম্লবদা শমু খুৎথুম চম্ন ওমহনয়ে হায়বগী ইদ'ই'রেম লুব্রাং মালং অহোংবা-চা নেংনা লুব্রাংজাম্বা ত সিবু শাগৈ মচৈ' পা-চাশিংগা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ নংঙোন্দা তয়ম ননাই ওইনা য়োইনা থৌখননৌও হায়না থৌজান লনকুজেয়ে হায়দবরা ?

## মৈত্তিংঙু চীংথংখোম্বা সনা হাকথক্কী লাংঙোন-চৈ ।

খোইমোম লাইয়িংথৌ লাইবেন ননোংয়াই লোইনাই চিংথংখোম্বন সনা ফম্বাল তোংলবদা খোইমোম নঙগ হুযেন লানলোইনবা অমদি হাউবৈ নোংপোকলা পাংবরম শেনবি তমদা-তা ক্ববো তমদা কুম মাকল' কান্ন-চোংনা অংগে চৌংজাউ-শম য়িংখি য়িয়াচাউ চোয়নৈ সনা পোকপ-য়ি চৌংঙু পরশুরামা নামুংবগী শীঙজঙ মথুংশান লাইকা যিথোঙ ফাংন চেম্বয়ি-য়ি * কাউরেন তু নাউ শোম্না মপল থুংথিনোংগী পলেম মমা মিপাই কোকয়ি-কা য়িংথি লাইজা য়িংনপুঙবু থোংলেন পানপাই-শেম কাউখঙ মরীন হাপ্প মুরাউ তান-দা মুরাউ খঙন-দবদা খামবন তেংগোন লিংঙম্ববু লাইরেন মৈত্তিংঙুনা ময়ুরা খোইমোম লাইয়িংথৌ লিক্লাই ফাংলে) লৈমথোম্বা নঙগী হৈনা নতুংইম্না মুরা তেংগোন চান্না রাকয়ৈ

* মপাঙ্গল শোনব যম্নাউনা মপিবু কোম্নথি থিবা নুমিৎ তৌবগুম্বনী পলেম মমানা অরাবনা ফুঙংনতুন কোক হাউবগী ঈ কাখৎলকপা ।

হিবান থারে । হুয়েন লাম্লিগীদি খামরন চেকাই মীয়োখন খাগী করাংচিনা পুন্নঃ মঙান্নাইববু কায়না হুনলে । অরাং লায়না পাংবরমগী চাম্বা, তোংমোন, খ্রা শেনবি খুঙ্গং ও মাবু রাইহুইনরকপা খোইমোম লাইয়িংথৌ লিন্নাই তাইবং থায়বা মুবা ভেংগোন চায়বা শেনবি রাহুইনবা খামরন চেকাই কাংশও তৌনা কৌরে । লাইরেন বনোংয়াইগা হুয়েন লানলোইনবা অমদি অচুম্বুং মদোমদে । হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরম খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংখোং পুথিবন খোইমোম ভালোই মরুমবি ও নেম, মুংকা চম্ব তরা লৈশাং-চম্ব মুনাং খোংনাং-চম্ব ও মাদ ভালোই † মুয়িনবা চীংদা অভৌবা পুরৈরোম্বন, থৌচু মুংঙৌ লয়শেমচীংবু ঙমলোইনন, থৌবাল লাইজা য়িমরুবু কাম্ন-চোং থৌবাল লাইজা য়িশম-থৌনা শোকপাউ তা-নদা লমবুই খঙন-দবা কাশোম মনিন নাইবা হেমবা খুঙ্গং ও মাবু থুমবি মৈমাং চন্না পনথেংগে হায়রন তুবি থিংকু মথিনাই চীঙলেন য়োঙম-কান, হুয়েন লানজাথিববু খোইমোম শারওন য়াম্বা নঙনা তাইবং শংশঙ-কাউ লানফম মাঙওইননা লাংগোই শংগোল অভৌববু খোং ওইননা চৈরৈ ফিভৌশেৎ পোই মাঙওই থানা লাংগোই থুরুপ ভরেৎ-হৌ হেম্বা খুনলকচঙ থুমবি মৈমাংচন হুয়েন য়াইশিং মুংন, পনথেংবা লাইয়িংথৌ হুয়েন শোকপাউ লমকেৎপা হেম্বা লমথোইবা ওকলেন তোমচং কাউগুম্ব, লানশোক মাইয়োক য়াঙম্বা মারেম ভকেং লানথৌয়াংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথৌও ! লাইরেন মৈতিংঙুন হেম্বা খুঙ্গং ও মাদগী লম্বুই মনিল নাইববু লোইহা পুরুম্নগুনো হায়না থৌবাল লাইজা চাংজৌথক পোইরৈ তেঙ্গোললেনগী খোইমোম সন, মখোংথাদা তাম্নবা লনকুম্বরকয়ে হায়দবরা ? খোইমোম নরনকুদি অচুম্বুং মদোমদে নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বনা ঙরা লানশোক অরুবা খাম্বী মৈশা লাংগুম্ববু খামরন মাইয়োক য়াঙমদন, পোইরৈ লোংনা হুলরাইরবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা খোংনাং ভাইরৈপাকপু ইন্নানথিঙৈ ময়াং খেবু-চীংবু

† মুয়িনবা=মুপী মতুং ইনবা=মুপিপামদা য়াঙং ইনবা ।

য়ৌরবদা লাইরেন * ভরা চাথংদববগী লাইজ ঠাথো লাং † ভিলাং চাফা নীক্লবদা কৌবা লোক-য়ি থিববু থিথংদনা লাইরেন অরা মথৈ লৈহৌরবদা খোংনাং খেবু চীংতোনলেন লাইজ। য়িরৈত্তবদা খোঙ্গু রুঙ্কম-থাং মালেম লৈচেং হোৎনা থিকববু খোইমোম লাইয়িংথো অরাং ফাংলৌ লৈমখোম্বা মরনকুগী খৌদং মুণ্ডবিরক্ক। লাইজ য়িরিক লাইবু য়িরিক মরাঙ হৌনা চোংথোক্লকপবু লাইরেন পুক্কিং হরাউ থোইন লাইজা য়িফানা পেকলোয়ে মদাইরেম চীংখোং পুয়োমলোই পূম্নমাক্সুং উনবি পুক্কিং পেম্ন লাইজ য়িথকলে হায়দবরা ? খোইমোম মরনকুদি অহুস্নুং মদোমদে। ননোংমাই লাইরেন মৈতিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বানা খোইমোম নোংদম মখোথাগী ময় নিংখৌচ মমাংগীনা য়োরমদববু লাইরেন নোংশ খুৎনা ফংনা তেথাউ ঙাইওইনরুষ্ঠে তেথাউ মনিংথো * শরগোদেবো লৈমাবগা খৌজান পুকমান্নবা কোরৈ লোংশিং য়াম্না লৈরম্নবগা তুবি থিংলৌ নীংনা তেনা মরান ওন্দেরক্লবদা মাইবং চীংমাঙনবু নাতৈননা লমলেন-ভৎ মদাইমবু য়োরবদা লাইরেন মৈতিংঙুদি অরা হকচোক লাংলবগী তাউজিং হয়চ নিংলবদা খোইমোম মরনকুগী থাংবা মিংথো পেংওন-হয় হয়নৌ থুমখোইবা অনিদংবু তাউজিং মতম নত্তনা। পোনচেম লাইচমম্নুংদা তাপ্পা পামেন উকারক্ত য়েপ্প লৈওম্বু লাইরেন মৈতিংঙুনা চেংলৌ মিংথিংলূরবগী তাউজিং খুৎনা ফংনা † থংলকলে। হয়নাং মতম নত্তনা তাউজিং মম্নুং ওইবা হয়বাং মপানস্নুং লৈতবা নমু পোংনা য়োদবা খোয়মা নারোম্নংগী পামেন উকারক্তা য়েপওম্বা অসিবু হয়রাং খোইনা থুমখোইয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথো চীংঙু তাইবং থায়বা অতাঙবনে হায়না য়োইবু মশানৌনা পুক্কিং হয়াউথোইনা থংমম্নবগনে হায়দবরা ? মৈতিংঙু মচা য়োটরেনব, চীংঙু তাইবং থায়বা অরাং ফাংলৌ লৈমখোম্ব নঙগা য়োইবু নশানৌপা কাচেং নোংথাংলৈমা

* ভরা চাকথংদরবগী=চাক চাবা ফংদ্রবগী। † তিলাং চাফা নীক্লবদা=তিন থোক্তনা খৌগংলবদা।

* শরগোদেবো=তেথাউ নিংথো স্বর্গদেব। † থংলকলে=লোয়রকলে, হেক্লুরে।

সনা চিংচাৎপাউবি হয়রেম খুনচান ঙম্বি কাথাং লাম্থোয়াঙফাবিগা খোইমোম নক্তে নন.উবু ইমখোঙ পোবালীগুম শোয়নদা হংগেন শাশং নাইদনা কাপ্পু-ছইরেন-৫ই মালেম লয়ধান-চেৎনা পোইরে লৈবাক ঙাক্লবদা খোইমোম নত্তিক অকাবয় খঙজনগে হায়গী লাইবেন খোমলেন মঙলানচান্দা কংলে যোইকোম্নংদা ভাংজা শিলায়াখোং খোংলেন হেমতৌরুদগী হোন। লাইরেন মনোংয়াই লাইনাই কৌবা চিংথংথে স্বগা খোইমোম চেংলে শকপানথোংবু শংশঙ নহীকশাংগ। শমু থুংশম্লনা খোইমোম নংগী পালেম পিথাং শিম্ন খোযমা নাউরোই ফবি চিনফ্রোন কোনজেংবি য়োইহৈ ভাংজাখোম্বীস্তং ঙাইংোইনন য়োইবু চিনফ্ লম্মাবী অয়াং পামফোকপ্ন হেন্না মৈত্তিংঙু খুনম লানথোযামনা কৈংথলালেনবু য়ৌরবদ লাইরেন ননোংয়াইগা খোইমোম শয়েং লেংচিন্ন লাইরেন পানবাম জিযেংনন থৌজান য়োই-মধল্লবগ লাইরেন খোমলেন মিকপ থোক্লবদা তুবি পুকনিং রাকাউদনা খোমলেন সন, মংখাংথাদা য়োইনা থৌথনলিবি য়োইহৈ ভাংজাখোম্বিবু পাউকৌকংবদা লাইবেন এগী খোমলেন মঙলানচান্দা ইযু খোইমোম লাই-যিংথৌগা শমু থুংশম্লনা খোইমোম চীংখোং নাক্তেগী য়োইহে কোজেংবী নঙগ ঙাইরোইনন। ইমু মৈত্তিংঙু মোইরাপ্ব। কৈংথলালেন্দ। থৌজান লিযেংননা যোইনরম্বু খোমলেন মঙথৈ-রমায়ে। থৌরম মতৌ করম্বনে চায়না খোমলেন মঙপাউ তম্লবদ। য়োইহৈ ভাংজাখোম্বীনা লাইরেন নঙগী খোমলেন মঙলানচান অসিবু নদাইরেম এনা নিঙথনলুবদি নয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী শকখোং মঙং শংশঙ মহিকশাংবু শেমশুনো হায়বগী তৌশীক্লরিঙেনে। অস্রম পাউথুম্লবদা ইযু চিনাকোয় নয়াথং খোমলেন মঙথন-ব্ন। অসিবু লাইরেন মৈত্তিংঙুনা পনথো মপাতোন বাকলেন তোংয়াইগী সনা খাংল্লয়গী খোঙলেন থ্বাইরাকপা শ্রী আনন্দশাই নোংপোক লৈরিখোম্বা * ছয়েন শিনপুফবদা খোমলেন মঙপাউ তম্না রাহমখিয়ে।

* লাম্থোং শীনবা, থবক মরমপুম্বা শীন্দোকপা হেন্ন। ফবদা মঙগী রারম পুম্বা তমহন। হায়জখিয়ে।

পনথৌ ইপাত্তোন খোঙলেন খ্বাইরাকপাও ! ইয়ু খোইমোম লাইয়ি থৌ চীংঙ্ তাইবং থায়ববু খোইযুম নোংদমখোন চেনফদবগী মুকশ মনিল লাইবনা পোইরৈ তমদা তানা পনথেংলবগী রাংঙম চেপ্ন-হয় পোইরৈ পুম লোইরবগী চীংঙ্ লাইফম মাঙ খোইমোম লাইফম কায়না মুরুত্তি শংশঙ মহিকশাংবু লৈতরে। মতিক ঙমফদনা পোইরৈ লৈবাক ঙাকপা লাইনে. মাঙফরোইয়ে। মালেম লয়রক মফম তৌনা অমরক শেমহৌসে। রাংঙম লৈবাক পুম্নমাবু য়াইফ মহয় পাম্নবা থৌবম হৌনরকপবু থাদোক্কনা পোইরৈ থাংঙা য়িম্বুরেং খুদিংবু হাঙদনা তরেং শেনখায়হল্লো হায়না পাউমেনখোনগী লিক্লাই পনথৌ মপাত্তোম্না ইয়ু খোইমোম লাইয়ি থৌগী মদাইরেম তয়ম নাইমুংচঙ ময়ু নোংবান য়াংখুবা মনোংয়াই শঙলেন তেংমাইফম্বা হয় থৌকানাউজম চাগা মচেং পা-চানমপোক চৈথিংগী থৌকানাউ চেকয়াম্বগা লোইয়ুম ঙাংঙোই নাহ তরেং শেলু হনব পানলোই ঙাংচগ শঙলেন তেংমাইফম্বা মপারী চেকশা থৌকানাউজম-চাগা মাখোই ৪ মাবু পাউ-কৌরবদা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী শংশঙ মহিকশাংব শংশঙ লেপ্না শানশেমসে হায়রকলে। পোইরৈ থাংঙা য়িম্বুরেন খুদিংগী তরেং শেনগ থায়হনও ! ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ মদাইরেম নংখোই ৫ মানা উনবি পুক্লিং চেৎনা য়াঙনা থৌরাংও হায়না পাউমেল্লবগ লাইরেন পনথৌ মপাত্তোন খোঙলেন খ্বাইরাকপনচিংবা য়েনলাং ঙমদয়ে। মদাইরেম *খোইনিং শেনলোইনাইনা মালেম লয়রক মফম-তৌ খোইরু মিতম-লাক মালেম লয়রক য়োম্না কোরো মুমিং অক্কব থবা অশেংবদ খোইমোম চেংলৌ শকপান-থোং পুন্থং লেম্পানথোং কোরি নাপোমথোং চিনবাল মোইকায় য়াং থজাই নাকলৌ-শেম চেংলৌ মিৎকোইথোং পিশুম পাকোইজম লাইবক থেনলাইতা † নাপ্প কোনয়ানলম লুরাই কোইরেনথোং শমথোং চারুজম শমু লেংলোইতা শয়াং মতানপোম থবাক লেংয়ানলম থৌরি উককোই-তা য়াঙলেন লাইকারম

* খোইনিং শেনলোইনাই=খোইরু মিতম্না শেলহনা মী।

† নাপ্প কোনয়ানলম=নাকোংগী সনা য়ানফম।

থুরাং পমশিথোং পুকশিন চইথুপ-লম শিনকোই হুংকোইরম কৈরা তানপুম-লম থুকলু তানকোই থোং থুপোম থাংথোংলম থুজিন মোইফাং-লম থুনিং মোইদোন-তা থুয়। লাইথাংলম্ব শোয়হন্দনা খোইমোম মুকতি শংশঙ হয়রে। চীংঙ চেংলো শকপানথোং পুক্ত লেম্পানথোংবু শ নচরে হায়দববা? * প্রামহোন লাইওইবনা চিপানাশ. মঙমক্তে হুমলেন ইবাং মশীংগুনা নোকুন ঙককোই হাল্লবদা লাইবেন মৈত্তিংঙ। † নব+ইনত্র তাইবং শরারেন খোইমোম লাইবু নীঙবদ পুক্তি মহৌশাবু থাথোক্কবা নোংথৌরেন্না ইযু খোইমোম লাইযিংথৌগী চীংখো থৌদাইরেম তবেং শেলু বা চেকশা থৌকানাউজম্বা-ঙ! খোইমোম * সিংথাশোন ফম্বিবেনবু শানশেমও হায়না পাউমেনথোনগী মৈত্তিংঙ মদাইরেম মহৈ শিনশ-থোইববু খোম্না আসোন চিংথেক ৪ মাদা মকব চি লাইশাবনা সনা ফম্বাল খোং-ওইন কোবৌ অক্রপ্না মশাস্তুম রাংবন অরংবা মতম-লৈ, তি ঙোন নাকলৈ-শোন চামেন চিদাই খোম্না শানশেম লোইববদ লাইবেন মৈত্তিংঙুনা * চেকা মঙম তৌনা সনা সিংথাসোন তথোইববু খোইমোম সনা মখোংথাদ কংন ফমফমহল্লে হায়দববা? চীংঙ মকনকু খোইমোম মংগৌজালগী হুংঙাই মবাং কাযনা পাল্লবদ নোংথৌবেল লোইনাই কৌবা চি থ থোম্বনা মযু নিংথৌ মমংগীনা যৌরমদবা হংউবৈ নোংচুপ থানা পাবলম কপুই ত-নদ থেংডাই থুন্না তানা হেমবা থুঙ্গ ৫ তাবদা লোইবি চীংদ কানা শৌশাখিযে। চীঙ তাইবং থাযবা নবনকুগী কপুই মবৈকাই মরান থুখি মৈমাংচন হুয়েন য়াইশিং মুংন পনংঙলে। কপুই পামদা তান্নবা খোংজাই নেৎচৎ য়ানলে। হুয়েন লংম্নিগীদি থমবা জানথৈযাবু কায়না হুল্লে। লাইরেন নোংশা থুমনহন্না তুবি মবান ঙন্দেবক্রন্দা লিক্লাই উনবি পুক্লিংতপ যাইফ মরা কয়না পাল্লবদা

* প্রামহোন লাইওইবন চিপনাশ, মঙম তৌ=লাইনিংবা ব্রাহ্মণন জীবন্যাস পূজা তৌনা। † নব+ইনত্র নব+ইন্দ্র। * শিংথাশোন=সিংহাসন।

* চেকা মঙম তৌবা=যজ্ঞ তৌবা, ইবাং পূজা তৌবা।

নোংথোরেল লোইবি খোংজাইঙম্বা হয়েন খম্ব। ফাবনা মদোম উনবি লয়নিঙশিংন। তুবি লাঙ্গোই মখুৎনেৎ মালেম লৈরেমকাউ পোইরৈ খুনেং-শা লুরাংববু ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথোনা লাঙ্গোই মথু:নৎপু ঙইনঙনো হায়না য়োইনা লনকুজরে, অছুস্নং মদোমদে। লাইরেন মৈতিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বন। ইয়ু খোইমোম লাইরিংখোঁদা য়োইনা থৌখন্নবা থাইনা লহায়োং খল্লাংবা পনলোনগী অমনবা থান খোং থুমখোং রারীয়ববু লেংলেন লম্মপাক্তা লৈব্বনে। শিথুন পেরে খিনা শানশেমলু-ও হায়না পাউমেল্লবদা খোইমোম লাইয়িংথোগী মদাইরেম চেকশা থৌকানাউ শঙলেন ভেংমাই ফম্বনা লাইরেন সনা নয়াখংবু লুদ। খোংনা লাইরেন সন। মখোং-থাদ মালেম লয়দা-তু চৈরে ঙক্ত-য়েৎ হে খোইমোম উদব। ! নত্তিক ঙমখৈ খঙদব ও! নদাইরেম ইখোইনা হন্দক থুমখোং য়িখি চৎকে শংলো থোল্লাংলিব। অসিবু খোরাং মহয় পান্দ্রবদি থোখন অয়োন থোক্লা লঙজয়কঙৈনে। চৌংঙু নরনকুন। উনবি পুক্লিং-থুং পেরে খুৎথুম-চক্লা থুমখেং য়িথোক য়াম্ববু ভানফংলবদি খোইমোম চেংলো শকপাম্বোংদা সনা মাইথোং হাপ্প। নাশি পুংমাই লেমহনগে হায়না য়াথং রাশক চাউনা পুরুমলুরবগা মন্নু নোংঝাল য়াংখুবা মনোংয়াই থৌরে নোংজু অহোঙবা খোয়নৌ লাংনৈ য়াকোন নিংথোচা চেকশা থোকানাউ শঙলেন ভেংমাই খিনবা মহাক্লচিংনা শাপৈ মচেং পান্চামগী পম্বো মপাতোন থোকানাউ চেকয়াম্বা তরেং শেকলু হনকা ঙাইংহোইননা মাইরং মদাইম। লমলেন লম্মপাক্তা খোংনাংথোং অমনবব মালেম লল্লঙম-তৌ পোচু ফুঙকম খাংন। নোইন্নু পেরে থিরুবব চৌংঙু ভাইক খায়বা ময়নকুগী য়োইবু খোইমোন লাইরেম্বা রাকচিং হাউকোনবম চন্নু লেংলেন মুয়াবিবু খোয়ম। মাইয়োক্লনা নোইন্নু য়িথোক য়াম্বিবু ভানফংলুরবগী লাইরেনচা খোংচৎ অময়ক্লা থারেন ২৬ শু লোইদাম খাপুম্মদা নোইন্নু থুমপোং কারবগী থিংলো নিঙনা ভেনা হুলরাইরক্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুগী পম্বো মপাম্ভোন শিম্মৌ নেংথোনবা থাকম শীংশা হনবদা খোইমোম লাইয়িংথোগী শঙলেন ভেংমাই ফম্বনা

থুংফাং চাংজৌ চেপ্পা লোয়া ৱাকৎচখিয়ে। নদাইরেম ইখোইনা নম্বু খোইমোম লাইয়িংখোৗগীদমকপু থুমখোং য়িখোক শেম্বু বদি চীংঙু মরনকুগী য়াইফ মহয় পানবু তানফংলকয়ে। খোইমোম চেংলৌ শকপানখোংদা সনা মাইখোং হাপ্পববু শংলৌ খোৗরাংলগে হায়রবদা মৈতিংঙু চা নোংথোন তেংমাইথিনবনা পুক্লিং হয়াউ খোইনা ইম্বু তাইবং খায়বগীদমক য়াঙনা শঙলৌ খোৗরাংলকও হায়না পাউমেনখোনগী য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা। লাইরেন লৈমগী য়াং-চাইবি সনা লৈথম নোংশাবিন' ওইগীকোন খোথোন পন মরুদা হাকোকপা অৱারাকপা ফরাই-কমতাউবা মকোন-খঙ করো মকাতাউ লাইরবা চকনোম থাউনিংগী চিংখোইবা কিয়াং কোনম্মা-চঙ নোংপোক সন' কোনলাংচানবু মৈতিংঙু মদাইরেম তানখোং তেককোন শাবনা সনা মপাক-য়ে খোইমোম চেংলৌ শকপানখোংবু-শেম কিবি নাপোমখোং চিনবান মোইকাই-ৱাৎ চেংলৌ মিৎকম শেম্মা তাউখৎলবদ লাইরেন মৈতিংঙু নিংখোৗরেন লোইনাই কোৗব চিংথংখোম্মা য়োইবু মশানৌ খয়োইরোন মৈতৈলৈমা লাংগোই শায়ামফাবি লোয়া তেনহৈবি কোৗবা পানজুমবিগা নিংখৌ মপাতোন জানম্ভ-শাই নোংপোক লৈরিখোম্বগা য়োইবু মতৈ মনাউ, লাইরেন মপা মচা অহুম্মনচিংনা য়োইবু য়োমলোইও হৌ য়োইহৈ য়োমদাং শাংনা খোইমোম সনা মখোংখাদা সনা মাইখোং-কৎ নাশি পুঙমাইলেম পোংলোই মশীংগুনা পুরুম্নবগা লাইরেন মৈতিংঙুনা ৱাংলেন পুঙখৎ-তোয় য়োইবু মশানৌনচিংবা য়োইহৈ মঙাইরোইশিংগা তরেৎ শেনখিংখোই খোইমোম লাইমিং-শক মুংঙাই মরাং কায়না য়োইমা পুরুমলময়ে হায়দবরা? চীংঙু নরনকু খোইমোম নথৌজাম্না পোইবৈ তানখোং ময়ুংকুই ৱাংঙম-লেমখোং মকৈ'পাক য়াইফ মখোই তোংনা পানহৌরে হায়দবরা? খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং খায়বা ফাৎলৌ লৈমখোম্ব। নঙন। লাইরেন ননোংয়াইদা কোরৌ নথুম-হয় ৱাংবন নমান-হয়বু পুনশি মখোই তোংনা কোরৌ খোংচোনম্বীহুঙম বুমজা পানহোনা তোংচেং কায়নৌ থৱানপিচাকতুগুগবু থাক ওংহৌনা পোইবৈ

মরাক পাকপা রাংঙম থোংদোন শাংহৌবা লোইদাম থামৈ চাউননবা ইরেং মানলে কোনচিনবা পুনশি মথোই তোংহৌববু খোইমোম চৌংঙ্ রা নঙনা য়োন্দনা লনকুবিয়ো। পুনশি ইরানলৈ অরাং শরু লুতোং লৈ হোংনেম লৈপুনশিবু খোইমোম সনা নখোং-খাদা ইমাই নোংনেম লাইনা-পাং থোংলেন ইমান কৌবা চিংথংলাং পাংববমদা রাকমনা হয় লাউনা কোন-চিন্নমগে হায়চা হয়াহে হয হয়া।

---

## খাগেম্বা লমশাং।

হযাহে লাইপুংথৌ নোংথৌংল পুমাব ৫! হৌজিক্কি খাগেম্বা লমশাং কৌবা তুংদা থোক্লগদ-রাবু রাংরম খৈবিক হাযনা হায়বম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী চক ৪ মাগী নি চিং রাবু ইজবাক্কে। হে মী অযবশিংও! তাখিবিগুনো। শঙ্কর মহাদেবংন, নিংথেম খাগেম্বনে, শঙ্করগীবীনে লাইরিক য়েংব নো শামৈনে কাবো অক্রাচানে তখেল পুবিক্লাইনে ৬ মংনা হাকথক অমা ওইন পানখিয়ে। মতম হতুন্ডেদ শ্রীমহাদেবগী খুযাদা মথোই ৫ মানা য়াথং অথোইবা রাবু নিজদুন হয়িচক, হয় চক. খুন্থংচক. লাংবচক চক ৪ মক্ত তৌরক্কদবা চক্কী নিংচিং রাবু খাগেম্বনা তৌরময়ে। অতুগীবু খাগেম্বা লমশাং কৌযে। অকবা লাইবিক বানে, চেংলো। লাইবেক অসি পাগে হায়রবদি মী ৩ দগী হেনযবোইযে। অতুম্মদগী তেল্লবদি উতুপ্পা থাঙদা, থৌরিদা, থেঙ্গুদা য়োংঙ্খিংদা অসি খৈবিক্কী মমাং থাউও হাযরমযে। লাইরেক অসি পাগে হায়রবদি অতুগা শিনগে হায়রবদি হয়রক থাউমৈ পানা রু. লৈ চন্দন, সনা, লুপা ফিরোই লাঙতুনা পাউও! শিনঙ্গৌও চেংচা তৌও, থংও।

ছৌক্তিক্তি রারম অমা হাল্লবা হৌগে। থা ১ মাবু মাহেন্দ্রিনা নাউয়োম ওইবনে। শঙ্করগিরিনে, তক্রাচানে, তখেল পুরিক্লাইনে, লাইরিকয়েংবা নোংশামৈনে, নিংথেম খাগেম্বনে মংখোই ৫ মাবু শঙ্কর মহাদেবনা খোজানবিহুনা হায়বিখিয়ে। শঙ্করগিরি নঙদি তুঙগী মুকক্তি ওইবা ভমও হায়য়ে। শঙ্করগিরিনা হায়ইভয়ে। হে শঙ্কর মহাদেবও! ঐহাক্তী হকচাংদি মশুং ৮ খোকহনবিও। ইমিংতি মাঙহনবিগুনো। ঐহাক্তি জগনাথগী লৈবাক্তা লৈজগে। তুংগী মচুদি মুকাকলৈগী মচুগুম ওইহনদিও অস্থুম হায়রমতুন মহাক্তী মথরাইদি কুমিত্তা চঙখিরে। মচু মওদি তয কাংগ্রোগুম্বনে। মহাক্তি পাশা নিংথৌ ওইন পোক্লেয়ে। নিংথৌ ৮ লকপু ওইহনা কোয়রব্রবগা অমরক নিংথৌগী হুক ওইহনা লৈরে। শঙ্করগিরিগী কৌপিনসুং কম্পোরসুং ১ মাদি চীংও মনাক্তী পিশুমদা ফুম্ননয়ে। অসিনা অহিদা যেনবা, কৈতুব ওইনা খোকপনে। খাগোংনে, লাইখোংনে, ময়োংখো নে ৩ মানা ভিনবদি পিশুমদ তিনবনে। মহাক্তী খোংকৈ মতোমে। ম চুদগী তেকথংলক্তনা লা-মৈপুঙদা ভিল্লুরে মহাক্তী ভোটা গুজপকুম্বদি লাংমৈপুঙদ ফুম্বনে। মানা অহিং খোক্লকপগী মচুদি হয় অমুনবাগুম্বনে। ময়োংখোংনে, খাখোংনে, লাইখোংনে খোং ৩ মাদি নোংভুমশঙদা চঙখিরে। লৈমরেন্দ তিল্লরে, তাক্ল—দা চোমলাং ওইরে। উচুং উরাগুম পাল্লরে। হে মী অফবশিংও! অস্থুম থংও।

রারম অমসু হায়রক্কে। লাইনা কৌবরুদা থল্লে। মোইতাব থান চাউবদ, থল্লে। চেগাইন বাংথৈনে, মধুংনা কাহনে, কম্পোংনা খুরাইনে, লংহীন, য়াইস্কুলনে। লংহিন খোরানপিচাক নিংথৌ শিদবা কৌতুন, লৈযে। মকম ৪ মা জসিবু খঙলবদি ইবোন ৭ মা যুথক ১০০ মা মাবু ককথংনবা মকম থঙলবনে। মহাক মী অচৌবা, খ্বাইবু হেনবা নিংথৌ ওইনা পোক্লরগদবনে।

হৌজিক ৱারম অমাম্ব হায়রগে। কবো অক্রাচানা লাংনখিবদি চাখাবদা লানখিযে। মাগী থৱাইনা হৌখিহুন, নোংপোকলমদা ঔরা নিংথৌ ওইনা পোক্লরবনে। তখেন পুরিক্লাইনা শিবদি শেনসবা লোইশংদা শিবনে। মাগী থৱাইদি শজিক্তা চঙখিবনে। অতুদগী তখেল নিংথৌ ওইনা পোকলুইয়ে।

লাইরিক য়েংবা নো শামৈনা শিবদি কোনলোয় লৈমগী মফমদা শিবনে। মাগী থৱাইদি মুমিং ১০ নি শুরবগা থবাদা কাখিয়ে। অতুদগী ময়াং নিংথৌ ওইনা পোক্লকয়ে। নিংথম খাগেম্বদি যিমজাউগী লপলেন কাদা লানখিয়ে। মাগী থৱাইনা মুমিং ১২ নি শুরবগা থৱানপিচাক নিংথৌ শিদবদা চঙখিয়ে। অম্রম ওইব, লাই ৫ মানা হায়রম্ব, ৱানে থংও।

নিংথৌ খাগেম্বগী মতুংগী মথৈ লৈবাক অফব হৌরগনিয়ে। ইরাং থৌনি তয়াম্ব থোক্লা ফরগদনে। মীচুং মপুক মরাং তপ্পরগনে। মান অমরক শানওল্লক্লদবনে অতুদগী তোগদবদি পাইথোম্ব, কোহুনা সন থোং শাগদবনে। লাই নোংশাবগী যুর শারগনি। * নোংচুপথোঙ থিংলরগনি † নোংপোক-থোঙ হাংলরগনি। নোংপোক্কী মীবু খুং চল্লগদবনে। ইরাবতিদা থাঙ চামলগদবনে। কোইরম অয়াম্ববু য়াম্না চাউগদবনে। মী অহল লম্মা অরিব, খৈবিকপু থৌজাম্লগদবনে পণ্ডিত অহৈবা, মী অফব খৈবিকপু থোক্লগদবনে। মুপী মপুক তগ্লগদবনে। নিপা অকন অথৌ থোক্লগদবনে। লৈবাক মথুং মঙান হাইদোক্লগদবনে। নোংচুপ নোংপোক ২ মাদা * চোইখিরবা মী খৈবিকপু তম্না ইনশিল্লকদবনে। তু-খোং তেংলগদবনে। তহুইঙগী ৱারম পাং-কোন চহি ২ রক হৌশরবা খৈবিকপু হাইরগদবনে। মানা পানবা চহি ৪০ গী মাইবগা।

* নোংচুপ থোঙথিংবা = ফজবা থবক তৌবা। † নোংপোক থোঙ হাংবা = অফবা, অচুম্বা থবক তৌবা। * চোইখিরবা = মীরৈবাক্ত লৈখিরবা।

অহুগী মতুংদা মৈ-মচা, য়িশিং-মচা, নোংশিৎ-মচা, নোংথৌমচা, অভিয়া-মচা, তম্নঙ-মচা অসিশিংনা মরক মরক্তা থেংনা থেংনা পাল্লগদবনে চেংনা ভৌজোও। শেনজোও! মতৌদি হৌজিকতগী চহি কুমজা ১৭০১ গী মতুংদা হয়িচক, থুন্নুং, লাংবচক, হয়াচক চক ৪ ম, অসিবু মী পোং শা, ঙা, উচেক, ভিল, লাই, মুমিৎ, থা, থবানা চিংচিন্না কামপিনা অহিংনা নোংখিলনা মুমিৎ চয়োল ৭ মানা ওন্ন-ভৈনা পানবা মতমগুম্না অনিম্না পানগদবনে হায়না লাই ৫ মানা হায়রময়ে। হে মীওইবশিংও! লাইরিক অসিবু লাইনি নিঙনা পাচোও! শঙ্কর মহাদেববু লাই অরুবা ওইরগদবনে। অদুবা খৈবিকপু মী অহুগী মওইরগদবনে। মতিক্তি মী অফবতনা খঙগদবনে। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনে শঙ্করগিরিনে লাইরিক য়েংবা নোংশামৈনে, করবা অক্রোচানে, ভখেল পুরিক্লাইনে ৫ মানা শরীবু হন্না হন্না শোন্দুনা হায়রম্লবা রানে খংও।

চৌজিক্তি লৈবাক ঙাক্লগদবগী রারম অমা হায়গে। লৈমন্নেম্না নোংহুম শহুদা থমও! লুপাদি নোংপোক্তা থমও, সনাদি নোংচুপ্পা থমও! কোরিদি খাদা থমও, কোঙৌদি মোইরাংদা থমও! থাঙদি অরাং চিংথৈগী চিথেক্ত, থমও! মিশিদি লপলেন্দা থমও! মফম ৮ মা অসিদা কাথুম ৮ মা অসিন্নুং থমও! ঙাস্ত ২ কাংভা হরাইমান ১ য়াওন, পনচি ৪ মাদা চাভি থাউমৈ ৪ থালও! মতৌদি লাংলিঙৈদা য়েংও! মৈপুনগুম্না উগদবনে। মহয়দি চ,ক, ঙা, কি, কোল লিক হোঙনগদবনে, থুন চাউয়ে লৈচাউগদবনে। মাইকৈ ৮ মাগী লাল পা-ঙমগদবনে। লেপ্পা খংও! শঙ্কর মহাদেবনা হায়রম্ব রানে, অরেপ্পনা লাম্নবনে, অচেংপবু হেনবা অমা লাই লৈতে। পীনববু হেনবা লন অমা লৈতে খংও। হয়িচা হম্না হে॥

---

লৈ জারে॥

# খাগেম্বা লাঙজৈ পুয়াগী শম্নপ্পা

## হৌভিক্কী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপিরম্বা

শ্রীনাওমরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা ম্লাকনুং।

মৈদিঙু খাগেম্বনা পোইরৈ সনা লৈবাক্তা চোয়নৌ সনা কম্বাল তোংলবা মতমদা খোইয়ুম সনামহি চীঙ্ তাইবং খায়ববু পুক্কিং চেংনা নিঙজৈ। ইবুংঙো নহাক্কী চেংলৌ শকপানথোং নিংথিববু তাইবং মীপুম খুদিংনা মশক মওং নাইদে হায়না ঙাংনরিব শোম্নরিব অসিবু ইবুংঙো নহাক্কী চেংলৌ শক্রুমবু করম্বা মওং শক্রুমনে থংজনিংয়ে হায়না নিঙজরবদ চীঙ্ তাইবং খায়বনা নিংথৌগী পুক্কিং সুংবংনরিবা রাখলবু শেংদোকপিগে খঙহনবিগে হায়বগী চীঙ্ ঐগী ইশক চেংলৌ লেপপানথোংদি নমু তাইবং শক্রুম্মী হায়ববু খঙহল্লমগে হায়তুনা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বনা লাংঙোন্দুন। মৈতৈ-লৈমা নিংথৌগী তালোয় ইবেম্মাগী পায়মা পিবুকনুংদা চঙখিহুনা কালেনগী ৩ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা হয়রাং মচা-য়ানথরে তাউজিং মক্ক পললে। অম্মুম্মা মৈতৈ লৈমা ইবেম্মানা লোইদাম থাবুম ১০ নাউপুরগা ফাইরেনগী থানিল মুমিংকী য়াচবা মতমদা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়ব পেক্লে। লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বগী মপোক নুমিত্তি য়ুমশকৈশনে। মতৌ অম্মুম্মা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা খোইয়ুম থৌজান লবকুনা নিংথৌ সনা ইবু লাইহুইথরে মপারী মুংচানববু ফংজনবগী শলাইরোনগী হৌনবী শাগৈ মৈহৌ-হৈহৌ তৌহুনা পা-চা শলাই পাউজেন্না মথৌ য়াঙ্গল্লবদা ৬ নি ইপান থাখিরে। চীঙ্ মখোংথাদা ইন্নাং পুক্কুম থৌনিজৈ! লৈমা নিংথৌ অনিমানা মপারী

হুংচানববু হাংনা যংজরবনি হায়বগী কোলোয় মদিংথোংবু সনা রাপিহনও মিংথোরে। অস্লুম্না সনা মতুম যংবগুম্না লৈম। নিংথৌ অনিনা উংবি হরাঙ্ক মথোয় তোংলবদা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বন। মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বগী মপারী ওইম। তাইবং শক্তম ওইনা লৈগদবদি কুমজা চহি ৮ মওইরর হায়না নোংদমখিবনা কোরৌ অস্লুম হেঁখিরক রাংবন অস্লুম রাংখিরগী কুমজা ৭ মপুং ফাররবগী কোংকৌ নোংজা অমদা মৈদিংঙু পম্পৌ নপ খাগেম্বনা সনা কংলা তান। কাগে ইবুংধোগী লাইফম খুরুমলুগে হায়বগী মৈদিংঙু কোনলোই মশঙ্গাই মোংশাঙ্গে কোম্নুংদগী নিংথৌগী পোংলোয় শমাপোৎ হোংহুনা তয়ম নাইচা অয়াম্বনা থোগল্লা সনা খোংলেঙ্গে তৌরববু মপারী সনা রাপিহলন। মোংবা শঙ্গাইনুংদগী চেম্পোররুনা পম্পৌ, মপা ইবুংঙোগী ফিজি পায়না য়াল্লরে। মতম অসিদা মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা মপারী চেংলৌ শকপানথোংবু মোইকাই মিংয়েংথরবদা ইপারী হুংচানবা সনা রাপিহনও! নঙনা পম্পৌ নপা ঐগী চৈরৈ ফিজি পায়না য়ামববু করি হিরম লৈবমো। ইপাগী নঙগী করি নতিঙ থুঙদব লৈহিক্রবনে। হায়না নোংদম্বীরবদা মপারী সনা রাপিহন্ন পম্পৌ ইপা ইবুংঙো! অসি কোরৈ মুমিন্তু ইবুংধোগী সনা কংলা কাবদা নচা ঐস্ম পম্পৌগী হৈনা তুংয়িনজগে হায়রন। পাউখুম্নবদা খাগেম্বা নিংথৌনা করি রানে পাবী ইবুংঙো! নহাক্তি অঙাংগী নাবা ওইরিয়ে। মেন সনা কংলা কাবদা নপল ঐগী হৈমা তুংইন ভানবম্নুং য়াংউমলোই। কংলা লাইফম অয়াম্বদি নবুংধোশিংগী য়াংগোকক্ষম অরুবা মফম ওাত্তনি। পারী নঙনা অঙাং নারা ওইবন। থঙদরবগী পংচং চংলুবগা খোইয়ুম মডাল শানয়েবা চুকং লাংথাক কংগনি, চঙইহদেনে পারীও! অস্লুম্না তেম্ন নৌনা চৈরৈ ফিজি রাল্লববু থৌখাম্নবদা মপারী খুজেং লৌথোক্তুনা নিংথৌ থবাক পমশিনা পুশিল্লহুনা পালেম মমা ইবেম্মা। মৈতৈ লৈমগী মফমদা শিন্নরে। নিংথেম খাগেম্বদি তয়ম নাইজা থোগল্লা মনাই মশল পুম্না য়োম্না সনা খোংলেংখরে।

অসোমদদি মপারী সনা রাপিহন্না পলেম মমাগী মনাক্তা লৈরম্বদগী মপাল্লাংদা খোকখিত্নুনা। সনা শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা শাম্নহুনা লৈথি। মতম অসিদা মৈতৈ-লৈমা মমা ইবেম্মস্নুং মোংবা শঙ্গাইম্নুংদা লোয়নবিশিংগা রারী রাতাই শাত্নুনা লৈ। অস্নুম্না লৈরিঙৈসিমক্তদা তাইবং কনাবু থংহনদে, নমু কনাবু উহন্দ চীঙ্ তাইবং খায়বন। ঐগী মুমিৎ মশিং শুরববা কুমজা চহি মশিং শুরববা হায়রন। উনবি পুকনিংদা নিংশিংলুববু কোরৌ মুমিৎ অসিমক্তি কুমজা চহি ৭ মপুং ওইরবগী কোরৌ নোংমা হেনবন। চহি ৮ শুরমলে। লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বনা ঐগী কুমজা চহি মশীং শুরে ঐদি খোইয়ুম লাইওইখিরগে হায়ন। নিংশিংলক্তুনা সনা শঙ্গাই মাঙ্গোম্নুংগী ফমলেন্দ। শাম্নরম্বদগী ইথং খংহৌদনা মালং ফেনচি-ওইন। থমঃকোল নোংলৈ ওইহুনা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বদি খোইয়ুম চীঙ্ শানওন্না মাংখরে। মতম অসিমক্তদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বস্নুং সনা কংলাদগী লেংথরক্তুনা মোংবা শঙ্গাইদা রাইথুংলরে। শঙ্গাই মাংপোম্বক্তা লেংখৎলবগা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা শঙ্গাইম্নুংদা তন্না লেংশিন্দুনা মৈতৈ-লৈমগী মফমদা মপারী সনা রাপিহনবু লৈবন্না কদাইনে! হায়না সনা য়াথং তাক্লমই। নিংথৌ সনা য়াথং তাবদা লৈমনা পাওথুমজে। লাইয়িংথৌ ও! নপারী সনা রাপিহন্দি হৌজিক্তা ঐগী ইনাক্তা লৈরম্বদগী মপাল্লাংদা খোক্তুনা মোংব শঙ্গাই ফমলেম্বক্তা শাম্নহুনা লৈহৌবনি লাইনিংথৌ। য়ারা অসি তাবদা লাইনিংথৌ খাগেম্বন। অত্নুদি ইপারী মুংচানববু লৈতে নফম কৈদ। লৈবনে অস্নুম্না লৈমা নিংথৌ অনিচংন। নিংথৌ ভয়ম নাইচা ভপ্পা অকল অথৌশিংগা লোয়নবা শঙ্গাই য়িম্নুং কাচিনস্নু ফমজাউ কাংথলন্নুং য়েন-খা য়েনখুন কোয়না থিরুরে খিথংদে। লৈমা নিংথৌ অনিদি অৱা হকচোক লাংত্নুন। হুস্মাং লৈরিক কাত্নুন। মিপাইথিবা স্বরম লৱাই কোইরেম্বক্তা য়ৈত্নুনা মপারী সনা রাপিহনবু থিরক্লবদা লৈকাই খুনগং লাম্না তুরেল হিদেল তাকম খুদিংদা থিত্নুনস্নু থিথংদে। অস্নুম থিবা থংদ্রবদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা অঙাউবগী মতমগুন্না মোংবা শঙ্গাই

মাঙ্গোনগী ফমলেন্দা ভাংজা লয়দা লূক্তুনা ভরং লাইজা শিষ্কনা লৈরিভৈ নিংথৌ উনবী মৈচাকপু পলেম মমা ইবেম্মা লৈমরেন শিদবীনা মোংবা লপলেন কাদগী থোক্লকুনা নমু ভাইবং শক্তম লৌতুনা হম্ন মালৈ কারবীন। সঙ্গাই থোঙজিল্দা লেপ্তুনা ভাইবং মীয়োল থোক্ল। চীঙ্ য়ারা খোঞ্জেললেম্না লাউরকলে। পারী ইবুংঙে; খাগেম্বাও! নহাক্লা নপারী সনা রাপিহনগী মার খোংখুনবু ঐনা ভাকপিরগে। নপারী সনা রাপিহন্দি চীঙ্ মাগী শম্বোং মকাইকমদা চঙখিতুনা খোইয়ুম চীঙ্ লাইওননা লৈপ্রবনে। নপারী সনা রাপিহনগী চৈরৈ নিংথম মচেৎকা কাঙজৈ হুমদং মখুৎশ্ংগা শম্বোং মকাইফমদা ভাতুনা লৈরিবনে হায়ন। মালেম মম। লৈমরেন শিদবিনা খোইয়ুম লাইপাউ লাউরম্লগা মালং ফেনচি ওই খমকোন নোংলৈ ওইতুনা মাংখিরে। খোইয়ুম লাইপাউ ভাবদা মৈদিঙ্ শেনবী খাগেম্বনা মচাবু শম্বোং মকাইকমদ। চঙখরে হাম্বা রাবু হেক ভাবদ। অঙাউবম্ঠি মতমগুম্না সনথোং কাদা চেনশিনখিতুনা য়েংলুবদা পারী মচা ইবুংঙোনা শেংলম্ব। চৈরৈ ফি মচেৎনে, মহাক্লা মুমিৎ থুদিংগী পায়তুনা শাম্নরম্বা কাংজৈ হুমদং মখুৎশ্নে। সনামহিগী লাইমাংদা মালেম লয়দা ভাতুনা লৈরম্লে। মতৌ অতু উবদা, খাগেম্বা নিংথৌনা মচাগী চৈরৈ ফি মচেৎনে কাংজৈ হুমদং মখুৎশ্নে মালেম থক্তগী লৌখত্নুনা পুমুং থাদ কোন্দুনা নোং খোংবঙুম য়ারা খোঞ্জেল থোক্লা কপলে। পারী ইবুংঙো নঙদি ওম্বোকপনিদা! ইপানা কোয়ৌ নোঙ্গাপ্রবদা ইপাগী ইহুৎ ইরেন শিন্দুনা কংলা সনা য়োইকোননুংগী ফম্বাল থক্তা কাতুনা পোইরৈ ভানথোং মথুং কুইনা শাবন লাম্বোং ঙাক্তুনা পানগবর। হায়বদি শিঙালেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইথরেকো। চীঙ্ নতিক অরুবা খোইয়ুম নঙান অরাবা ওইবনা ইপারী নঙদি খোইয়ুম লাইবু ওইপ্রমাল্লেকে। অঙকপনিদা ইবুংঙো! খোইয়ুম নোংদম্বা নঙগী কুম্মৈ অসে। পলেম মমা ইবেম্ম; বৈতৈ লৈমশুং চেনশিল্লকুনা মৈদিংঙ্ খাগেম্বনা পায়রিবা মচাগী চৈরৈ ফিজেৎকা কাংজৈ হুমদং মখুৎশ্ংগা লৌতুনা পুমুং থাদ পম্না-কোন মালেম

লৈমায়থক্তা ওন্দুনা লরাই শমদোং কোয়না হীরা লাউনা কয়কলে। পায়ী ইবুংঙো মুংচানবা চেংলৌ শকোই হেনবা নঙদি পলেম নমা লাইবক থিবী ঐবু হুপ্পেক্রুয়গা খোইয়ুম লাইবু ওইনা চংলমাল্লেকো। পলেম নমা ঐনা ইপারী নঙবু চোয়নৌ সনা কম্বাললাংদা-তোং পলেম নমা ঐহাক্না ইপারী নঙগী চেংলৌ নিংথিবা লোইদাম থাক্ত থানিনগুদবু কোয়ৌ নোংমা খুদিং য়েংদুনা লৈজনি বদি শিঙঙেন অয়েম্বা লৈরাং অভিংঙাবু ওইরেব্দা কয়কইদা ইমান।। অঙকপনিদা ইবুংঙো হে খোইয়ুম নোংদম্বা নহাক্কী থৌশিল অসে। অসুম্না লৈমা নিংথৌ অনিনা মপায়ীগীদমকপু পুক্রিং অরা তুরৈ চন্না লৈথি।

অসিগী মতুংদা খোইয়ুম শিদবনা তোল্লোং লম্মহন হাউম্প খুনজিন লমমুংশি পোইরৈ লৈশাংখোং মরু রাঙ্গোয় মকাইফমদা চৌঙ্ ঐগী লাইশং ফুরা শাহনগে চৌঙ্ ঐগী লাইফমলেন অথোইববু থম্বিরমগে। নমু তাইবং মীওইবা পুয়মক্কী চংনফম লাইফম ওইহনগে চৌঙ্ ঐগী ইচেংলৌ শকপানথোং নিংথিবসিবু তাইবং মীওইবশিংনা থংচৌরসমু হায়বগী খোইয়ুম শিদবনা লমলেন রাঙ্গোয় মকাইফমদা লৈজবি খোইস্নাম নিংঙোনবী লুখ্রা শীঙদা চন্নবী মপায়ী শাংত মমোম যুইন্নবি লাইর অতোন তারবি থমলৈ অয়েং চেংলবি থেংইন্ন অহোঙবি কৌবিনা অচিং তাংলৌ থেংলবদা তরেং খোংফাং-লয় থাপলৌ মরিন শিংনা (মোইথাপ নাইনা) মুরা শিনখোই তান্না। লৈরিঙৈগী মতমদা চৌঙ্ তাইবং থায়বনা উনবি পুকনিং নিংশিংলকলে। চৌঙ্ ঐনা পলেম মতম মানবী অহল মতম ওইরবীনা তরেং খোংফাং লয়না থাপলৌ মরিন-শিংনা লৈরিবীসিগী শিনলৌ মোইথাপনুংদা চঙলগে। নমু তাইবং মীরোন থোক্না চৌঙ্ লাইপাউ লোক্লগে। পলেম মতম মানবী খোইস্নাম নিংঙোনবীবু চৌঙ্ ঐগী খাবি থিরাখৌ অম,ই শুমদোং লাংবু ওইহনলগে। অসুম হায়না চৌঙ্ উনবি নিংথন্নকুনা শিনৌ মোইথাপনুংদা চঙথরে। হয় ময়াই কায়বী খোইস্নাম নিংঙোনবিনা তরেং খোংকাং-লয়না থাপলৌ

মরিন-শিংলকপদা খোইয়ুম শিদবনা নমু তাইবং মীরোলনা পাউমেল্লকই। তে খোইম্ন অহোঙবি! পলেম মতম মানবি নঙবু তাউও! চীঙ্ তাইবং খায়বা ঠেবু নঙগী শিন্নৌ মোইথাপন্নুংদা লৈরিয়ে। পলেম মতম মানবি নঙবু চীঙ্ ঐগী ইদাইরম্মু ওইহনগে। পোইরৈ সনা লৈবাক অসিদ খাবি থিয়াথৌ অমাই শুমতোং লাংবু ওইহনগে। খোইয়ুম ঐগী য়ারা ইপাউমেন অসিবু তাউ! হয়েং ইন্নুংশদা তাল্লবদা পম্মৌ ইপা ইবুংঙো খাগেন্দ্র নঙনা চংলগা হায়কও! নপারী সনা য়াপিহন্ন হায়রকপা য়ানে। পোইরৈ লৈশাংখোং মক হাওন্ন খুনজিল লমন্নুংশি লমলেন য়াঙ্গোই মকাইফমদ পারী নচা সন য়াপিহনগী উনবি পুক্লিংনা পাম্ন লমদম ওই। মফম হনুদা পম্মৌ ইপ নহাক্না নপারী ঐগীদমকপু ফুরা লাইশ শাবিয়ে। ফম লাইশংচন্ন্যদা নপ য়া ঐগী চেংলৌ শকপানথোকপু মালেম লয়রমগী খোইদ মিতম লাক্না তারেৎ শেনফা অতিংবনা হৈরগা ফুরা লাইশঙন্নদা থমিয়ে। পোইরৈ তাম্লোং ময়ুং কুইহনগে শাবন লানথোকপ নচান ভুক্তন নিংলৌ ফম্মাল মব চেংনা পালহলগে অন্নুম হায়না পলেম মতম মানবী ইমা নঙনা পাম্নৌগী খুয় খাদা হক্ষংলুও হায়ন চীঙ্ লাইপাউ হায়রক্লবদা খোইম্নাম নিংঙোনবী হন্নু ময়াই কারবীন নাতাবনদা খোইম্নাম নিংঙোনবীদি অচেন খংলে হৌনা (অখংবগ চকিবগ লোয়নন্না) খুংকাং চাংতৌ চৈ লমন্না তরং লাইজা ইরা চেন্না তীক্লা হীক্লা কয়কলে। অঙকপা কো তেবানবা। ইবুংঙো খোইয়ুম শিদব নহাক্কি কুম্ম অসিবু ননাই তোল্লবি নমু-তাইবং মাপোক য়ুমওইবি লাইবক শেনলাই থিরবী ঐহাক্কি ইফমদা খোইয়ুম নঙনা লেঙবিরক্লনা চীঙ্ খাবা নপাউদি তাক্তরে. চীঙ্ চেংলৌ শকপানথোং নিংথিবা লোইদাম থাক্ত খানিনগুম্নদি উজবা কংজদে। চীঙ্ নয়াথংবু মালেম লয়দ তাকদে. নদাইবেম ওইবি ঐকক্লা হয়েং কৌবা ইন্নুং শোয়রবগ পম্মৌ নপ. ইবুংঙোগী সনা খুয়া খাদা চেংনা খোইয়ুম নপাউমেন নিংথিব চীঙ্ য়ারা নখোঞ্জেল থুমথোকপবু তন্না হক্ষংচরুগে অন্নুম হায়না খোইম্নাম নিংঙোনবীনা চৈরৈ কিগাউ শানা য়াক্তহৌরে।

অহিং ইন্নুং লেনবনা শরা তয়না ওল্লবদা খোইম্নাম নিংঙোনবীনা খাংচেৎ মচি-লাং মানলো-লমথাং চৈরৈন। কোকথুম্নন, তুবি সনা য়োইকোননুংবু তান, কারকলে। নিংথৌগী শম্মখোঙবু য়ৌক্লনগা থোইন্নু অহোঙবিনা নিংথৌগী মনাই খোঙশঙববু লৈরবদ পারী মতম মানবা নিংথৌ মনাই অঙম্বা-ও! ঐদি অসি কোয়ম্বা অসিদ, তুবি ইনোংথৌ লাইরেন সন। থুম্মা থাবু থুকমলুপে অস্নুম হায়জরবদা নিংথৌ মনাই খোঙশঙবনা পালেম মানবী ইমাও! মফমসিদ। ঙাহাক নুংগাইমম্মবু অরা হকচাং চুইশোম্নবা মালং ইচিক থেমলমখো। তুবি লাইরেন ইনোংথৌ সন থুয়া থাদবু পলেম য়াম্না হঙংলুগে অস্নম হায়বম্নগা সন। য়োইকোননুংদা চংখিরে। পোইরৈ সন, মীতম ঙানবা লাইনিংথৌ! নদাইরেম তয়ম ঐগী ইথোঙশঙ খোংশঙ নঙম পুবদ, অহল মতম ওইরবী হম্ন ময়াই কারবি অমবু ইনোংথৌ সনা থুয়াখাবু পুকনজগে লাকচেদা সনা নোংদম ঙাইজরিয়ে। অস্নুম হায়রবদা মৈদি ঙু খাগেম্বনা কনা ওইরিগবা তয়মশা? থুনা য়াঙনা পুশিল্লকও। অস্নুম সনা য়াথং তাকপিরবদা নিংথৌগী মনাই খোঙশঙবনা তম্ন, লাঙ্গুনা খোইন্নু অহোঙবিবু পুশিল্লে সন থুয় খাদা পুকনলে।

নিংথৌ সনামাং য়োবগা থোইন্নু অহোঙবিনা নিংথৌগী সন থুয় থবু য়েলগ তিঙক তিঙক লৈজরবদ। মৈদিংঙুনা পালেন ইম। নহাকপু লমদম কৈদগী লাকপনে? কোলোয় নমিংনা কম্বিনে? নিংথৌ ঐগী ইকমদা লাকপবু রারম করি লৈবগী লাকপানা হায়না সন, য়াথং তাকপিরবদা থোইন্নু অহোঙবিনা হগচৈ। পোইরৈ নিংথৌ ইনিংথৌ, সনা মীতম ঙানবও! ননাই তেম্নবি ঐদি রাঙ্গোই মকাইকমদা লৈজবি কোলোয় ইমিংথোনদি থোইনু অহোঙবি কৌজেদে। ননাইনা সনা নাক্তা লাকচবদি করি হায়না হঙংসিবনো? লাইনিংথৌ! তাইবং কনানা থাজ-য়াদ্রবা য়াঙ্গানি। অতবু সনা থুয়া খাসিদা হঙ্গভবা য়াদ্রবা

ওইবনা তোম্নবিনা সনা খুয়া খাদা চেঞ্জরকপনি। ননাই তোম্নবিনা অহিং তাংলো লয়ন। থেংগ্রবদা লাইর অতোন তারবগী খমলৈ অয়েং চেংলবগী মরম্বা শিন্নৌ মোইথাপ নাইরঙৈ নপারী সনা বাপিহন চীঙু লাইগুইথিবনা শিন্নৌ মোইথাপম্নুংদা চঙ্গহনা চীঙু মাগী য়াম্বাবু খোইয়ুম লাইপাউনা তাইবং মীরোল থোক্ল। পাউমেন্নকয়ে। পলেম মতম মানবী খোইস্নান নিংঙোনবিও! চীঙু তাইবং খাম্বা ঐনে। ইনা নঙগী শিন্নৌ মোইথাপম্নুংদা লৈরিয়ে। চীঙু ঐগী চৈরা ইপাউবু তাবিয়ে। হয়েং ইনুং চানবগা পম্নৌ ইপ খাগেম্বা ভুবি মাগী মকাইফম সন খুয়া খাদবু হংকংলুও! নপারী ম্নুংচানবন পামজব। পোইরৈ লমম্নুংশি রাঙ্গেই মকাইফমদা নপারীগী ফম্বা লাইয়িম শাবিম্ন অহুগ। নপারীগী চেংলো শকপানথোংবু তরেং শেলহিং অহিংবন। অহয়ব থোনফু চঙ্গহনা ফম্বা লাইশঙম্নুংদা লাংপিয়ে। পোইরৈ তাম্নোং ময়ুং-কুই লেমথোং মরাক পাকহনগে। পনথৌ ইপা নহাক্কী নিংথৌ ফম্বাল মর চেংনা পানহনগে। মৈতৈ সন কংলৈপুংবু শাবন লানথোং ভাকুন নপারী ঐন। লৈজগে। অম্নুম হায়না নপারী সনা রাপিহন্ন। খোইয়ুম চিনগোই অমেঙবনা ননাই ঐঙোন্দা চীঙু লাইপাউ তাক্লকই। হিরম অসি লৈবগী শেনবি নখোং খাদবু হঙ্গংচগে লাকপনি।

হন্নু য়াম্বা তাবদা লাইনিংথৌ ভুবি খাগেম্বা পায়ম সনা রাখন তোন নিংখম্নে। পলেম মতম মানবী ইমাগী য়াম্বা পাউথোল অসিবু নিংথৌ ঐনা খাজসিবরা। অসি কোরৌ অসিদা পুরকইবা য়াম্বাবু নিংথৌ ঐনা লৌহনা খবক অসিবু থোক্লবা তোঙবদি পোইরৈ সনা লৈবাক্কী মীয়াম অসিনা উনবি মপুক মম্নুংদা করি রাখল তোগবা করি হায়না শোম্লাইবা য়ারাসিবু য়াফম থোক্কে নিঙখম্নবগী অম্নুম হায়না নোংদমলে। হে ইমা পলেম মতম মানবিও! নহাক্কী য়াম্বা থোম্লেল অসিবু নিংথৌ ঐনা থাজবা ঙমহিকলোই। ইপারী সনা রাপিহনগী মচেংলোম্নু

উড্রিদো। ইপারী চিনকোয় মিংথিবা য়ারা থুমথোইবস্থ নাতারোঁজে নিংথৌ ঐনা থাক্তহিকলোইয়ে। পলেম নঙবু শাউগনো। হায়না য়াদ্রবদা খোইস্নাম নিংঙোনবী থোইম্নু অহোওবিদি মৈদিংঙু থুমা খাবু পুরুম্নয়বগা মোংবা মরাল হলরাইখি।

অস্নম্না মৈদিংঙু নিংথৌরেন খাগেম্বনা য়াদ্রবদা চীঙু তাইবং খায়বা মালেম লয়রোন ১৪ মকপু খোইয়ুম মিংনা উঙম্বনা অনৌব উনবি লয়নিংশিংনা নিংখল্লে। চীঙু ঐহাক্তি লমলেন রাঙ্গোই লমজুংশিগী মকাইফমদা লৈবিবা ইদাইরেম * লৈশাংথেমচা খোম্নাগী মফম লাংদ চৎলগে খোইয়ুম ঐগী ইহাকথক্তা পেইবৈ মন্নুং ভসিদা তয়ম মাবু মিংনাইবা অমাই শুমতোলাং এইন পোইবৈ শীন্না থঙহনগে। অস্নম্না নিঙথল্লবগী মালং কেনচি—এই খমকোল নোংলৈ এইতুনা মদাইবেম খোম্না-কৌবগী মোংবা মরানয়াইদবু য়াইথংলুবে। মতম অসিদা মদাইরেম লৈশাং খোম্না .কৌবদি খোইয়ুম মিংখৈ অথপ্পা মৈতৈ পুযা পারঙে চীঙু শিদবা মাগী মিংখৈবু উনবি তুংদা নিংশিংন লৈবিইঙ মতমদ চীঙু তাইবং খায়বনা চেংলো শকপানথোং নিংথিবা ভাইব পুম্বা পুকহবা লোইদাম থাজ থানিনগুম্বা শক্তুম্না মদাইরেম খোম্নাগী শম্নু মাঙদ ঙানবিরে। খোইয়ুম য়ারা খোঙ্গেল হুংশিবা ইঙা কুমংহনব, ইঙেল কুমথাইবনা হয়ি খেন্দানব মখোঙ্গেম্না নম্নু মীরোল খোক্না হায়রকলে। হে ইদাইরেম খোম্না-ও! তাংজ নমাইবু চীঙু ঐঙোন্দ য়েংলকও অস্নম খোইয়ুম মপাউ লাউরক্লবদা মদাইরেম খোম্নানা তাংজ লয়না কাঙনা য়েংলুববু খোইয়ুম শিদবনা সনা ফিগে—থোন লোইদাম থাজ লিশিংনা ঈঙনা চীক্না ঙানবগুম মোংবা মুময়াই-কাদ ঙানথোইনা লৈরম্লবদ পোইরৈ লৈশাং খোম্নাদি তুজুং মাংজুং-হো মিংসনা তরং লাইজ শিম্বনা মালেম লৈমাই-থক্তা মৌবি কোংয়াং চৈশ্না পক্না তাবগুম পুনেমজরকলে। মতম অদুদা

* লৈশাংখোম্না=লৈশাংথেম খোম্না, বাঙ্গোইদা লৈবা মৈতৈ পুয়া লাইরিক শন্না পণ্ডিতি এইদ্রিসা তুংদা মনিংচৎপ পণ্ডিত অমা এইরক্তদনা মাশকনি।

চীঙ্ তাইবং খায়বনা পাউমেল্লকই ভয়ম নঙবু ভাউও! চীঙ্ তাইবং খাযবা মালেম লয়শেম্বা ঐনা খোম্মা নঙগী মোংবা নকমলাংদ লাকপদি ভয়েং ইমুং শরা ভাল্লবদা পস্তৌ ইপ খাগেম্বগী সনা খুয়াখাদা চৎলুও! নপারী মুংচানবা সনা বাপিহন চীঙ্ লাইওইবনা হ্‌য়জরকপনে। লমলেন তোল্লোং লম্মহন খোয়ুম মরমখে রাঙ্গোই মকাইফমদা ফরা লাইশঙ শাবিয়া। চীঙ্ ঐগী চেংলৌ শকপানপোংবু মালেম লয়কম-তৌ খোইরু মিতম-লাক্লা ওরেৎ শেনতিং হয়বগা ফরা লাইশঙ্মুংদবু ইরাৎপিয়ো, পোইরৈ তানখোং ময়ুংকুই লেমখোং মরাক পাক্লা পোইরৈ শংবন লানখোং-ঙাক লৈবাক মরা ভুপা নিংথৌ কম্বাল থক্তা কুমজা কুমশিং কুইনবু পালহলগে হায়না হায়রুও। মতম অতুদা ইদাইবেম নঙগী লুরাই কোইবেনথক্ত চীঙ্ ঐন তোংতুনা নমু তাইবংনমুং উহন্দা খোইয়ুম লাইনমুং খঙহন্দনা চীঙ্ ঐগা নঙগা লাইবোইননা পস্তৌ খাগেম্বগী সনা য়োইকোনমুংদা কারসি। খোম্মা নঙগী চিনকোয় নপাউমেনবু নিংথৌরেন পোইরৈ খাগেম্বনা খোঙই রাওই তাদ্রবদা চীঙ্ ঐনা নমু তাইবং মীরেংন থোক্লা পস্তৌ ইপাগী মফমদা হায়ক্কগে হায়না চীঙ্ খোইয়ুম মপাউবু মেল্লক্লবদা তেংনদ লৈশাং খেম্মন, খোইয়ুম চীঙ্ ময়াংংবু মালেম কয়দ তাফারাই হায়নবগী চৈরৈ ফিগাউ শানা য়াজরকলে।

চীঙ্ অতিংকোক মক শিংব, মাতিবি য়েনহৌবীগী অমম লৈশানকপা খেরে মুংগুন তগুপ্পা পোইদিংঙ্ নেংথাং তংগলেন তাইবং লাইজ হিপোকপা চীঙ্ নত্তিক অরুবা খোইয়ুম শানগুন য়াম্বা লাইনিংথৌ নদাইনেম ভয়ম ইরাকমনা খোইয়ুম নয়াথং অরুববু ইমু শরা ভাল্লন্দ তংজ লদ খোনা নিংথৌ সনা য়োইকোনমু পোইরৈ সনা মিতম ভানবগী সম্নথোংভবু য়োরবদ নিংথৌ মনাই খোঙশঙবদা খোম্মানা অমুম পাউমেজরকয় নিংথৌ মনাই মুংচানব অঙম্ব নখোয় পুম্ববু ভাউও! পোইরৈ সনা থুননি থৌ য়াইযথোইবদা অমুক্তং হঙৎপিয়ো। নিংথৌ সনা খুয়া থাবু অমুক্তং থুকংজগে অহল অমা লাকচরি হায়না হংৎপিয়ো

হায়রববদা নিংথৌ মনাই থোঙশঙবন চংখিদুনা লাইরেন মনোংথো ভুবি লৈমাবা নি থৌরেল খাগেম্বগী সনা থুয়া খাদা খুকমনা পোইরৈ সনা মীতেব ঙানবা লাইনিংথৌ ! নপাই ঐখোয়না পুজব থোঙ কংলা সম্নথো সিদ, অহল মতম ওইরব, অমবু লাকুনা সনা থুয়া খাবু খুকমজগে লাকপবু পুশিল্লরকপা য়াগবরা হায়না হঙ্গংলে। মৈদিংঙু ভুবি খাগেম্বনা সনা য়াথং তাক্লকই। তয়ম থোঙশঙব ইঙাইরোই ! তয়দ নখোইনা শীন্দুন অহলতুবু পুরকলাও !

নিংথৌ মনাই ঙ্গংচানবশিংন তগ্ন চংখিদুন থোম্মা হূঙমৃ-চাবু পুশিল্লে। নিংথৌ মাঙদ য়েংবগ লৈশাং থোম্ম অহলনা পোইবৈ লৈবাক লৈমাবা কংলৈ নিংথৌ ইনিংথৌও ! সন মীতেম ঙানবা হুয়েন লাংজং শাকবা ! নদাইরেন তযম ঐনা সনা থুয়া খাদবু পুনেমজরি। পস্তে পোকমাবা মানবা ইপুঙ ! নহাকপু কনানো ? নিংথৌ ঐনা নশক নতৌস্নং খংদ্রিয়ে। পোইবৈ লমদম কৈদবু লৈবনো ? কোলোয মিংলেয়া করিনো ? থৌরম করি লৈবগী নিংথৌ ঐগী নাক্তবু লাকপিবনো ? অস্নম পাউহংখোনবু তারবগা লৈশাং থোম্মানা পাউমেল্লে ! চীঙু শিদনা থোইনুম তাইবং খায়বা নপারী ইবুংঙো সনা রাপিহন্না নদাই তয়ম ঐগী অহিং তাংলো লয়ন থেংলবদা থোইযুম মাহাক্কী চেংলো শকপানথোং নিংথিবা লোইদাম থ ত থানিনগুধনা লেঙবিরকুন নমু তাইবং মীরেল থোকন, হায়বময়ে। ইদাইদেন থোম্ম, নহাক্ল পনথৌ ইপা ইবুংঙোগী সনা থুয়াখাদ, হংকনুঙ ! পারী নচা সনা রাপিহনদি লমলেন মদাইনা হাউনু থুনজিন লমন্নংশি, রাঙ্গোই মকাইফম অসিবু নচানা পামজবা লননে। নগন অতুদ, ফুর, লাইশঙ শাবিযু চীঙু লাইফম য়াবিয়ু অতপা নপারী এগী চেংলো শকপানথো, অসিবু তরেং শেনহিং হয়দুনা য়ারা লাইয়িন তুংদা লাৎপিয়ু। পোইরৈ তানথোং ময়ুংকুই লেমথোং নরাক পাক্লা শাবন লাম্থোং ঙাক্লা কংলা ফম্বাল মরা চেংনা পালহংগে। অস্নম হায়না নপারী সনা রাপিহন্না পাইনেল্লরকই লাইনিংথৌ। থোম্ম, য়ারা তাবদা

মৈদিংঙ্গু লাইরেন খাগেন্দ্রনা ইপু নহাক্কী য়াম্লাসিবু নিংথৌ ঐবু ভুকলেদা লাইরেন ঐদি খাজ্জছিকলোইয়ে। ইপারী মুংচানবগী চেংলৌ শকপান-থোংবু উদ্রিয়ে লাইরেন ঐনা য়াঙনলোই। পারী ইচা ইবুংঙো, খোইয়ুম চীঙ লাইওইখিব, মহাক্কী য়ার। মপাউখোনবু নিংথৌ ঐনা তাবা ফংদ্রিয়ে। অদুবু ঐনদি করম হায়না খাজরসিগে ?

---

## মতম অসিদা খোইয়ুম লাইপাউ ওইনা তরঙদগী লাউরকই।

" হাদ পম্বৌ অপোকপা! নপারী ঐগী য়ারা ইখোঝেল অসিবু তাবিয়ু। নপারী ঐন খোইয়ুম লাইওইখিবা মরম্না নমু মীরমলেন্দদি তিনবা ময়াদবে। মচাগী চেংলৌ শকপানথোংবু উদে হায়বতনি। নপারী ঐদি অমং অত্তা লৈত্রবা চীঙ শিদবা খোইয়ুমনি। অসাইঙৈগী ঙাংনব বরম্বু নদ ইরেম খোম্ম। মহাক্কী লম্লাই কেংইরেন থক্তা লৈন, নাত্তারি। পম্বৌ অপোকপা নহাক্কী পুকনিংদা চিংনরিবা হিরমবু চীঙ ঐনা লোইনা খঙলে। নপারী ঐগী চেংলৌ শকপানথোংবু উদ্রিমথৈ খাজদে খনবিবদু চীঙ ঐনা য়াকাইগে। লহাননোং পম্বৌ নঙনা সনামফিবু ইবুংঙো নহাক্কী নশক নতৌবু তাইবংশিংনা ঙাংনরি, নশক নওং নাইদে, নঙগী নশক নওংবু করম্বগী শকওং শক্তমনো হায়না খঙনিঙবগী নিংখনখিবদুনা চীঙ তাইবং খায়বা ঐহাক্কী শক্তমদি নমু তাইবং মশক্তি খঙহনগে হায়বগীবু পম্বৌ নঙগী নফমদা নপারীবু ওইদুনা তাইবং ওইনা লাকপনি। চীঙ ঐহাক্তি নমু তাইবং মপোক্তা কুমজা ৭

মপুং ওই ৮ চংলবা মতমদা চৌঙ্ শিত্তিন ওইবগী খোইয়ুম হৌনশ, ওইবনা কোরো মশীং শুরবগী খোইয়ুম লাই ওইখিংবনি। হৌজিক্কি পম্বো ইপা নহাক্না ঐগী চেংলে ইশকপু উদ্রবদি থাজদে হায়রবু নমু তাইবং মপোক্কদি উণ্ডল্লরোইয়ে। ভৌয়িগীদি পনথো নঙন, উনিংলবদি হয়েং ইনুং ভাল্লবগা মালং নোংছমশঙদা নোংপোক চকলাইশেন অপানবা সনা হকচাং চনবু থাবিয়ো। মিংশেন অতুগী মমাংদা চৌঙ্ লকা ফমজাউবা তাইবং শবী শিদবাগী তাউজিং হৈরুক শেন্না থাজোও! মতম অতুদা পনথো-ইপা নহাকা পলেম ইমা লৈমা পোকমাবীগ অনিনা মিংশেন অতু মনুংদ চেংলো মিংথিংন য়েংবিয়ো। মতম অতুদা নপারি সনা রাপিহনব ওইনা থোক্লকে"।

অসুম হায়না খোইয়ুম লাইপাউ ল'উংবল্লবদা মৈদি'ঙ্ খাগেম্বন য়াম্না খোঙ্গেল থে ক্লা মীকপথি। ইপা'নীও মুং5 নব! নহাকপু ইপানা নমু তাইবংনি, সনা রাপিহন্নি হায়বগী রাখল্লববু ভমপ্পা ওইরেকে ঐহাক্তি। ফবে হয়েং ইনুঙ শবা ভৈরগা মাল' নোংছমশঙদা নোংপোক চকলাযাংশন হকচাং চনবা মিংশেনবু থাংগে। খোইয়ুম খুয় থাদবু তাউজি' হয়রুক কাজগে। খোংরাই মতম অতুদা পনথো নপা ঐহাকা পলেম মমা পোকমাবীগ ঐখোয় অনিনা চেংলো শা'দানবদ পাবী নঙবু থোক্লকউ। পনথো নপা ঐহাক্না পারী নঙগী চেংলোবু শকউদবা কুইরকলে। য়ার' খোন্দানন পুকমেন পাউমেন্নশিকো পা'নীও! অসুম্না য়'ম্না লৌথিন্নব।

কোরো অসি নেংগী অহিং ভাংলো হৈরবা ইনুঙ শরু ভৈরগা মৈদি'ঙ্ লাইনেন খাগেম্বনা মালং নোংছমশঙদা সন থোঙলেংলে। পালেম মমা পোকমাবী লৈমন সনা থৌগন ভৌরে। মাল' নোংছমশঙবু য়োরবগা নোংপোক চকলৈশেন অপানববু থা খোইয়ুম খুদাফমদা তাউজিং হয়রুক কাচনা মৈদিংঙ্না য়েংভা-কম লৈমলোন্না ওইদ-কম মিংশেন মুংদ মিংয়েং শানখৈরবদা চৌঙ্ তাইবং থারব মপান্না সনা রাপিহন্না চেংলো

শকপামথোং নিংখিববু লিক্লাই মিংশেনলুংদা ভরং ভরং চোংথোক্লে, চপ লৈপ্পা লৈরবে। মতৌ অসি উরবদা মৈদিংগু খাগেম্বদি মিংসনা ভরংহৌ লাইজ ইরাচেল্ল মপারীবু কৌহুন কপ্পকলে। পালেম মমা পোকমাবীসু মপারীগী চেংলৌ মশক উবদা থাম্মোই লাইমুম কাযম্রহুনা মালেম লয়দা ওয়া লরাই শমদোং ফোয়না ভুথরে। ভাহাক পাঙ্গোই ভুকরগা চৌগংলক্লুন ইপারী নঙবু লাউও। পালেম নম ঐহ ক্লা ইপারী নঙগী চেংলৌবু উদনা মুংশংলে। পালেম নম ঐহাক্কী ফৈরাতান্দ পমগে ল উও! পালেম নমা ঐহাক্কী লাইজ থবয়োংলুংগী লাইজ লিক্ল ভরুববু ইপারী নঙগী মোইকাই চিংবলংদবু য়িংগে লাউও। লহানবোং ইমা ইচ ভনিন শমু মায়য়োক্লহুনা নঙগী লোইদাম থাজ খানিনগুম্ব মায়থোংবু ইমানা অমক্তং য়েংখিগে। অস্মা যার থোক্লা কল্লিভে চৌঙ ভাইবং খায়বদি মলং গেনচি-ওই খমকোন লোপুল ওয়হুনা ম চখিরে।

অস্সুম্না মাঙ্গত্রবদ মৈদিংগু খাগেম্বগ পলেম মমা পোকমাবীগা অনিমাদি মাব শঙ্গায় ভান হলরায়রে। মৈদিংগু খাগেম্বনা মপারীগী চেংলৌ শকপা-থোংবু উরবদা ইনুং শরা ছান্ত্রবপা পোইবৈ খুৎহৈবশিংবু পুহুন লমলেন রাজোই মকাইফম্দা মপারীগী দমকপু ফুরা লাইয়িম শাহল্লে। যুম্ন লাইয়িম শারবগা পোইবৈ সনা লৈবাক্কী সেঙ্গবা অমদোংব কৌহুনা মপারীগী চেংলৌ শকপা-থোংবু মালেম লয়রুম-ভে খোযক নিভম লাকহন্না ফাইরেন থানিন থাজগী ১০নি পানবা য়িমশাকৈশা কে রৌদা ভবেং শেনচা অহিংবনা কোলু ওইনা হয়খরে। ভস্নুম অশোয় অভাম লৈভনা হয়রবদা লোইদাম ফাইরেন থাজগী থানিন নোংজাদা পোইবৈ নায়চা হুপ্পা চৌঙ ভাইবং খায়বমু রাঙ্গোই মকাইফমদা পুথহুনা ফুরা লাইয়িমলুংদা থম্না ইরাং পুরুমলে। চৌঙ মনায় অচানবী থোইসু অহেংখবিবু কৌহুনা চৌঙ মহাক্কী * থাবী শীঙদা চলহল্লে। মাইবা

* থাবী মাইবী।

মাইবী পুন্নমক্কা ইন্নাং থৌনি তৌরে। থোংবাই মতম অসিদা * খাগেম্ব অপোই মচানা মনাউ লৈশাং খোম্বাবু নিংথৌ লোইশঙ অচৌবগী মাইচৌ পণ্ডিত হাপপিরে।

মতৌ অস্মম তৌদুনা মৈদিংঙুগী হাক্কক্কা চীঙ্ লৌতিন্নরবগী মতুংদা মৈদিংঙুগী চারী চাদা ছুইথবা চীঙ্ মরনকুদগী খুঙ্গাউবা পোকচরে। খুঙ্গাউবনা পাইখোম্বা, পাইখোম্বনা চরাইরোংবা, চরাইরোংবনা পামহৈবা পোকখরে। মতম অসি ফাউবদি চীঙ্ মাবু মুংহীরু ইন্নাং পুকমজরবগী পোইরৈ শীন্না মরা ভগ্না পাংশ্লয়ে। পামহৈবা নিংথৌ সনা হাকথক্কী মতমদা শিলোট মপৃঙ য়ায়দগী শান্তদাস মহন্তনা মাগী চেক্লা ভগবানদাস নারানদাস ২ মাগা লোয়নদুনা মখোয় ৩ না মৈতৈ লৈবাক্তা রামান্দি ধরমা য়েল্লুসি হায়না রামায়ন কৌবা মহাপুরানগা লোয়ননা লাকপনা ভ'প্রম চীংজেন্দা লাক্কুনা মৈতৈ ভমদা ভারক্লবগা পামহৈবা নিংথৌগী কংলা শঙ্গায় শন্নখোঙদা থংলরে। মপু মনায় ৩ দি শক্তিবু থাদ ভমদা থংলৈয়ে। মখোয় ৩ উরগা নিংথৌ মনায় থোঙশংবন পাউহংলবদা নিংথৌ সনা পুয়া খাবু খুরুমজগে হায়বগী লাকপনে হায়ন পাউথুম্বু ভারগা হে সাধু লম্বোয়ব! ইপোইরৈ মৈতৈ অসিগী লাইবেন ইনোংখৌ মৈদিংঙ্ পামহৈবদি লাংথবান সনা য়োইকোনদুং অনৌবা কোম্নুং অচনবদা মপারী শ্যামশাই খুরাইলাকপগ লৈখিয়ে অস্মম পাউতাক্লবদা মৈরৈবাক লম্বোইবা শান্তদাসনা অত্তুদি নিংথৌ মঙাইয়োই থোঙশংবও! নিংথৌ নাকপু য়ৌনবা লম্বোই ঐখোই ৩ বু থিনবিয়ো মরম লমলেন লাংথবান্দি মৈরৈবাকচা ওইরবগী ঐখোইনা খঙলৌদে। রারম অরুবা লৈবনা কংলৈ নিংথৌবু উনগে। অস্মম হায়রবদা নিংথৌ মনাইশিংনা রাম্না ফরে হ'য়রদুনা লমজিঙলে। লমলেন লাংথবানবু

* খাগেম অপোই মচানা=লৌরেম্বম খোংনাং থাবা শানওবথি। পণ্ডিত লাংওন্দা অমুমা হায়রি।

য়ৌরবদা কোন্নং অনৌবা মশঙ্গাইগী শন্নখোংদ। সাধু লম্বোই ৩ বু থম্লবদা সনা নাক্তা য়ৌরকলে অতুগা হঙ্গৎচখি। মৈদিংগু পোইরৈ সন। মিতম ঙানবা লাইনিংথৌ হুয়েন লাংজেং শাফাবা! মৈরৈবাক মচা অহুম। ইনোংথৌ সনা খুযা খাদবু খুরুমজগে লাকচরি অসুম হঙ্গৎলবদা অসাইভৈগী লম্বোইব। ৩গী শমু নাকতা য়ৌনব, পোইরৈ নিংথৌ পামহৈবা সনা খোংলেংবিরক্লে। মৈদিংগুনা খোংলেংলকপ। উবদা মীরৈবাক লম্বোইবা সান্তদাসগ, মখোয় ৩ দি রাম রাম হায়না মুখ চিনবানখোংদা শোল্লবগ, পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেন ইবুংগু সনা খুয়, খাদবু কোয়ং চৈগুম তাতুন খুকমজখিয়ে। মতৌ অসি উবদা সনা য়াথং তাক্লকই, হে সাধু ৩ ম; করব। লৈবাক্তগী লাকপনে? কোলেংম্ব মিংলেন্ন, করি করি কৌবনো? অসুম রাহৎলময়ে। মৈতৈ নিংথৌরেনঙ তাবিয়ো। ননাই ঐনা শান্তদাস মহন্ত হায়না কৌব। রাম.ন্দি ধর্ম্মগী গুরুনে. ঐগা লোইনরক্লিবা ২ সিন ভগবানদাস নারানদাস অসুম কৌয়ে। অতুগা ঐখোয়দি শিলেট মপুংয়ায়দগী লাকপনে। ঐখোয়না লাইনিংথৌ নংবু খুকথবা লাকচবদি মৈতৈ সনা লৈপাক অসিগী মী খুদিংসু রামান্দি ধরমা অখোইবসিবু চৎহনসে। মচিন্দ রাম নাম শোলহলসে। শ্রীরঘুনাথ রামচন্দ্রগী মিংথৈবু শোলহন্দুনা মৈতৈ লৈবাকপু নিলহনসে অসিগীদমক ঐখোয় লাকপনে। রারম অসি তারবদা মৈদিংগু পামহৈবনা রাম রাম তায়না শোনববু সন পুক্লিংদা থংপাম পাম্লমই। সনা নাক্তা থৌগল্লিবা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খুরাইলাকপসু পুক্লিংদা প মজতুনা রাম রাম হায়না শোনখি। পামহৈবা নিংথৌনা হে গুরু অখোইবা নিংথৌ ঐগী ইপুক্তদি চাঙ রাম নামুংবগুম পামজবা লাই অম। লৈতরে। হৌজিক্তি নিংথৌ ঐগী লাইবক ফবনা শ্রীরাম নামুংবনা থৌজাল লনকুবিবনা গুরু লাইঙইব। নহাকপু নিংথৌ ইনাক তাম্না পুবিরক্লবনে। হৌজিকতি ঐগী কোনলোয় ইশঙ্গায়মুংদা লেঙলসে, শ্রীরাম নামুংবগী রারী থরদংবু নিংথৌ ইকমলাংদা লৌবিয়ু। অসুম হায়নবগী মরম্না সনা শঙ্গায়দ। লেঙশিল্লে। নিংথৌনে

শান্তদাসনে, স্নাহল শ্যামশাইনে চেকলা ২ নে মখোয় ৫ মীনা রামায়ন কৌবা পুরানবু ভাগদবগী শংলো গৌরাংলে। ধুপ থাউবৈ থীন, ভাউডিং হয়ক্কক কংনা রামায়ন রারী হুংঙাইববু পাঠ তৌনবা মঙ্গলাচরনবু হৌরবদ, চীঙ নোংদম অমা তন্নকলে। কোরৌ নেংদোল অরাংববু কোরে মনোংশানা অভিংঙ শীন্ন শেংলমববু মকম ইথঙ থংতৌদনা অমংবা নোংদা কুপ্পবগী রাংবন মতেনচ খাকপা মতেনইজনা থাম্বী মৈরিক থোক্ল থাদরবগী রামায়ন কৌবা পুর নবু মৈতৈ লাংপোক থোকলে। মখোয় ৫ মকন্থ অচেন খংলৈ তৌনা চেংলো মমিং ফিংলবগী রাম রাম হ য়না মচিন্দা নাম্ব শোনভনা নিংবা কায়ন চেন্নরে। মতম অসিদা শান্তদাস মহন্তন প্রভু! কবি মতে কৌবনো? ননাই ঐনা ইবুংঙা নঙগী নফমদ কবি অকায়বা য়াউখ্রবনে? বৃপা পিনবিযু হায়না শ্রীরামগী নাম্ব মচিন্দ শোনজন্তুনা তাংজ ইকাই নঙনা চেংলো মমিং তুথনা মমিং মনাই চাংলবগী নংলম লয়দা লূক্কা রাঙংজখিয়ে।

মৈদিংঙ পামৈবগ মচ ইবু ঙো শ্যামশাইগ অনিম ইচক চক্লৈরবদ শান্তদাস মহন্তন নিংথৌ যেংন হাযক্তখি। মৈদিংঙ নিংথৌরেন! মালং অভ্রম ভোয়না কোরে খ কপা মঙ চান রামায়ন কৌবা পুরানস্ত কোরৌ নৈশা লাংলবগী থাম্বী মৈপোক থোকখিনা নিঙবা পূম্বা কায়রেদা। মহাপুরানসিবু য় উদন করি গদি কৈত্রনগী তাইব পুম্বা থাজনিহীবোইয়ে। ঐগী ইচেকল ভগবানদাস নারানদাস অনিমক্কা শ্রীনামকথা খুমথোইবা রারীবু কংানিলপ তৌত্থ নৈনিরমও। হয়েং ইন্নু ঙাল্লবগ, শিলোট ঐগী ইরৈবাক চংনা অভোম্বা রামায়ন লৌনগে অস্নন রাইমজরবদা মৈদিংঙনা হে মহন্ত অথোইব! কোরে নেংজ কয়ানিবু চংকবনো হায়ন পাউহংলবদ লোইদাম থাবুন ওম অনীগী থাবুমন্নুংদ পোইরে বংলৈ অসিদ হলরাইরকে হঙ্গংলে। মহন্ত য়ারা তারবদ মৈদিংঙনা হায়জখি। হে মহন্ত পোইরে ঐগী ইরৈবাক মৈতৈ ঐগী ইরমন পোইরে শীন্না রামান্দি ধরমা ভরদবু চংনা মচিন রাম রাম

শোনহল্লবনা থুনা য়াঙনা পামজরে । অসুম রারীনরবগা ইমুং অহু হৌখিবনা মোংঙান ভুউ ওইরবদা শান্তদাস মহন্ত মাগী শিলেট মপুংয়াইদা ভন্না হনখিরে ।

অসিগী মতুংদা পামহৈবা নিংথৌনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইগা ভগবানদাস নারায়নদাস ২ মাগা লোয়নন সনা কংল মপুঙয়াইদা লাক্লবগী কোন্নুং য়ৌরদুনা অরা হকচোক লাংনা পোংখারে । মহন্তগী চেক্লানা হে মৈদিংঙু নিংথৌও ! গুরুদেব শান্তিদাসনা রাম য়ন রাণী সুংঙাইববু পাঠ তৌগে তৌববু খাম্বী মৈপোক থোকপদি পুক্নিং অঙক ফংখরে ! নপোইরৈ নঙগী নরৈবাক অসিদা মন্তিক মহুন থোক্লদোকপা করি লাইবু লৈবগে অসুম রায়রবদা মৈদিংঙুনা হে চেক্লা মাতুদি ইপোইরৈ লমদম অসিগী মাইচৌ পণ্ডিতশিংনা মখল্লয়ে । অসুম পাউথুম্নবদা ভগবানদাস নারায়নদাস অনিন অতৈ নিংথৌরেল ! পণ্ডিত মাইচৌ অখঙববু কৌখংলে লাইফম তিনঙ্কম অরুববু খঙদুনা মথৌ মঙম পংথোক্লা চীঙ মাবু মাঙনবা তৌরবদা সন পুক্নিংদা পামলিববু পাংথোক্লোইয়ে । অসুম রা হঙংলবদা নিংথৌনা উনবিন্নুংদা খল্লকই । মহন্ত চেক্লা ২ গী য়ার অসিবু চুমরে খল্লবগী নিংথৌ শেনবা তয়ম নাইচা থাদুনা মাইচৌ লৌরেম্বা থোংনাংবু কৌরু হায়না থাখরে । নিংথৌ মনাইশিংনা থোংনাংথাবগী নাক্লা য়ৌরবগা সন য়াথং পাউদম্নবদা হে নিংথৌ মনাইশিং-ও ! ইপুদি হকচাং ঙমদরে । নিংথৌগী অরুবা রাকম ওইরগা নপু মোইরাং ললহাম্বা অহু কৌদুনা পুথো অসুম তাকপিরবগা খন য়াঙনা নিংথৌ সনা থুম্না থাদা নিংথৌ মনাইশিংনা পাউদম্লরে । নিংথৌ মনাইশিংগী য়ার পাউথোল তারবগা মোইরাং ললহাম্বা কৌরু হায়না অমরক পাউশীরে । নিংথৌ মনাইশিংনা ভন্না চৎখিদুনা সনা য়াথং হায়রবগা মোইরাং ললহাম্বদি নিংথৌ য়াথং ফিগাউননা নাই ইপু লাকচরে হায়দুনা নিংথৌ মাঙদা লেপ্লা খুরুম্লরে । মপু ললহাম্বা উংগা মৈদিংঙুনা পাউহংখি । ইপু ! এগী পোক্তরৈ মৈতৈ লৈবাক সিদা চীঙ অরুবা করম্বা খোইয়ুম অচিনবা করম্ববু লৈরবগে

হংজনিংবগী ইপুবু কৌবনে। পোইরৈ মিতম ঙানবা ইনোংথোও ! মৈতৈ ইরৈবাক অসিগী খোইয়ুম অরুবা, চীঙ্গ মতে হকপদি ইপুনা করিবু হায়রসিবনো ? নবুধো কংলৈ মৈদিংঙু, তুবি খাগেম্বগী মপারী সনা রাপিহল চীঙ্গ লাইওইনা তাইবং থায়বগী চেংলো শকপানথোং তরেৎ শেলহিং হয়না ফুরা লাইয়িমঙুংদা লাৎলিবা লাইনিংথো সনামহি মালেম লয়শেম্বদি অরুবা লাইরে। অসিদগী হেন্না লুবা লাইবু করম্বা অমা লাকখিবনো ? অসিদগী নবুধো পাখংবসু তরুবা লাইফম অমনি। অসিদগী ইপুনা হেন্না থঙবা লুবা লাইবু করম্ব অমা লৈগদগে হায়ন বাহন্নগা মৈদিংঙু পামহৈবনা অদুদি ইপু ! ইবুধো সনামহি অসিবু তিনথোং লাইথোং খিংভিন্দুনা মহী ময়াই চয়বা করি লৈগদগে ? নিংথৌ য়ারা তাবদা মোইরাং ললহাম্বনা চি: করি রানো ? নিংথেম ! লাইনিংথো ! নবুধৌ মালেম লয়শেম্বা লাইবু কৈ-দগী মাঙবা ঙমগদগে ! অদুগা নবুধো পাখংবসু কনানা মাঙহনবা ঙমগনি ! অসুম পাউখুম্নবদা নিংথৌনা হায়খি ইপু ! ললহাম্বা ! ঐগী মৈতৈ লৈবাক অসিগী তাইবং য়ুমথোং থুদিংনা রামান্দি ধম্ম অসি চংহনগে। ইবুধৌ সনামহিগী মিংথৌ খাদোকহল্লগে। নিংথৌ ঐনা পামজবা ধম্মনি অদুনা ইপু ! ঐগী অপাম্বা অনিঙবা অসি ভৌবিয়ু। নিংথৌ য়ারা তাবদ ললহাম্বন হায়খি। করি রানা লাইনিংথৌ ? নবুধৌ সনামহিগী মিংথৌ অখোইবা অঙ্কিদি থাক্দে। থক্তা হৌখিবা নবুধৌশিংনা নিঙনম্বা অমদি শেমন্নবা লাইনি, অদুনা মহাকপু ভংলাল্লগা নিংগেম, নহাক্কী অমসুং মৈতৈ লৈবাক্কী অনাঙবা ওইগনি। অদুদসু নহুনা মীপুম খুদিংনসু মাগী মাগী পারি পুরি লাই ওইবনা থাদোক্লগা, শোন্নগমু হায়বা য়ারোই। মোইরাং ললহাম্বগী রা তাবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা হায়খি। ইপু ! নিংথৌ ঐনা তৌগে নিঙলবা থবক্তা মৈতৈ লৈবাক অসিদা কনানা থিংগনি। মৈতৈ খুদিংনা করম্না ইনলোইদৌরিবনো। অদুগা ইপুনসু থিংবা ঙম্লোই, ইপুগী নত্তিকসু লৈতে। নিংথৌ ঐগী ইনিঙনি। রা

অসি তাবদ মোইরাং ললহাম্বনা হায়খি। লাইনিংথৌনা পামলিবা সনা পুক্লিং অত্তুবু ননাই ইপুনা থিংবগী বা লৈত্তে অত্তুগা পোইরৈ সনা লৈবক্কী তাইবং মুমখোং খুদিংবু শোলহনগনি, চৎহনগনি হায়রিব। ধর্ম্ম অত্তু মোইরাং ললহাম্বা ঐচোন্দ অতোপ্পা লাইশোন অমা শোল্লো হায়রবদা ননাই ইপুগী চকচাং মন্নুংদা মিহুল অমত্তুংদা লৈরিবৈদদি ইপুদি শোল্লরোই। ঐগী ইহকচাংসি মত্তুপ তবেৎ থোক্লা করবস্নু পানি পুবিলাইবু থাব জমজরোই ইমোংথো!

রা অসি তাবদ মৈদিংঙু পামহৈবন। হায়খি — ইপু! নিংথৌ ঐনা নিঙলিবা থবক অসি ইপুনা য়েখাইগে থুগাইগে হাযবিরোইরে। নত্তিক নপান্নু নত্তে নিঙদবরা ইপু? ললহাম্বনা হায়খি :— লাইনিংথৌনা ওম্মি হাযদগী মত্তো তোঁগদবা মহায়। মতুদি নিংথৌগী অকনবা চৈবাকনি। চৈবাক অহু কিদব মীনদি কনিস্নু চঙলোই।

মৈদিংঙুনা রাসি তাবদা তানিঙদে ইপু! নরা লৌবোই নশক য়েংনি দে, থাপ্পা চৎথোকপ্রো! নিংথৌ য়ার তাবদা ললহাম্বনা যাম্না ফরে, লাইনিংথৌ! ননাই ইপু চচ্চরগে। অস্নুম্না ললহাম্বা চৎখরে। মতুংদ ভগবানদাস, নবানদাস অনিনা লাইনিংথৌ ইবুঙো তাবিয়ে। চৌত্তিক ললহাম্বনা হায়বগ্রিব রা অসিদি নহাক্লা নিঙলিবা ধর্ম্মবু অরানবনি অত্তুগা মৈতৈগী মুমথোং খুদিং বামান্দি চৎহনবা হায়বা অসি ওইথোক্কবনি হাযব বানি। মরম অত্তুন ননাই ঐখোযনা পামজবদি মৈদিংঙু নিংথৌবেল সনা-কাদা খুবোথানা য়েক্কবা ওইত্তুনা য়েংলিব, অসিগুম্বা মীওই অসি লৈববদি লাইনিংথৌগী সনা পুক্লিং কাববা তারে। অত্তুগা মাপুম খুদিংস্নু মগাক্লা থিংখিবা তাই। মৈত্তে প্রজাশিংনস্নু নিংথৌবু অকিত্তুজুং লৈবরোই। মরম অত্তুনা ঐখোয়না পামজবদি অসিগুম্বা মীশক অসিদি মাগী য়াইবী হেক্তা নোংদলহনবা অত্তুগা পোইরৈ তুপ্পা তিন্না মিৎথিংহল্লবগা থঙহল্লবদি নিংথৌগী চৈরাক অকনববু উরগ অকি তুজুং পোক্লা কগদবনি লাইনিংথৌ!

ম্না অসি ভাবদা পামহৈবনা হায়খি চুম্মি গোষাই অনিমক! মহাক অসি লৈরবদি নিংথৌ ঐগী লোইবুং খোংনাং ওইনা য়েংলরগনি অতুনা মহাকপু থৌরিদা নোংমলহল্লগদবনি। ইবুধৌ পাথংবনা সাক্ষি ওইরসনু। ইপু হাউবম মকোক মন্ত্রিবু লৈতবরা? মন্ত্রিনা মনাই ইপু লৈ ইনিংথৌ! মৈদিংঙু্না হায়খি ইপু! হয়েং ইমুং ভানবগা মোইরাং ললহাম্বা থৌরিদা নোংমল্লু! মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংসু চেংলৌ মম্মিং থিংবা উনবা শগোলপাউ চেনগদবনি। মন্ত্রিনা হায়খি, ফগনি, সন য়াথং লৈবাক তাবা য়াব নত্তে লাইনিংথৌ! অসি হ য়রম্লগ নিংথৌ মনাই অনং ফিহাইরোয়শিং থাদুনা হয়েং ইমুং ভানবদা ললহাম্বা! মহাকপু নিংথৌ সনা য়াথং মতুংইম্না থৌরিদা নোংমলহল্লগনি হায়না পাউতাক্লবগা পুন্দুনা পুরকউ হায়খরে। মন্ত্রি য়াথং পুত্তনা অনং ফিহাইরোয়শিংনা ললহাম্ব নাক্ত লাক্লুনা হায়খি ইপু! হয়েং ইমুং ভানবগা নিংথৌ সনা য়াথংনা থৌরিদ নোংমল্লগনি, পুল্লগ পুরকউ তাকপিরকই অস্নুম্না পাউতাক্লবদা ললহাম্বনা খুমখি। নিংথৌ মনাই ভাওম্বা অনং ফিহাই-রোয়শিংও! ললহাম্বা ঐনা মৈতৈ কনাগী মপোৎ থুরাল্লংগী পুন্দুন পুগদৌরিবনো? ঐবু পুনগদবদি মৈতৈ লৈবাক্তদি তাংজ মক্ল ত্তন্দেন অতুবু নিংথৌগী য়াথংনি হয়েং ইমুং ভাল্লবগা ঐ লাক্কনি, শিবা কিব ললহাম্বা নত্তে নবুংভোদা হঙ্গৎলু। ম্ব অসি তাবগ নিংথৌ মনাইশিং থুনা য়াঙনা চংখবে। মতম অসিদ পণ্ডিত লাংগন অপোইবা মৈদিংগু ভুবি খাগেম্বা সনা হাকথক্কী শানগনমিম্নবা অপোই শামগন ওইঙম্বা লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা ললহান্বগী পাউবু তাবগী থুনা য়াঙনা লাক্লুনা ললহাম্বগী মরান্দা থুংলরে। খোংনাংথাববু উরবগা মোইরাং ললহান্বনা কোয়োং চৈগুম-তা, মালেম লয়দা পক্ল থুকমলে। ইয়াম্ব পন্থৌ শকপা মাইচৌও! ললহাম্বা ঐহাক্তি ইয়াম্বা থৌগল ভমদরে। চীঙ্ নঙগী নত্তিক নয়াই ফংগমদনা লম্মথাংদা তেখিবা তারে, নিংথৌ চৈরাক্লা কনবনা চীঙ্ থৌগল তৌগমদবা তারে। অস্নুম্না হায়বা তারবদা খোংনাং থাংনা

ভায়রকই। করি মরান লৈবগী ইনাউ য়াইবী মংঙগবা? পাথাং পুথাং, পারি পুরি লাইবু থাযরেংই হায়বগী ইনাউবু থৌরিদ য়াইবী নোংমল্লগনি হায়রিবা? ঙাইথে ললহাম্বা! অরেপ্পগী মরমদ য়াইবী মাঙববু কিবরনে ইনংউবু? ললহাম্বনা পাউথুমখি। নমাই নমাউ ঐহাক্তি অচম্বগী মরমদ থবাই মাংববু কিজদে। ইপাগী ইপুগী মতিক ময়াই ঙাকচরগনি। নত্রবদি হয়েং পোইরে চাদোননা মৈতৈ শুরোনশিংনা মনাউবু শোম্লাইরগনি। নত্ত ইয়াম্বা? মনাউ ললহাম্বগী র তংরগা খোংনাংথাবনা হায়খি। হুংহাইদ ইনাউ ললহাম্বা! নঙগী নবা ভাবদা নয়াম্ব ঐগী ইপুকপু হুংঙল্লি, নঙদি কংরবরা? মৈদিংঙু চোইরেংবা মহাকথক বিষ্ণুগোসামীগা থ্বাই কেক্রু অনিগী মৈহৈ চাংয়ং ভান্নবা খোইয়ুম মতিক উংনবা. নংধে সন. মহিরেনগী শিদবা মিংথৈনা থাম্বী মৈরী গোক্লকপা গোস্বামীগী রাম নাম্বংবগী মিংথৈরেন্না থাম্বী মৈপোক থোকঙমদরবগী য়াথোকপু কাউবরা? তেংবানবগী মপু খোইয়ুম লাইগী মবুধো মালেম লয়শেম নোংশম্বা চীঙু শরী শিদবা লৈরিঙে ইনাউ মাইংখি করম ফগনি! মঙক থৌরি থংলবস্থ থাম্বী মৈপোক থোকনি। চীঙু শরী শিদবগী মিংথৈরেনবু উনবি লাইয়িমহুংদা চেংনা কোনজৌও। নয়াম্বা ঐস্ত ললহাম্বা নঙগীদমক চীঙু পরে চেংলুগে অস্নুম্না পাউমেম্নরবগা চীং খোংনাংথাবদি মরান লমদা হলরংইখি। অস্নুম্না চীঙ মাইচৌ য়ারাম্বু ললহাম্বন হুংদা চেংন কোল্লবগা চীঙ শরী শিদব খোইয়ুম মিংথৈবু চেংনা কোন্দুনা ইন্নুং ঙানবা ঙাইরকখি।

অস্নুম্না ইন্নুং শর তয়বদা মোইরাং ললহাম্বনা চীঙু শিদবা মিংথৈরেনবু শোম্না সন কোন্নুং কংরকলে। মৈদিংঙু থুয়া থাদা পুক্নম্না ননাই ইপু লাকচরে হায়না ভাকখি। মতম অসিদা মৈদিংঙু পামহৈবদি স্তশাউ মরেপ ফারবগী মোইরাং ললহাম্বা উরগা কৌবদি লায়রহুনা থুনা য়াঙনা থৌরি হুক্না নোংমলো হায়না সনা য়াথং হায়রবগ. নিংথৌ মনাইশিংনা ললহাম্ববু মপাললাংদা পুখোকখি। মঙক থৌরি

থুরবগা কৈদাপুংদা য়োরবদা ললহাম্বনা নিংথৌ মনাইশিংদা হায়খি। নিংথৌ মনাই অঙম্বশা! ঙাহাক পুক্লোই ঙাইথো! ঐদি শিরুপদবনি অতুনা ঐগী খোইয়ুম শিদববু অমুক্তং ইচিনসিদা শোনখিগে অস্থুম্না হায়রতুনা খোইয়ুম মিংথৈ শোক্লকলে। মতৌ অসি উবদা চৌঙ ভাইবং খায়বা খোইয়ুম শিদবন নমু কন, খংহন্দনা মদাইরেম ললহাম্বগী মঙক থৌরী হুকপবু খাম্বী মৈরী হোইক্লে। মাইচৌ য়াইবী কনখরে। খাম্বী মৈরিক থোকপনা নিংথৌ মনাইশিংদা তায় তায় মৈপোক্লে, মশা, মউ, চৈরৈ ফিরোল চাক্লকলে। মতৌ অসি উবদা ললহাম্বসে ভাইবং নত্তরে, খোইয়ুম লাইনি ঙাংনন, অচেন খংলৈ হৌনরে।

মতম অসিদা চৌঙ খোংনাংথাবনা পেক্লবগী মনাউ ললহাম্বা কোন্দুনা য়ারা থোক্লা লাউংকখি। ইনাউ ললহাম্বদি থৌরিদা নোংমন ঙনদরে। লৈবাক্কী মপি মপা ওইবনা মরাল লৈতবশিংবু ঙম্মি হায়বগী অস্থুম্না হেক হেক ভৌরবদি লৈবাক য়াবা ওইগনি। হৌজিক্তি মীবু ২ রক হাংহৈদে। অস্থুম লাউরম্লগা ললহাম্বা থুজেং পায়তুনা লাউ, ইনাউ! ললহাম্ব! অসিগুম্বা মচংআইদবা নিংথৌ নাক্তা লৈবা হৌনদে, চংলসি লাকও অস্থুম্না হায়তুনা চংখরে। মতৌ অসি উরবদা মৈতৈ অয়াম্বা ঙক্লখি।

মতুং মুমিৎ থরা লৈরগা ভগবানদাস নারানদাস অনিনা মৈদিংঙুগী মকমদা তক্লচ্চে। পোইরৈ সনা মীতম চানবা লাইনিংথৌ! নবুধৌ খাগেম্বা পনলোনগী য়াক্লোই মকাইকমদ লৈরিবা লাইসিবু মাঙহনদ্রিবমখৈ নিংথৌন, নিঙবিরিবা থৌরম পূয়নক কায়গনি। রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপ, ইয়া য়ারবোই। হায়রিবা লাই, শেন অহিংবনা হয়তুনা শাই হায়না লৈরিবা অতু থুগাইরগা মাঙহন্দ্রবদি রামান্দি ধর্ম্ম অসি শন্দোকপা ওইথোক্তে। অস্থুম্না গোবাই অনিনা হক্লংপা য়া ভারবদা মৈদিংঙ পামহৈবনা সন্না পুক্লিংদা য়োনা থাজনখিতুনা ফরে, হয়েং ইমুং হেক ঙানবদা নিংথৌ ঐগী ইদাইরেমশিং তনবা মীথনখায় খাতুনা কোলু য়ৈথায়গে, ফূরা লাইয়িমগা কোম্না থুগাইবা হায়বা অসি লেপ্লবনি।

নিংথৌ য়াৱা তাবদা গোষাই অনিনা থন্থনি মহারাজ! ননাই ঐখোয়মু চৎপা য়াওগনি। অছুনা সনা য়াথং পাউ হায়দোকপা য়াবনিংদা তাকপিরো হায়না হঙ্ংথি। গোষাই অনিগী ৱা অসিদা নিংথৌনা লূপশিন্না খাজমনখিবদগী হাউবম মন্ত্রি কৌশিল্লে। ইপু! হয়েং ইমুং হেক তানবদা ইবুধৌ খাগেম্বা পনলোনগী য়াঙ্গোই মকাইক্ষমদা লৈরিবা সনামহি কোলু অতুগা ফূরা লাইয়িম অহু থুগাইনবা তনবা নিপা ৫০ পুহুনা চৎলু। কোলু অহু য়ৈথায়রগা লিন্দুথোং পাৎতা থাদথো। অসুম্না সনা য়াথং লাউথোক্লবদা ননাই ইপু সনা য়াথং শোয়দনা পাণ্ডথোকচরগনি হায়না পাউথুমখি।

মতম অসিদা সনাহল শ্যামশাই থুরাইলাকপা পোকপি পলেম মমা অয়াম্বম চন্দ্র লৈমথুবিনা নিংথৌগী সনা থুয়া খাদা চংলতুনা থুকয়া হঙ্ংচৈ। লাইনিংথৌ ইবুংঙো! নবুধৌ খাগেম্বা পনলোনগী চৌঙ তাইবং থায়বা নবুধৌগী কোলু য়ৈথায়বা হায়না সনা য়াথং তাকপিরিবা অসি সনা পুক্লিংদা অমুক্তা মুম থনবিথো। চৌঙ তাইবং থায়বা মালেম শেম্বা লাইনি, অমাঙ অতা লৈতবা খোইয়ুম শিদবা লাইনি। চৌঙ মাংঙোন্দা লঙজরুরগা তুংদা করি অকায়বা থোক্লগদগে খনবিয়ু লাইনিংথৌ!

ৱা অসি তাবদা মৈদিংঙ পামহৈবনা, করি? অরাম্বা! নিংথৌ ঐনা তৌবা থবক্তা নঙনা অমুক রায়েল চঙলি? চংলো! নশক য়েংনিঙদে, অসুম্না, খোংপাক্লা কাউহুনা তাম্মোকখি। ইমুং অহু হোৌখরে। হাউবম মন্ত্রিনা নিংথৌ য়াথং তুংইন্না নিংথৌ মনাই ৫০ পুহুনা য়াঙ্গোই মকাইকম য়ৌখরে। নিংথৌ মনাইশিংনা খোইয়ুম চৌঙ শিদবা ফূরা লাইশঙমুংদা লৈরিবা চৌঙ শকপানথোং নিঙথিববু উরগা মৈতৈ কনাগী পুক্লিংদা খোইয়ুম সনা মহিকশাংবু মুংথং থুংলাই থাঙয়দে। মতৌ অসি উবদা ভগবানদাস নারানদাস অনিনা করিনো নিংথৌগী য়াথং পুহুনা লাক্লগা নিঙহম্মবনি, করে ঐখোয় অনিনা য়ৈথায়গে অসুম হায়হুনা মথুত্তা

মুংথং পায়তুন ফুবা লাইরিমমুংদা চংখরে। চোঘনৌ সনামহিগী কোলু অহযধা সনা শযেং পায়তুনা মপাল লাংদা চিংখোকলে। চীঙ্ ভাইবং খায়বগী লুবাই কোইরেংবক্তা মুংথংনা থাখরে। অস্তুম্মা সনা কোলু যৈখায়রবদা যেংথংব। পান্থোমদি সনা শযেং হিক্তোম্না খাম্বী মৈবী মতুম ঙইনা হাউবৈ অরাং পাংনা পাইখরে। অরাম্বম চম্ন লৈমথুবীগী মনাউ ইবেম্মা লৈফাম্ন কৌবিনা মাঙ্গোম্দা চৈবৈ ফি–শারিহৈদা ইয়োং শাংদিং মখাদা তাকবে। লৈকোনম্নুদি থংপ্রেক খংবগা লোয়ননা ফুক হৌগৎতুন য়েংলুবদা চীঙ্ সনামহিগী শযে পাম্বোম্নি থঙলদুন চীঙ্ পাম্বোম যেংলগা কেংলু যৈখাযবগী বাবু নিংশিংলক্তুনা হীক্কা হীন্ন কপচখি। চৈবৈ ফিযোম অমা খিবল্বগা চীঙ্ পাম্বোম অতু য়োম্নতুনা লুবাক টাবুম্নদা থমজখি। রাঙ্গোই মকাইকমদদি নিংথৌ মনাইশিংনা ফবা লাইযিম থুগাইরে। চীঙ্ মহিকশাংবু কপ্না যৈথায়নগা লৈশা খোং হিদেল লিন্দ্রখোং পাত্তা থাদখবে। মতুংদা ভগব নদাস নন্দদাস অনিনা বামন জয ঙইবে হংযনা লাউত্তুনা নিংথৌ মনাইশিংগা লোযনন সনা কোহুং মোরকলে। মৈদিংঙু নিংথৌরেলগী সন থুফা হাদা থৌদোক পুম্বা চিথদনা পাউদমখি মতম অসিদা মযম ইখহু থঙাহৌদনা কারৌ নোংদোল হক্তুগী চীঙ্ লাইপাউ লাউরকই।

" হে নিংথৌ তপঙহ ! নবখে ঐবু শকথঙদে.
খোইয়ম ঐদি মাঙফদব চীঙ্নি, অংৎ শেলহিংনা
হয়জবা কোলু অত্তুদি তরেং শেনগী কোলুনি।
চীঙ্ ঐবু লঙজবা, নিংথৌ নঙবু খাঙং্দা "

অস্তুম লাউরকপগা লোয়নন নিংথৌগী সনা শঙ্গাই কা থুদিংদা খাম্বী মৈহৌ-লাংপোক থোক্লে। নিংথৌ সনা মাঙদা টিমেন টাগা থুংস্ত্র থাঙলাং অহংবগা ২ না থুদম চাংদম উৎনা থাদরবদা মৈদিংঙু পামহৈবদি অকি তুজুং পোক্তনা মোংবা শঙ্গাই মশান্দা কোয়চেন চেম্না

খাংজরে। মতম অসিদা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইদি ইখঙ খঙহৌদনা মালেম লৈমায়থক্তা ভুবিতুনা স্বাস্থখিবদগী কোৎ: খুমখিদয়ে মৈত্তে পুম্বস্থ অনা অয়েক ফংবা পাউবু সনা থুম্না খাদা হঙ্গৎলৈ। মতৌ অসি উবদা পলেম মমা লৈমথুবীনা চেনশিল্লক্তুমা মচাবু কোনথৎচরে। পাল্লী ইবুংঙো লুংচানবা! নপাবুং পন্থৌ মৈদিংঙ্না চীঙ্ মাগী মকাদা লঙজরগা পারী নঙোন্দা থুদম ফংলবকো! অস্তুম্না অরাম্বম চম্থু লৈমথুবীনা মালেম লয়দা ওন্না ইঙা নোংখোং মতমঙুম ইঙেল নোংথাই মতম্নাকনা মীকপ্পবদা মৈদিংঙ্ পামহৈবস্থ পারী ইবুংঙো শ্যামশাই নঙগী নত্তৌ অসিবু ওন্থোকয়ে। ইপারী লুংচানবা নত্রবু থক্নুং শরা মীথুরেংল অমন খমলৈ মীঙ্গংকোন্দবু ইন্দানবরা কল্লকয়ে। অস্তুম উনবি চয়নিঙশিংনা পাউহোমখি। অা: মতম অসিদ গুরু স্বামিজী খোইথোইবনা লেঙখিরক্লবদি নিংথৌ ঐগী পুক্লিং অসি পেল্লগনিকো।

অস্তুম্না নিংথৌ শঙ্গাই মথক মথা ওল্লবদা শান্তদাস মহন্তস্থ অতোপ্পা রামায়ন রারী লাইরিক অচৌববু পুরক্তুনা সনা শঙ্গাইন্থংদা য়োরকলে। মৈদিংঙ্ নিংথৌরেল ইবুংঙো! ননাই ঐস্থ থুংলরে হায়না নিংথৌকাদ থুকম্লবদা পামহৈবা নিংথৌনা চেনশিল্লক্তুন খুরুমলৈ। গুরু স্বামিচি পোইথোইব-ও! ইপারী লুংচানবা শ্যামশাইদি মতৌ লাংওন অমা ওইখরে। ইপারী অসিগী য় ইবী থরাই অসিবু অমুক্তদি কনবিয়ু। নিংথৌ য়ারা তাবদ শান্তদাস মহন্তস্থ অঙক মখৈ ফংখরে। রামায়ন পুরান নিংথিবদ মালেম লয়দা থগ্নগা তফিং তফিং চংশিন্না মপারী শ্যামশাই খুরাই লাকপবু লাইকম্নব য়াওররে। শ্যামশাইগী লুরুই কোইরেম্থক্তা রাম তাড়ক মন্ত্র শোন্দুনা কাম্নকলে। রাম রাম হায়না হেক শোল্লবগ চীঙ্ তাইবং খায়বনা কোরৌ নোংদোন থক্তুগী থাম্বি মৈবী হুমথরক্তুনা মশম মন মফি ময়োন পুম্বা পুমচাক চাকলে। মতম অসিদা শান্তদাস মথঙ্গা হন্দোক্তুনা ভাহাক পুঙ্গোই রাথন তৌরগা নিংথৌদা হায়জরকই। লাইনিংথৌ! ননাই শান্তদাসগী গতি লৈতরে, নপারী ইবুংঙো অসিগী

অনাবা লাইওং মকম খংদরে। অস্নুম্না শান্তদাস মহন্ত মুংবংদুনা লৈরিঙেদা পলেম মমা অরাম্বম চমুনা শান্তদাস মহন্তুদা হংলৈ। হে গুরু লাইওইবা! থোক্লিবা থৌদোক অসিদি অতৈ অমা ওইররোই। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী চাউ ভাইবং খাম্নবগী সনা কোলু থুপাইরুবদগী থৌদোক অসি ওইগনি হায়না নদাইরেম ঐনদি নিঙজে। লৈমথুবিগী য়ারা তাবদা শান্তদাস মহন্তনা হৈনিংথৌ! হৈবেম্মা অপাম্বিনা হায়জরিবা রা অসিবু অচুম্বরা? নিংথৌনা চুমহৈ গুরু। কোলুদি য়েখায়রুরে। ম'তুমক্তা ওইরমগনি করম থাজসিবা? শান্তদাসনা করি রানো লাইনিংথৌ? নিংথৌ সনা পুক্লিংদা তয়াং তশোইমল্লি। কনাগী থোইনশিল্লা থবক অদু তৌরবা? মৈদিংঙুনা গুরুদেব। ঐগী হৈরেবাক অসিদা রামানন্দি ধর্ম্ম চংনবা রাখলবু হৈত্তম ভম্মোক্লদোবা হৈবদগী গুরুগী চেক্লা অনিগী য়ারা পাক্তাক মতুংইনবদগী হৈবুধো খাগেম্বা পনলেনগী লাই অসিনা অসুম লৈরবদি ধর্ম্ম অসি চংপা য়ারোইদৌরি হায়বা রাখনদগী চুমগদরা হ'য়হনা তৌরুবনি। শান্তদাসনা মমিং হৈগুম খেরাং থাংন মহাপাপি মখোয়না করি মতিক লৈতনা লৈবাক্কী ওইবা লাইবু করেম্না কোলু থুগাইরুবা? মহাপাপি মখোয় অনি লোয়নবদগী শান্তদাস হৈবুসু অমাঙবা ওইরেদা। অসুম হায়রম্নগা ভগবানদাস নারানদাস অনিমকপু কৌশিন্দুনা হায়খি। নখোয় অনিনক য়াম্না নতিক নগুন লৈবা মীনি অদুনা লৈবাক অসিদা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নবা য়ারোই। থুনমক লৈবাক অসি থাদোকতুনা চৎখ্রো অসুম্না চেক্লা অনিত্থ তাম্থোকখি।

মতুং অদুদা শান্তদাসনা ভাতাক রাখল তৌরগা নিংথৌদা অসুম্না হংখি। হে নিংথৌ অথোইবা! নপারী সনা অসিগী সনা হকচাং হৈরিবা কনাগী শক্তিনা ঙম্নরোই। মৈতৈ নঙগী নরৈবাক পণ্ডিত লাইওই অথোইববু কনা লৈবগে? মাগী মফম্নাংদা চংজরগা ফগনি নত্রবদি মাঙবা তারে লাইনিংথৌ। রা অসি তাবদা গুরুদেব! মৈতৈ ঐগী

টৈরেবাকী পণ্ডিৎ অখোইবদি লৌরেম্ব খোংনাংথাবনি অসুম্ন তাক্লবদা মহুত্তুনা হায়খি। ভত্তুদি পণ্ডিত অদুগী নফমদা ননাই ইশামক চংতুনা খুরুমজরগে। নপারী অসিবু লাইকন্নবিরমও! ননাইশিং অমগা ঐগা চঙ্গে হায়রবদা মৈদিংঙূনা হাউবম মন্ত্রিবু থাত্তুনা মহন্তগা অনিনক লৌরেম্বা খোংনাংথাবগী লাইনিং শঙ্গাই তাম্না চংখ্রে। লাইনিং শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা খোংনাংথাবা কম্লবা উবগা শান্তদাস মহন্ত মংক্তা চৈরৈ ফিবু য়েংনা লাইনিং শঙ্গাই মশুম্মাংদা দণ্ডবৎ প্রনাম তৌনা খুকমখি। হাউবম মন্ত্রিস্ন খুকমখি। মতৌ অসি উবদ, খোংনাংথাবনা মন্ত্রিগ, লোইননা মীরৈবাক লম্বোইবা! নখোয় অনিদি লৌরেম্ব, ঐগী তৈমদ করি হিরম লৈবগা লংকপনো? শান্তদাসনা মৈতৈ পণ্ডিত অথোইবা! ননাই তোল্লব, শান্তদাসনি। গতি লৈরক্লত্তুনা চীঙ্ লাইওইব, নফম্লংদ, চংজরকলিবনি। চীঙ্ নহাক্ক, অমুক্তদি পোকপিয়ে.। নম্ম নচা ওইত্তুনা নপোইরৈ সনা লৈবাক্তা মওম থরংদি লৈজগে। ননাকী অৎনিবা কোঙ্গাই ঙাকপিয়ো! মেদিংঙু মচা নুংচানবা মপারী শ্যামশাইগী য়াইবি মথবাইবু অমুক্তদি কনবিয়ু। অনা লাইওং খংথিব্রে।

বা অসি তাবদা খোংনাংথাবনা হায়রকই মীরৈবাক লম্বোইবা! নুংঙাইদা! নিংথৌগী মচাগীদমক নত্তাক্না অদুক রারবা! মীন্নুংশি খংবদি খোংনাংথাবা ঐঙোম্বগী হেংববু তনবা কনা লৈরিনি? অদুবু নিংথৌগী মচৎ মতৌ য়েংলগদি চংফম থোক্কে। অদুবু মী অমনা ঐগী তৈফমদা চংজববদা খোংনাংথাবা ঐদি খাংঙমদে। অদুন, নখোয় হান্না চৎলমলো। ঐ ঙাহাক অসিগী মনুংদা লাক্লগে। পণ্ডিত য়াৱ তাবদা মন্ত্রি মহন্ত অনিমা থুনা য়াঙনা শঙ্গাই মাইকৈ পাংনা হনখিরে।

ঙাহাক পুংগোই লৈরগা খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা সন শঙ্গাই পাংলক্লবদা মৈদিংঙূনা চৈরৈ ঙক্তা য়েংনা খুরুমই। ইপু! ননাই ঐগী ইপারী নশু শ্যামশাইগী মথবাই অসিবু অমুক্তংদদি কনবিয়ু হায়দুনা মালেম লমমাইথক্তা কোয়াং চৈগুম তানা নেংথোংবগুম কপচখি। মতৌ অসি

উবগা খোংনাংথাবনা হায়রকই। নিংথৌরেল! ননাই ইপুনা লাই ওইতুনা কনবা ঙমগদবা নত্তে। থৌদোক অসি ইপুসু খঙলে। ইনিংথৌ নহাক্না থংদং মনখিবা মরম্না থৌদোক অসি থোকপনি। মোইরাং ললহাম্বসু হাংকে মতৌখি। অতুগা লৈবাক অসিগী পারি পুবি লাইওইবা চীঙু তাইবং খায়বা নবুধো খাগেম্বা পললোনগী সনা হাত্তক্না লাংলম্বা লাইবু হেক্তা থুগাই য়ৈথায়তুনা মাঙনবা শীনবনা থৌদোক অসি ওইবনি। নবুধো সনামহিবু হেন্না লুবা লাইদি মালেমসিদ লৈরোইদবনি। চীঙু মাগী মক্ষমদা লঙজল্লব মবম্না তেনবান অসি থোকপনি। চীঙু মাগী মকাদা, নবুধো সনা থুয়া খাদ চংক্লোও শোয়দনা যগনি। নিংথৌ নমিৎ থিংনা খঙহনগে হায়বগী চীঙু মনা তৌবনে। চৌক্তিক মৈদিংঙু নিংথৌরেল নহাকসু সনা নহিকশাংদবু তেনবান্নকখিগনিদ্য। অসুম্না তাকপিরবগা নবুধো সনামহিবু থাদা কোম্ন নপুক চেংন নিংজোও ঐসু হল্লগে হায়ববদা শান্তুদাসনা হাযজখি। হে পণ্ডিত তাথোইবা! ঙাহাক পুঙ্গাইদদি ঙাইবিথে চীঙু মাগী মতিক তক্নবু হংজনিংযে। খোইযুম মাগী মংশাবলি থরবু ননাই ঐঙোন্দা তাকপিয়ো হায়জববদা খোংনাংথাবনা হাযবকই। হে মীবৈবাক মচা লপ্নোইব! তাউ! থক্তে হৌখিবা পালেম পাম্বো লাইনিং অহল ওইবশিংনা অসুম্না ঙাংন-শোন্নবমযে। খোইযুম শবী শিদবা মহাকপু হেনবা লাইদি লৈতেয়ে। অহানবা লাই "য়াইবিরেন শিদবা, য়ারা কোনথাংশাগী নমু পোংথোক মথংলেংনা থেন্দম্নকপা থিরেন উংলৈমুংদগী লাব থিয়াং থোক্না লমহৌকপা সনা কোনফূরেন শিদবা" অসুম্ন নিঙনবনি।

লাইনি, অসি তাবদা শান্তুদাস মহক্না রাহৈ খুদিংগী অর্থ অমুক হংজববু তাকপিরবদা মৈদিংঙুদা য়েংতুনা লাইনিংথৌগী মক্কমদা ঐখোয়না লঙজখারে ইনিংথৌ। ঙসি কৌবা নোংদগী থংজবে। নপোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী খোইয়ুম লাইশোন অসিনা থ্বাইদগী হেন্না রাংলম্নে। আদি-অনাদি-পুরুষ ভগবান-শ্রীবিষ্ণু অন্তার্জামিবুনি। রা অসি তাবদা

লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা হে মহন্ত ! চৌঙ্ খোইয়ুম ওইবা মহাক্তি মী মী মহাকী নিঙজ-নিঙজবা অতুগী মতুং ইন্না পিংবা লাইনি থংউ। অসুম হায়রম্লগা খোংনাংথাবদি য়োংবা মরানয়াইদা হনখ্রে।

মতুং অদুদা শান্তদাস মহন্তনা নিংথৌদা হঙ্গচে। লাইনিংথৌ ! ননাইশিংনা থুগাই বৈথাইহুন। ছন্দোকখি হায়বা চৌঙ্ কোলু অদু নদাই তয়মশিং থাহুনা থিহন্দবা য়াদরে, থিনবিরগনু। নবুধো সনামহিগী শ্রীমুর্ত্তি অদু অমুক হন্না হয়রগ। অনৌবা য়ুরা লাইয়িম শাহুন। চৌঙ্ মাবু পুরক্সে। অসুম্না খোইয়ুম মাবু ইরাংলগা ঐথোয়না নিঙজবা ধর্ম্ম অসিবু পাঙথোকহনবিয়ু নিঙসি অদুম তৌরবদি নপারী মুংচানবা শ্যামশাইসু অনা লাইকোক ঙমগনি। মতৌ অসুম তৌহুনা মপারী শ্যামশাইদি কোরৌ নোংজা তরেংনিবু রাঙাংদনা অনা ফমশেন্নবা লৈরক্লে।

শান্তদাস মহন্তগী রা ঙাবদ মৈদিংঙু খোংনাং মম্বাম্বনা তয়ম মনাই অমং ফিহায়রোইশিংবু থাহুনা লহানবোং লিন্দুখোং পাস্তা থাদখিবা চৌঙ সনা মতীকশাং কোলু অকায়বা মচেৎশিংবু থুনা য়াঙনা লৌরু হায়রবা সনা য়াথং তাক্লবদা তয়ম মনাইশিং চত্তুন লৈশাংখোং মক সিন্দুখোং লৌপাস্তা থাদখিবা চৌঙ্ কোলু মচেৎশিং থুন্নহুনা পুরকলে। সন মাঙদা থানা বংলরে। মতৌ অসি উবদা কোলু অসি হয়রিব মীশককী মংশাবলি থিবদা শগোল পুন তাবা সেঞ্জবা অমুদোন ওইরবগী, মাগী মচা মশুশিং কোলু হয়রবা ঙমগদব কনানো কৌরুও হায়রনা তাকপিরে। নিংথৌ সনা য়াথংতুংইন্না সেঞ্জবা অমুদোনগী মচা মশুশিং সেঞ্জন তাংখোম্ববু কৌরুহুনা চৌঙ্ চেংলৌ শকপানথোংদি ইবুধৌ খাগেম্বা সনা মহাকথক্কী মালেম লয়রুম তৌ খোইরু মিতম লাকখিব মংং লৌমা হয়গদবনি হায়না সন য়াথং তাকপিখি। নিংথৌ য়াথং ফিগাউননা সেঞ্জবা তাংখোম্বনা চৌঙ্ কোলু হয়খিবা লোইদাম থামিং থঙনবা কোরৌ নোংজা থঙনবা পণ্ডিত কাদা হংলবগা লোইদাম ফাইরেন থাক্সী থানিন

য়ুমশকৈশা য়ুমিৎতা চীঙ্‌ কোলু হয়জয়ে। হয়য়-নিঙথায়য়-হয়য়-নিঙথায়য় চীঙ্‌ সনা মহীকশাংবু লেম্না য়াত্রবদা লৈবাক চঙনা থন্নরে। রাফম অসি থন্নবা অরাম্বম চন্নু লৈমথুবীনা ফারহুনা পুক্লিং লাংঙক্লরিঙে মনাউ ইবেম্মা লৈফোনন্নু অরাম্বম চন্নু নাহান। ইবুধৌ সনা মহীকশাং সনা কোলু হয়ঙমদবদি লহান-নোং মুজা ইনাক্তা ভারকপা চীঙ্‌ পাম্বোম ভত্থু রাৎপনা খোইয়ুম কোলু হয়ববু খৌবাংদব, ওইগনি অসুম হায়না খন্দুনা টাবুন্নুংদা থমখিবা চীঙ্‌ পাম্বোম নিংথিববু পুখৎলক্তুনা নিংথৌ মাঙদ কংলয়ে। থোকখিবা খৌদোক অপুম্ব নিংথৌ ক,দ পাউদয়ে। য়ায়া পাউদম তাবদা লৈফোনন্নবু নিংথৌনা পেনখিত্নুনা লাইবক ফবি নহাক্কি চীঙ্‌ নোংদম ফংবীনি। লৈম নঙগী নপাম্না নিংথৌ রাবা কোক্কনি অসুম্ন পেনবিরবগী লৌচা পরি ৫ গ, লাইনিংথৌ সনামহি থুমখোংগ নঙগীদমক পিববনি হায়ম লাউথোকলে।

অসুম্না অরাংপ চীঙ্‌ পাম্বোম অত্থু হাপ্তুনা অমুক হন্না হয়রদা চীঙ্‌ চেংলৌ শক্তমবু হান্নগী মতৌ অত্থ ওইহুন। কোলু মপুঙ ফাথরে। কোরৌ অচঙবা য়েংহুনা নোংজা অকব য়েংহুনা লমলেন রাঙ্গোই মকাইফমদা থিন্নব থন্নরে। ইসুং অত্থু লয়থবা তাংলৌ থেংজিন্নক্লবদ মৈদিংঙু পামহৈবগী খোমলেন মঙলান্দ চীঙ্‌ তাইবং খায়বনা অসুম্না ভাকপিখি। হে নিংথৌ য়াইফবা! ঐদি হৌজিক্তি চীঙ্‌ ঐগী ইকাইকম রাঙ্গোই লমলেন লমমুংশিদ। লৈররোই কংলৈ * উফোং য়ুমফমদা ঐগী ফুর। লাইয়িম অনবু শারগ। থমজোও অসুম্না ভাকপিয়্নগ মাঙথরে। মতম অসিমক্তদা নিংথৌ মিকপ থোক্তুনা মবুধৌ সনামহিবু থাগোম্নন কপচরে! কোরৌ মশেক য়ৈরকপ। নোংঙান মতম ঙাইরগা চীঙ্‌ খোংনাংথাবগী মফমদ লমলেন উফোং য়ুমফমবু মফম কৈদ। লৈবনো হংজখি। চীঙ্‌ খোংনাংথাবনা নিংথৌরেলও! উফোং য়ুমফম হায়বদি কৈশামপাৎপু কৌবনে। উফোং পাংসু কৌবনে। পাৎ অত্থুগী মনিংবু

* উফোং য়ুমফম = হন্নিং খোংবাল মনাক।

হয়িং খোংবান কৌবনে ! উকোং য়ুম কৌবদি হয়িং খোংবানগী মথাথংদা পামেন থৈবোং হৌরিব। মকম অহুনি হায়না তাকপিরে। পণ্ডিত য়াম্বা তাবদা মৈদিংঙু, শান্তদাস অনিমানা পোক্টরে খুৎহৈবা শ্রীয়াম খোম্মা পুহুনা উফোং য়ুমফমদা ফুবা লাইরিম অম্মা শাহুনা চীঙ্ মাইবং থান্নবা খোইযুম শিদবা লাইবু লাইয়িমনুংদা পুশিল্লা হৈরাং থোংনিজরে। চীঙ্ মাগী থুয়াদা মৈদিংঙু খোংনাং ময়াম্বগা শান্তদাস মহন্তগা অনিমক্লা লাইনিং পরে চেৎনা থৌজাল লনকুবিয়ে।। তোল্লবা ননাই ঐখোয়না নিঙজবা রামানন্দি ধর্ম্মবু মৈতৈ লৈবাক অসিদা চংহনবিয়ু হায়না নিজখি। মতৌ অসুম চীঙ্ মাবু ঈরাৎচরবদা মৈতৈ হুপ্পা নাব-শিং মপারী শ্যামশাইসু অনা লাইকোক ফজরে। মতুং লোইদাম থাবুম তরুকপু চাদ-থক্লনা চীঙ্ মাবু থাগোম্নরবদা শ্রীরাম নামুংবগী নিংখৈরেনবু শোল্লবদা অকায়ব অপনবা পিবিদ্রে। মতৌ অসুম পোক্টরে মৈতৈ লৈবাক্তা শ্রীরাম নামুংবগী নামবু শোল্লবা য়াববদা মহন্তগা মৈদিংঙুগা তান্নহুনা পোক্টরে মৈতৈ মীয়ামদ অকনবা চৈবাক পিহুনা রামানন্দি ধর্ম্ম চংনবা নিংথৌ য়াথং লাউথোক্লে। শরী নামুং শোলহন্ন নোংঞং পায়না হুকপনবা য়িরেং অহুম কাংববু থিরবদা হৈরোং অহুম লোঙবদি পংলে মবৈযে। চীঙ্ লাইফম অকুবা তুরেল লাইজ যিরোংবু য়িবোং অহুম ফাংবন মফম কৈদা লৈবনে হায়না মৈতৈ পণ্ডিত অংথাইব থোংনাং-থাবশী মফমদা হুংজববদা লহংনানোং মবুধৌ পনলোনগী য়োইমোংবা তাউথিংমং মচিল মনাউ অনিগী তুরেল তুদেং তুদৌবা রারী লীনা থঙহল্লবদ লিলঙক (লিলোং) হৈচিল অহুম কাংবদি লাইফম অকুবা মফমনি তাকপিবে।

অসিগী মতুংদা মৈদিংঙুনা পোক্টরে হুপ দুংনা তয়ম নাইচা থাহুনা যুমথোং খুদিং পাউজেল্লে। লিলঙক তুরেল য়িরোংদা পোক্টরে ঐগী মৈতৈশিং শরী শিদবা থাদোককে রাম নাম শোল্লগে অসুম শরী নামুংনা নোংঞং পায়না য়িকপকনি। মৈতৈ কনা অমবু চিংথবা য়ংরোই

পাউজেল্লে। মতৌ অস্থুম ভৌছুনা নিংথৌ চৈরাক অকনবনা পোইটৈর শায়া তারবগী নিংথৌ দণ্ডি কিবনা ইমুঙ অছু ঙাল্লগা লমলেন লিলোং য়িরোং অছুম ফাংবদা মৈতৈ পুম্বা তিল্লরে। রাম নামুংবগী মিংথৈ শোল্লগে শরী শিদববু খাদোক্লগে হায়ছুনা নোংপ্রং পায়না ইল্লপলে। খোংরাই মতম অসিদা পণ্ডিত লাংওন ওইরকপা মাইচৌ ঙরেং অছুদি রামান্দি ধর্ম চৎখিদে রাম নাম শোনখিদে। নোংপ্রং ইল্লগা কোরৌদি শকাব্দ ১৬৫৪ কী লাংবন থাগী ৪ নি পানবা য়ুমশকৈশা মুমিংকী অমুক নোংঙানপুং ৫ দগী হৌখরে। মতম অসিদা শান্তদাস গোষাইনা ত্রিবেনী তীর্থ তাব লৌছুন, মৈতৈ পুম্বা খঙহল্লে। পোইরৈ মৈতৈ পুম্ববু মাগী মাগী য়েক শলাই হৌরককমবু গোত্র হায়না পানশিল্লা লেপহল্লে। মসিবু মৈতৈ মাইচৌ পণ্ডিত লাঙ্গোল লুখোইনা গোবিন্দদাস নোংপ্রং হায়না মিংথোন্দুনা থরান থাগী কার্ত্তিক থরানমিচাক্লা পানবা য়ুমশকৈশা মুমিংতা পুম্বা অমা ইখরে।

মতৌ অস্থুম্না লাইরব লম্বোইব শান্তদাসগী অরাবা কোকহনবা ঙম্মী হায়বগী মৈদিংঙু গরিবনিরাজ হায়না মিংথোন্দুনা লৈবাক হুপ্না খঙহল্লে। মতুংদা গোবিন্দদাস নোংপ্রং নত্রগা গরিবনিবাজ নোংপ্রং হায়নসু খঙনখি।

(লোইরবা)